# অহিং অমা

—*—

অইবী :

ফুরাইলাৎপম বিনোদিনী দেবী

ফোওজবী :
ডাঃ ফুরাইলাৎপম মধুবালা দেবী
নিউ থুম্বুৎথোং, ব্রহ্মপুর লাইপুবম লৈকাই, ইম্ফাল




নম্ফম :
সুচেতা প্রীণ্টিং ৱার্কস
মৈইরাংখোম, লোরাপং, ইম্ফাল

থৃৎনম :
অহানবা ; ২০০১

মশীং : চামঙাদ

মমল : লুপা য়াঙথৈ

# কচ্চবা

অমম্বশিদা তিনখ্রবস্থ
নীংশিংবা খক্তনা
থম্মীরী ঙসিস্থ নহাকপুদি
ঐখোয়গী ইরকসিদা
অদুম ... ... ...
মদুতনা লংলা
লংজিল ওইদুনা
ইরির্বানি হৈত হৈতনা
ঙসিস্থ নচাগী
"অহিং অমা"
হায়না মিংথোঞ্জবা
লাইরিক মচা 'সিমত্তং
লৎনবা লৈতনা
লৌবিয়ুকো॥

কচ্চরিবী নচা—বিনোদিনী

**E. SONAMANI SINGH, I.A.S. (Retd.)**
*Ex-President,*
**Manipuri Sahitya Parishad, Imphal**

**Moirangkhom Loklaobung,**
**Imphal**

# ৱাহৈ অমত্তং

ৱারী মচা কুন ৱাওবা "অহিং অমা" কৌবা ৱারী মচাগী লাইৱিক অসি অইবী কুমারী বিনোদিনী দেবীগী অনিশুবা লাইৱিক্নী। অইবী অসিনা খৃঃ ১৯৯৬ ইংদা "ফিজিন্নুংদা" কৌবা ৱারী মচাগী লাইৱিক অমা পুথোক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা হৌজগ্রবনি। ৱারী মচাগী লমদা নৌনা খোঙ-দারক্লিবী অইবী অসিনা মাগী অহানবা লাইরিকমক্তদা ৱারী লৌনা হৈবগী মগুণ উৎখ্রবনি! মাগী হন্দক্কী অনিশুবা লাইৱিক অসিদদি মাগী মগুণ অসি হেন্না লংথৎলক্লী—অদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা মাগীসু ফিদা অমা কংজরে হায়দবা ঙম্লোই।

মণিপুরগী নুপী অইবী মশীং হেক্লংলকপা অসি মণিপুরী সাহিত্যগী মপুং ফাবা হেনগৎলকপনি। কুমারী বিনোদিনীগী ৱারীশিং অসিদা নুপীগী মায়কৈদগী য়েংলকপা এক্সপরিয়েন্স, ফিলিং কয়া উবিগনি। করিগুম্বা থৌদোক অমনা নুপা নুপী তোঙান তোঙানবা মীওইশিংদা তোঙান তো-ঙানবা রাখল ইথিন পোকহল্লি হায়বসি ৱারীশিং অসিদগী খঙবিগনি।

মীওইবা পুম্বা সমাজ অমগী মনুংদা হিংলিবনি, অদুনা সমাজ অদুগী মনুংদা থোক্লিবা থৌদোক সমাজ অদুগী ফিভম্না অইবা অইবীশিংগী রাখল চিংশিনবা মশানা তাবনি। মরম অদুনা হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী সমাজগী ভং তাদবা ফিভম, অরিবনা মাঙশিল্লকপা অনৌবনসু মহুৎ শিন্দ্রিবা কাং-খোং চাইরবা লাংদাই মতমগী সমাজ, সাসন লৈত্রবা সিফাইগী মীওং-মী-নৈত্তা নত্তনা এইডস নচিংবা তমথিরবা লায়নানা লাকশিল্লবা লৈত-লায়রনা

থল্লবা সমাজসিদা হিংননবগী লানফম থেংনবদা মৈতৈ লুপীনা থেংনরিবা অৱাবা অমদি মীনোক কয়া মগী ৱারী মচা—"মরলদি খঙদে, অহিং অমা, হয়েংগী, পোৎলুম, মসিসু পুন্সিনি, মঙফাওনৱবসু" নচিংবা ৱারীদা থেংনবীগনি। ৱাখলগী ঈহুলদা য়ুম্ফম ওইবা থম্মোইদা অৱা-নুঙাই ঈথিল পীবা—"লংদাই অনীগী তাইনফম, ৱাকৎ, মৈচাক, হাঙহৌরবা মফম" নচিংবা ৱারীদা উবিগনি। শম্মা হায়রবদা ৱারীশিং অসি পাবদা নুঙাইবা ৱাখল ঈথিন পীবা ঙাক্তনি।

অইবী অসিগী পাত্রদি অচৌ-অশাং নত্তে, অকি-অথং পোকহনবা তৌবা ঙম্বা কাঙবু নত্তে, ইচম চম্বা মীচম নোংমগী চরা তাঞ্জরিবশিংনি। মাগী ৱারী মচাদা থেংনবীগনি নুপীনা নুপীদা য়েংবা মিৎয়েংসু।

অচম্বা লোন্দা ৱাহৈ য়ামদনা ৱাখলগী ঈথিল লায়না খঙহনবা পাবদা নুঙাইবা পোকহনবা, পাবা হৌগ্রগা লোইদ্রিফাও তৌরীংদবা ৱারী মচাশিং অসিনা অইবী অসিগী ৱারী লাবা হৈবগী হৈ-শিংবা ফজনা উৎলি। মণিপুরী সাহিত্যদা লাইরিক অসিনা অনৌবা মচল অমা হাপচল্লে হায়বসি পাবিরিবশিংনা শোয়দনা খঙবীগনি।

নহা ওইরিবী অইবী অসিনা মথং মথং অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোরত্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কে থলহনসনু অমসুং সাহিত্যবু সেবা তৌবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা হায়জরি।

তাং ৩১ । ১২ । ২০০০ ইং সোনামনি সিংহ

# হায়জনীংবা খরদং

তৌজিক মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা অমদি শৈরেংনা চাউ-রবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি। চহী কুইত্রিবা, পোকপা নৌরিবা ৱারীমচা কৌবা সাহিত্যগী মখল অসিনা অতৈ মখলশিংদগী হেন্না পুক্নিং থৌগৎনিংঙাই ওইরে; অহল্লোন-নহারোল—সাহিত্যদা থরায় য়াওবিবা অহৈবা অমদি অপাবা অনীমক্না ৱারীমচাবু মখোঙ শোমগৎলি, হোম-হোম চাউখৎহল্লি।

মণিপুরী ৱারীমচাগী অইবা—অহল, নহা কয়া চোংথোরক্নুনা, লাই-রিক কয়া ফোঙহনা থূদোল তম্লরি, মমিং লৈববা, মীয়াম্না শকখঙনববা লমদমসিগী ৱারীমচাগী অইবশিং নত্তবদা, তুংগী আশা য়াম্না তৌনিংঙাই ওইরবা নহারোল অইবশিং মশীং য়াম্না চোংথোরক্লি; মখোয়গী মহুংদা ৱারীমচাগী লাইরিক "অহিং অমা" হায়বসিবু থূদোল তম্বারিবী অইবা কুমারী ফুরাইলাৎপম বিনোদিনী দেবী অসিসু অমনি। ইচান্নবী অসিগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক 'ফীজিমনুংদা' হায়বা অমা ইং ১৯৯৮ দা পুথোক্নুনা মীয়ামদা থূদোল তমজখ্রে। হন্দক্কী 'অহিং অমা' হায়বসিনা অইবী অসিগী ৱারীমচাগী অনীশুবা থূদোলনি।

লাইরিক অসিগী ৱারীমচাশিং অসি থুংই ওইরিবৈদা পাবগী পুদোং-চাবা ফংজখ্রে; ৱারীশিং অসি অয়াম্বনা অরাবগী শক্লোন পুবা ওইনা তৌই—শম্না হায়রবদা অরা-পোলোইগী ৱারীনা অযাম্বনি: অইবীনা মাগী থম্মোয়মনুংদা ফাওরিবা মীনুংশিগী ঈচেলবু অপাবশিংগী থম্মোয়দসু য়ৌহনবা ঙম্মী। পুন্সি অমদি মীওইবগী লমচৎ-শাজৎপু কূপশিন্না উবা ঙম্বগী শক্তি, ৱারী মশা লোঙথোকহনবা ঙম্বা, দেসকূপশন অমদি অরাবা তাংকক থারক-পদা অপাবশিংগী থম্মোয় হুংওনহনবা ঙম্বগী শক্তি অসি অইবী অসিগী থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণনি হায়জনীংই। মসিমক্তসু ৱারীমচা ইবগী

লম অসিদা কুমারী বিনোদিনী দেবীনা মায় পাক্লা চোংথোরকপা ওন্নিবনি। প্রতিভা অসিনা মহাকপু ৱারীমচা ইহন্নীংবগী ইথিল পীবনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা থিম (সবজেক্ট মেট্টর) শিং অসি হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোকশিংগা চানবা ওাক্তনি—মরাল লৈতে, মগীদা থবক থরা শৃরগা চাক চরা অমা পীজরকপা, পৈশা থন্না অত্নক পীরক্নুনা হিংজবা মাঠা চোইৱপ তৌবা মুগুক্লা মতৌ করম্না শিরম্বা— ওসিগী সমাজদা থোক্লিবা ৱাথোক্লি 'মরালদি খওদে' হায়বা ৱারীমচাগী থিম অসি অস্নুম্না মীওইবগী সেন্টিমেণ্ট ঈহৌহনবা ৱারীমচা ২০ লোম য়াওবা লাইরিক অসি, টেক্নিকেল য়াম্না ওইবা ৱারী ময়ি নত্তবস্নু, অচম্বা মওংদা লীথোকপা, লাইবক থীবা, অতোন-অতাগী থম্মোয় শোকপা ফিভম থৌদোক-ৱাথোক্কী ৱারীনি। অচম্বদা হুংশিবা ফজবা লৈ হায়নবগুম অইবী অ সগী ৱারীশিং অসিনা থম্মোয়দা মীহুংশি অমদি অথোং-অমেওগী ৱাখল অমা পোকহনবা ওমী। শম্না হায়রবদা, ৱারীশিং অসি য়াম্না চম্নবস্নু পূক্লিংদা হুংশিবগী মেওলবা রস য়াকায়হনবা ওমই। য়াম্না হুংঙাইজে; মথং মথং ৱারী কয়া অমা ইবিদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী খূদোল লৈপ্তুনা তম্বীরক্নি হায়বগী থাজবা থমজরগা ঈশ্বরগী মফমদগী ইচাগী মঙ্গল নিজরি।

ইম্ফাল,
তাং ১৪ । ২ । ২০০১ ইং

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যবু পামজরকই। ইথোকপদি ভমখিদে অতুবু থেংনজবা মখৈদি পাজখি। ঐগী ইনাওনুপী বিনোদিনীনা ইবগী হৈনজবী মওং লৈবতুদা মহাকপুদি মবুক্কিং থোগৎচখি। ফোংদোকখিত্রবা অৱা-নুংঙাই, ভাবি-উবীনবা লৈখিদ্রবা পুন্সিগী থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী ৱান্নী ভাবিনীংবা কনাগী নাপদা য়োহনবা ভমজরবদি অইবীগী অনিংবা আশা অমা থুংজরে লৌজগনি। অতুগা অয়োইবা ওইনা ৱারীমচাশিং অসিবু চিল্লবা মতম কয়া কায়থোকপীরগা কুপ্না পাবিদুনা মমল য়াম্লবা ৱাহৈ খরা ফোংদোক-পীরক্লিবা পাদ্মু শ্রীএলাংবম সোনামনি, মামো বিঃ জেয়ন্তকুমার শর্ম্মা অমদি অথুবা মতমদা লাইরিক অসিগী মথুমগী নমুনা পুথোক্কুনা য়েকপীরক্লিবা ইপ্ৰা ৱাজকুমার বিরেন্দ্রজিৎপু অফোংবগী মায়কৈদগী ভোবীমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল,

১০।২।২০০১ ইং ডঃ ফুরাইলাৎপম মধুবালা দেবী

# রাহৈ অমা অনীদং

ইং কুমজা ১৯৯৬ তা ইহান হানবা ওইনা ঐগী রারীমচাশিংগী পুনশিনবা "ফিজ্জীগুংদা" হায়না মিং থোঞবা লাইরিক মচা অসি ফোংজখি। হন্দক্তা অসিনা অনীশুবা রারীমচাশিংগী পুনশিনবা ঐগী লাইরিক্নি। ইনীংঙবগী ইথিল অমনা ইজখিবনি, থোইদোক্লা হৈদুনা ইজখিবদি নংচদে। কম্বিগুম্বা খরদং পুন্সি'সিদা পাঙথোক্লাংলুই, অদুবু পাঙদ্রবী ঐনা করিবু তোকনি ? খঙহৌদনা পুক্নিংদা ফাওরকপা ইথিল অমনা হাংলবা চেবাংদা ইথোকলুই করিসু খন্দনা, থংনবা মীৎকুপ্তা অরেম্বদা চেথি-চেনাগুম মাঙগ্রগদ্রা হায়বগী মুংনাংনবা অমা পুক্নিংদা ফাওরকখি মদুমক নংলমদ্রগদি অরেম্বদা চোইজাইনরমগনি। সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচন অমা ওইবা ঙমজরগদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে খঙগনি। লাইরিক্কী মীংথোল ওইরিবা "অহিং অমা" অসিদি ঐনা পামজরুবদগীনি।

তাং ১৫।২।২০০১ ইং

বিনোদিনী ফুরাইলাৎপম

# য়াওরিবা রারীমচা

লামায়


| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মরালদি খওঃদ | — | ১ |
| ২। | র্রাকং | — | ৭ |
| ৩। | অহিং অমা | — | ১২ |
| ৪। | হয়েংগী | — | ১৭ |
| ৫। | লংদাই অনীগী তাইনফম | — | ২১ |
| ৬। | পোৎলুম | — | ২৬ |
| ৭। | হাংহৌরবা মফম অমা | — | ৩০ |
| ৮। | অহিংহুনা | — | ৩৬ |
| ৯। | মসিস্থু পুন্সিনি | — | ৪১ |
| ১০। | নাপল | — | ৪৬ |
| ১১। | চৈথেং অমা | — | ৫১ |
| ১২। | মৈচাক | — | ৫৮ |
| ১৩। | চমন্নবা | — | ৬৪ |
| ১৪। | লম্বীদা | — | ৬৭ |
| ১৫। | লাপথোকপ্রবী | — | ৭২ |
| ১৬। | অমস্বসিদা | — | ৭৭ |
| ১৭। | মনত্তিক্কবা | — | ৮১ |
| ১৮। | মিৎয়েং | — | ৮৫ |
| ১৯। | অরোইবা মীৎকুপ | — | ৮৯ |
| ২০। | মওফাওনরবস্থু | — | ৯৪ |


—*—

# মরালদি খঙদে

নোংঙাল্লকপদা মঙারম্রি। ম্লাহৌ থম্রা থেংগনবা মীওইশিংদি ফমুংদগী চৌগৎনদবনস্সু কোঙ্গায়নি। নিংথমগী অয়ুকনিনা ঙল্লিবোইদস্সু মনীংই। ম্লাহৌ থম্রা ঙনগনবা রজনীগী মশুশিংন্থুনা লাওনম্রকই—

"ভা-মুশুক লাক্লে অবোক অবোক ভা-মুশুক লাক্লে ...।"

চৌগৎপা তনবদগী ফমুংদা হিপচিন্দুনা লৈরিবা রজনীনা মশুশিংনা মপান্দা লাংবন্থু তারগা খোল থম্রা কল্লপ্পা—

"নপায়াম্লিমচা মাদি নহানমথৈ কদাইদবু লোৎলুম্রে হায়গেনে? তাঙ্গা অস্নুক চাদনা লাকইবসিবু ..। থবকা অমত্তা হেক লৈতে মহায়খোহৈ।"

মমৌন্নুপীস্সু চাকশঙদা রায় তৈনা তৈনা মনেম্না ফমুংদগী খোল্লে চুমদনা হায়রকখিবা রাঙাংদো তাম্রবা মাল্লে পম্রপ পরপ মনেমগী নাক্তা থোম্রক্লগা মনেম্বু থেমজানবোই কম্রিওই তপ্লপ্পা—

"ইমা অমুক চৎপ্রগনি ভা-মুত্তকসে পাক পাক লাকপীবস্সু নত্তে ওন-থোক্লা পোংপ্রবা জাৎনি। থবক ভাম্রিদস্সু লৈ কৈদৌবগে ...।"

"থবকপুদি লৈত্তবা হৌনদেনে য়ুম অমা পাল্লবদি অন্থুদা ঐনা মাবু শাওনীংলীবদি মীনা নহান নঙ বাজীগী সম্বৎস্বর মম্রান্থুদা লাকউ হায়ন্থুনা পাউ অন্থুক কম্লা মীঙোন্দা চেনপ্রগা মানা হেংক ঙমন্থুনা লাকখিদ্রিবন্থুনি, পুম্রা নাত্রং অমনি সোনোবু থুংত্রা কম্রিনো?"

“হো অহুবুদি মাগী মুংশিং মায়রম থোকলুদবনি, ঙসিদি ইঙন ঙম্না অমুক ফুং ফাওরকইবসিনি ।”

“য়েংঙোই অহুদি সুম তৌবসি ইবেম্মা, মনীংগী ইথোলগী নাপী শিংনাংশিংসে থর থরা ফান্দোকহল্লসি মাগী ঙসিগী থবক্তি ... ।”

ইনেম নেমথনা ফমুংদগী রজনীনা মমৌনুপীদা হায়দোকখি ।

* * * *

মুগুক চহী য়াঙ্খ্রেমুক্কী নকয়ানি । নহা অহল পুম্বনা তা-মুগুক অহুম মীঙ্গৌই, চম্নবা চান্নদবা কনাসু থোইদোক্লা থিক্নদে । মহাক রজনীহোয়গী মমাংশঙ্গোয়গী উখোংতেন্দা ঙারহুনা য়ুম্বুরেন্থীগী থোদা ভায়রি । মশাহু অহুক ইংপ্রবহুদা মতু য়াওদবা মঙ্গুনবা জরগী অপাবা অমথকুংদমক লীৎলি । ফীগা থাদে । নিংথমগী ঈংগ্রবা উল্লেন অহু মঙোন্দা করিমত্তা ফাওদবা মাল্লি । মনীংহুগা কুচুহুগা হেক চাম্নে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই, মামুক মুবা মৈতৈ লৈবাকসিদা পাক্লা উদ্রি, থরা ভোয়না উদবা অঙাংনদি মা উবদা কপ্পা থেম্বা ফাওবা পাক য়ান্নদবা ময়াওই । তা-মুগুক অয়াপ্পা খুঙ্গং অন্নদগীনি হায়নৈ অসেংবা মফমদি কনাসু খঙদে, খঙনবসু হোৎনদে. থোইনা দরকার লৈতবনিনা । হৌজিক হৌজিকপুদি ককরা অসিয়ায়দা মাগী মুপী-অঙাং পুন্নমক পুরক্লগা মীগী ইথোল মচি অমদা শৈদাংহুনা লৈ হায়বদি মতাম । মাগী থবক্তি মীগী কোম্থোং থরা শেম্বী-শাবীবা, শম্বল লৈপন থোনবীবা, খোঙবান তৌবা নত্রগা কাবক শাবক চেক মুঙ চনবনি । চীম্না হায়বদবু করিসু লৈতবা থবক্কি হায়বগী য়ানি, তসেংনমক হৌজিকী মতমসিদদি পৈশা পীরগে শম্বলসিমতা থাবীরম্মু হায়বদা মী থীবা পাক ফংবা নত্রে । মীশক-মমায় হায়বা অমসু য়েংদবা য়াদে । অহুনা ওইবা তাই মাবু লাক্লবদি মশক মুন্না খঙবা মী খুদিংমক্লা নোংমহুদি থবক লৈবা লৈতবা ফাননবা হোৎনরিবসি । মতমসিদদি মাগুম্বা মীগী মতেং য়াম্না দরকারসু ওই ।

* * * * *

রজনীতু ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি অতুগা পরপ পরপ মাঙোল্লোমদা থোরক্লগা খোল থরা তপথনা—

"মুশুক নঙদি অসুক কুয়বসিদি কদাইদা লোৎলুরে হা ইবুংঙো ?"

ইহা হাদনা ব্যাবার কায়দনা থুম্লকখি—

"ইমাইবেম্মা থৌবালদা লৌ য়ৈবা চৎচরুই মতুদা পাক কারকপা ঙমজদতুনা ... ।"

"কনাগী ?"

"যে ঐখোয় তাদগীনিদা ।"

থৌ-রা ইশা শাদনা রজনীনা মথা অমুক শমথরকই—

"ফরে ফরে ঙসিদি থবকসু কয়া লৈত্রে মনীংগী ইখোলগী নাপী শিং-না'শিংসি থরা কান্দোকপীরম্মু, নীংথমথাগী মনা-মশীং থরসু ইমাদি থানীং-ইনে। যে'ঙোই নঙনসু থাবীগদবনি, ঐখোয়গীদি মী লৈতে নঙসু খঙ-লিবতুনি।"

কোযনা চাওযেং য়েংলগা মুশুক্না—

"য়ানি য়ানি করিসু লৈবা নত্তে ঙাইহাক্তনিদা।"

তাঙ্গাতুনা রজনীগী মমৌঙ্পীনা নোকক্কেৎ তৌনা মরৌ লৈনা—

"তা-মুশুক চাকসু ঙসিদি ঐখোয়দা হাপ্লগেকো ইঙ্খাংগা হাওহন-গদৌরিবনি।"

"এ. ইবেম্মা হাপ্লুরন্নু ইবুংগীদি ... ।"

তৌবগীদি রাফম অমদি লৈ চাকসু চারুরবদি মাগী খুৎশুমন পৈশাহু তাথগনি হায়তুনা নোংমতা থবক ফনা রানা শুরুরবসু তা-মুশুক চাখো থকখো কয়াসু য়াগন্দে হায়নৈ। চাঙাং গ্লাস অমা অনীদংগা বেড়ী মচৈ থরগা পীরবদি অতুম য়ারে। অতুগা পৈশাসু সুমিৎ অতুগী অতাবী অহু হেক পীথোকপ্রবদি পাক হল্লক্কন্দেসু মহায়নৈ। অচুম্রা চুমদ্রব্রদি খঙদে। মরম অতুনা মাগী মওং খঙবা কনা কনাগুম্বনা পৈশা রাৎনা হেক হেক মপীরগা মাবু তোয়না লাক্লবা হোৎনৈ। তাবদা তশেংনা মুংঙাইত্তে, মতু পুম্নমক মাগী চম্লবা থম্মোয়তুনদি খঙলমগদ্রা ? মতুমক্তি খঙদে।

তা-মুগুক থবক তৌবদা মচু তাই মা-মকীগুমই। মঙক পাঙ্গা হাইগন্তে। মথৌদা মবুক্লিং লুপ্পী। চা ফাওবা পাক থক্তে। তাঙ্গা য়েংলগা পীহৌত্রবদি থক্লমদবনস্থু কোঙ্গাইনি। মমলস্থু নোংমতা মনত্তিক্লদে। কনা কনাগুম্বনা চাবা চাদবা ফুরীৎ খোঙ্গ্রাও থরা পীরগা থাদোরকপস্থু অহুম ঙাওই। মহুদা মা কন্নিস্থু পেন্দবা কোংদোক্তে। অঙকপা মাগী মগুন্নী ভসিগী যুগসিদদি। মহুমকুস্থু মাবু মী খুদিংমক্লা নকশিন্নবা হোৎনন্নি। মশাগী ওইজবতা থীহুনা।

কন্নি লাইবু তোৎলুরবনো থঙদে নোংমা মীনীসিদি তা-মুগুক রজনী হোয়দা তত্তনা লাকই। মফী-মরোলস্থু থরা হোংবা উই। মাবু মুংশিবীবা কনানা খোনবীরকপা মওইরম্বস্থু ময়াই। ফীরোল হুগী মগুন্নরা থঙদে, থবক অমোংপা গুরুরগস্থু তনান তনান মযুম হন্নবা হোৎনজে। মহৌশা নত্তে। নীংথমগী রাউরি রাউরিবা মুংশাহুদা হুমাংনা মুরবা কুচুহু পুন্নং লংই। থবক লেপ্তে।

"তা-মুগুক নচাদি কয়ানো ?"

রজনীগী মমৌহুনা নম হাহুনা হুঙলুই। লৈপাক তৌন্নিবা য়োৎপাক্তু ঙাইহাক থন্নগা মখুৎদাংহুনা মরাইবক্তগী হুমাংহু তৈথোক তৈথোক্লা নোক-অগা থরা ইকায়রপ তৌনা খুম্মকই—

"ইবেম্মা অঙাংদি মঙানিদা মুপী অহুম মুপা অনীনি।"

"লাইরিক-লাইগুদি কয়াম কয়াম ... ?"

"ইবেম্মা থবক্তা ফংনদবসিদা লাইরিক থন্না তমহল্লগা তোকথোক-হল্লেদা। মুপী মচা অনী'মদি মমাগী মতেং থন্না পাংজনবা ফীশা-লোনশা য়োমদা ওইনা ... ।"

য়াম্না জ্ঞান তানা খুমকপা মাগী পাওখুমহু তাবদা রজনীগী মমৌহু লোকফেৎ তৌই। চুম্মী হৌজিক্কী মতমদা লাইরিকপু রাংনা ভমলুরবদি সরকারগী থবক হেক্তা হায়রকনি ফংত্রগনা ঙাওচৎনগনি মুপী থঙদে মুপা থঙদে। অহুগী শরুক থরা তমহল্লগা শেলতান লম্বীদা মশা মশা হীংননবা

হোৎনবনা হেন্না ফবজাৎনি। থাগৎনিংই তা-মুগুকী চমজরবা থম্মোয়নুংদা তারিবা অচুম্বগী মমিচু। থবক চিলহাও থিদনা মবুকচেল শেংনা মশাগী হুমাংমন্না তাপ্পরগা হিংননবা হোৎনরিবা মাগুম্বা কয়ানা মশীং হেল্লম্ববদি সমাজ অসিগী শেল-থুমগী ফীভমস্থু অমুক য়াম্না শোথরম্লোইদবনি।

* * * * *

ফনা অমুক মকুইশল্লক্লে তা-মুগুকতো লৈকায়দুদা অমুক উখিদবা। নোংমা ইকুই কুইদ্রি কৈশামথোংদগী হীদাক ভাওরগা থোরকপদা মৈরা পায়শিংনা ফারগা থরা শাথীনা ফুপ্রেস্থু হায়নৈ। মদুনা ওইরমগদ্রা? অতুক হাক্না হীদাকস্থু থক্লমগদ্রদি মান্দে। অরাবগী পোথাবগী নোংমা ফাদোক্না মুপানিনা মাস্থু থকচিল্লবস্থু মাল্লি। তাবদা মাবু অখঙবা মীওই-শিং অপুম্বা মুংঙাইনখিদে। রজনীগী মমৌদুনা মনেম খঙহন্দনা পৈশাস্থু থরা মরাৎনা পীখিবনি। মনেমদি অদুগুম্বা য়াদে। অদুবু মহৌশা নস্তে মুগুক্তো পাক উখিদ্রে। থিত্তং নীংঙমলক্লে।

* * * * *

নোংম নোংমগী ইরাং য়াম্না কনথৎলকই, মহৌশাগী মৈতৈ এখোয়গী লৈপাক্তো নত্রে। হাৎন-শুনবগী অশি-অনাগী পাওনা নম্মী লৈরক থুল্লক থবর কাগজ পুম্বস্থু। মহৈ মহৈ থবর লৌগদবা হঙ্গোইনৈ, মশক খঙবা খঙদবশিংগী খুৎশি চাদবা মওংদা শিবা ফোটোশিংদু উগনি খনবদগী। থবরগী মমাংদগা হাপচিল্লে মনিংদা হাপ্পমকস্থু কদাইনো? করম্লো লৈ-পাকসে। নীতিগী সুম মীশি-মীনাসিনবু সুম হেঞ্জিল্লক্লবদি থুন্নাই অসি মুৎথিবা কনানা খঙবা।

* * * * *

খঙহৌদে খবরদগা নস্তে লৈম্বক কোনশাংদু থুংনা মহৈ মহৈ লাংনরকই। নম্বুল তুরেল মপানগী মোংশোংদা অশিবা হকচাং অমা বোড়া থাউজাওদা হাপচিল্লগা থনম্লে। কনাগী করিগী? মরাল অমদি শোয়দনা লৈরম্বস্থু

ময়াই। নোংমৈ মরুনগা নত্তে য়াম্না তমথীনা ৎংলগা হাংপা মীহাৎংনি। দাগফম কয়া মশাদা লৈ। মতুম্তু মনম নমথীরকপদগী লম্বীদা চংপা মীং ওইনা খঙনরকপনি। ফনমক মকুইত্রবম্তু নোংমা নিনীগুম্বদি থুরবা অৎংনি।

রজনীগী মমৌতু চাক চাগে তৌরম্বদগী চাকলুক মপান্দগী ফুক হৌগংলি, ওস্থোক্রম্তু তান চারুবা হায়বতুনি, থুক লাওবা অমা মশাদা ফাওখিবগুম তৌখি। অম্তুক লাপ্পগ্রবসিদা মনম নম্লকপগুমই। মহৈ মহৈ নহা অহল অঙাং খাক্তনা য়েংবা চংনখি।

"ওস্থোক্রম্তু তনখিদ্রবা হায়বতুনি।" মবুক্লিংদা খম্থরুই রজনীগী মমৌতুনা।

পংকুই কুইনদে থোঙ্গাল্লোমদগী রজনীনা কোইরাও লাওনা—

"অঙাওবা মাবু অতুক তমথিনা হাংলগা করিবু কাম্নগদবনো মপা য়াম্নিমচা ...। লুপা লিশিং ১/২ দুগীদমক্তরো, ওস্থোক্রা তুকচপ্রেদকো শা-ঙা ঙাক্তো ঙায়রবা মাল্লেনে লৈবাকসে। হীংববু ওস্থোক্রা কিজরেনে।" মমৌনুপীতু খঙপ্রেক খঙটী তা মুগুক্লি খঙলকপতুদা। নীংশিংলকখি মাবু অমুক হল্লকুবা খাকহৌবা শুপ্নগী লুপা কুন্থ্রাখক্তু। মমিত্তগী পীগী ঈচেল খরা শিম্থরকখি। অতুগা লোয়ননা উরকখি মথোয়গী মনিংগী ইথোলদা, তা-মুগুকী মখুৎমক্লা থাখিবা ফৈদোম নাইনা মকা ফম্না, শাহৌ চুম্না হৌরিবা নীংথমগী হঙ্গাম কোবীশিং মথং মথং ...। □

# য়াকৎ

নোং ঙানফুং ঙানফুং তোৱরকপগী উচেক য়ুরা লাংনররকপা মরমনি। যমু দা হেদো নাহে চন্নীবী লৈমাদো মীংকপ খঙ্গথোক্ক থোক্কই, ফমুংদগী মহৈশাগুম হৌগংনবা হোংলৈ, তসেংনা হায়রবদা মহাক মহৈশায়দগী ফমুং-সিদা নোংবু ঙাল্লবদি কুইনা তুমশিন্দুনা লৈবা হৈনগন্দে। অদুবু থংনরা মীংকুপ্তা চৈনা অমনা মাগী হৌগংপা ভম্বগী থৌনাহু মাঙহুনখি। খঙনীং নীংশিংলকই মহাক্না উচেংকুম ফমুংসিদা লেঙ-ওংপা ঙমদ্রবমথে, অাহল্লা লৈরক্লীবসি চহী অমা অনীদি শুনীং শুমাঙ তোৱরম্লগনি। চাংশীনরী লায়নানি। য়েংবা য়াবা য়েংলে ডাক্তর কয়া, মমিং লৈরবা মণিপুরগী মাইরা মাইবী, ফবদি মঙমদে। চহী মতাংসিগা হায়রুরগদি পুন্সি চুপ্পা কোমগদ্রা মাম্লি লায়নাসিগা।

করি করিগুম্বদা মবুক্কিংদা বাযৌনা শোন্দোকখি—"কয়াম কুইনরু মী-ওতুনা অম্মা ঐবু … ।"

তপ্না তপ্না অথিংবা লৈতনা মীহুৎথোংগী চেকথায়রবা মমী পরেংহুদা অয়ুকী মৈশা য়াওদবা হুংশাগী মেংলবা মঙাল ফাওজিল্লকই! মহু ফাওবা ইমুং-মচুংগী মীওই অমত্তা হৌগৎনরগী মওং অমত্তা উবা ফংদে। থংনবা কাদা মচা মুপাগা মমৌ মুপীগা নাখোক্তুনা তুমগী মখোল তায়। মখোলবু মশা শগান পায়হনা চীংথোক্নীংলুই। অদুবু মহুমরী পাঙ্গলদি মঙ্কোন্দা

লৈতে, মাস্থু অছুম তুম্লিংদনা তুমশিনবা তাবনি। লৈমা মমিত্তু উরোল শারোন তুমথনবা অমুক হোৎনৈ য়াবদি নত্তে। তুমদনা মঙ মঙই। মাগী লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী মরমদা মথং মথং ...। তলব চাবা সরকারগী থবক মচা অমত্তং ফাওবা মপুন্সিদা তৌখিদে। থবক চিলহাও খিদনা নোংমগী খুৎশুমন ফংনবা হোৎনখিবা শীন্মীনি। য়াম্না চম্না হীংখি লৈমা মখোয়নি। চাবোই চাদবোই থবক অরাবা শুমন্দুনা মশাত্থু হেক কেমখিবনি। চহী ৭/৮ লোমগদি শুরম্লগদ্রা লৈমাগী হুপানা লৈখিদবত্থু য়াম্না পেনখিদে। খরা খরা মচাগী মপান চাবা হোৌগৎলকপদা মঙায়রকপদনি। খঙহৌদনা নারকপা লায়না অমদগী হংথৎ থত্তুনা পুখিবত্থু। খল্লুরগা ঈশ্বরবু নিন্দা তৌনিংই। চহাগী ডিন তাবা খুদৌং ঈশ্বরদা অনৌ-অপেন মপুরোইবনা পামজরন্থা কয়া মথেল-লুকোয় তৌদুনা লৈমা মশানা কোয়চেন চেপ্পদুনা হেক হেক মকচ্ছবনি। অছুম তৌরগা ঘরা পেঞ্জে। নীংঙমদবা কয়াস্থু কোকচবগুম তৌই।

হন্দক্তি শুকঙম ভম্নরোই, হীংলি হায়বত্তা মঙায়রবা মাগী হকচাং অসিনদি করিদুদি তৌরুবা ভম্নগনি। লৈমাদো মবুক্লিং খঙপাক পীকথরকই, মমিত্তা পীগী ঈচেল খরা শিন্থরকই। মখোল থোক্লা পেন্না কপ্পীনি। কপ্পদি মঙমদে। মাগী লায়েংবদা চঙলিবা হীদাক-লাথক মশীং নাইদনা লৈবগী, কনাগী ডাক্তরগী খরচ, ইমুং-মন্নুংগী অরাং-অপা, মশুশিংগী স্কুলগী ফী, ট্র্যুষনগী, লৈকায়গী শাংলুপ/শেনখায়, লান্থৎ-নারেং, লুহোং-কৈহোংবগী পোৎয়েং-চয়েং পুন্নমক মচানুপাগী পীকথ্রবা গ্রেড ফোরগী তলবকী শেঙ্গাও অসিদগী মচংলিবনি। অমুকস্থু খল্লি—উসব মচা অমা লাইদা কংপা রাদবু উসব মচা হান্নবনি শেলদি অঙাং নত্ত্রে চঙগদবত্থু, হৌজিক্কী মতমদা তাঙলিবা পোৎ-চৈগী মমলসিদদি করম্না মচানুপাগী ফীভমসিদা হৌদোক্লগনি? মচাস্থু মুপা অসিমতনি। মচিন-মনাও মুপীবু ওইরবস্থু অনীদংগা শুজরম্নবস্থু ভাম্নরগা থরস্থু থোকপা মম্নাবনি।

লৈমাদো চমম্নরবা রাখলদুনা মকোক্তু খরা খরা ভাওখৎলকপগুমই।

"ইমা ইমা চীন-য়াহু অমুক্তা ঙম্লিইঙদা শেংদোকহৌসিসে … ।"

মমৌনুপীনা পেল্লা পায়হুনা ফম্মাংদা লেপ্তুনা লৈরম্বহু উবদদা লৈমাহু খরা জ্ঞান তারকপগুমই। য়াম্না রানা চেপ্লগা মমৌ নুপীনা খরা ঙাকপোই করিবোই তৌরগা চিন্দু শেংই, ফজনা নীংথিনা শেংবদি নত্তে। হৌনবীনি হায়বগী অতুক শেংবনি। মমৌ নুপীনা অতুক থব্রায় য়াওনা সেবা তৌবিবহু মবুক্লিংদদি ইপেন পেল্লবা ঙমদে। অমুক্তংদি তাপ্পা ফংলিইঙসিদা মপু-বোইবগী উসবতু কৎলবস্মু কংত্রবস্মু মমৌনুপীদস্মু হৌদোক্লীংবনি অত্তবু হৌদোকপদি শুকঙম ঙমদে। মচান্নপাদস্মু মঙাম্ন। মতমদি লৈশিল্লক্তে। হাক্লুমস্মু যুম মাঙহুনা কংহৌদ, হুন্দকস্মু অমুক কত্তবা তারব্রা ফিভমসিদা কমদৌনি। অমুক অমুকস্মু মথন্নতা খঙ্গিল্লুই—"করি পাপ্প্ তৌরক্তনা অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ঐবু . ।"

তাইনফম খঙদে খোয়শাঙনৈ। নহা ওইরিঙৈ মথৌনা মপাঙ্গল লৈ-রিংদস্মু কনাগুম্বা মীওই অমগী মফমদস্মু লানখিবা নোক্লকবস্মু লৈখিদে কাওখিবনরা ? মত্থ নক্তগনা নহানমুক্কী মপোক্কী পাপ হায়বহু ওইগদ্রা মহুস্মু খঙদে। মথন্তা মওন মওন খল্লুই কান্নদনদা লৈমাহু। ফনা মঙম-দ্রবস্মু ইরুজদনা ফীরোল অশেংবা হোংদোক্তনা চন্দোন মচেৎ অমত্তা মরাইবক্তা থিন্দনা চাক চাবদি লাইবদনা মৈথক্তা চৌবা থুম যাওবা পোৎ অমত্তা মযাদা চাবা য়াওখিদ্রিবনি। গৌব ধর্মদা হুকচিনবা মীওইশিংগী মরক্তা মাস্মু অমনি। হৌজিক্তি ফমুংদা অহুম মাংস্মু মাংশিল্লে, চাকস্মু চাশিল্লে, শারবা কালেনগী মৈশা, নীংথমগী ইংলবা উল্লেন পুন্নমক ফমুংসিদা লৈতাহুনা খাঙলি। করম্বা আশাদা মহাক হীংলিবনো হায়ফম খঙদে। নৌরিঙৈ নাবা খরা খরা হৌগংলকপদদি মচাস্মু মমৌস্মু খরা কুপ্পা মাগী অপাম-পামদা কয়া কুপ্পা শেন্নহুনা সেবাস্মু তৌরম্বনি। হৌজিক্তি তৌফম থোকপা খরা তৌরম্নগা কাহুদগী মহৈ মহৈ হৌহুনা চেম্নবগুম তৌরক্লে। মাগী ভাবনরা মহুদি তশেংনা খঙদে। মানা অহুক মুংশি চান্ন মথাদা মাকচরকখিবা মগুশিংহুদি মাগী কাহুদা শুংঙবু চংলকখিদ্রে হায়বা ফাওবা

ঙেক মম্বায়, মপান্দা মখোয় পূম্নমক্কী খোঙ্জেলদি নক্না লাপ্না অতুম মতায়। মানা কৰিগুম্বা অমত্তং ঙাং-শকখিবদি কনাস্থু থোঔইনা তাবিদে। মখোয়বু মানা কয়াদা নুংশিনা য়োক্লকখিবা মথুত্তা মখী-ময়ুং ফায়জাল্লকপা ফাওবা ময়াওখিবনি। য়ুম্লোম্নবদা লৈবী ঙানবীনা ফাগীওই করিওই নোংমা হায়খিবতু নীংশিংলকই —"লৈমা নশুশিংসে নঙনদি অতুক নুংশি-চান্ন তৌরিবা, মখোয়নদি হয়েং চাওরগা নঙনা নুংশিরিবতুগুম কনাস্থু করিস্থু নুংশিঘিরোই। ইশুদি লায়রদনা ইচাস্থনি। চপ মান্নবনি।"

"এঃ কৰিগী নীংদবা য়াত্রা? ঐনা অস্থুক রানা নুংশিনা তৌজরিবসিবু। ঐমক্কী ইচা ইশুনবু।" নাপল অমগা লোয়ননা থুমদোকখিবা লৈমাগী পাউথুমনি।

"য়েংউ থাজত্রগা ঐনা হায়রিবসে হয়েংরায় খঙলকনি, তুরেলগী ঈচেন্নবু হঙ্গৎনা চেনত্রাও ইবেম্মা।"

নুমিত্তুদা লৈমানা ঈ কাতুনা শাউগৎখিবতুদি। তশেংনা ঙসিদি ঙানবীনা হায়খিবতু পূম্নমক ইকুই কুইনদনা চুম্লকপগুমই। মখোয় থুদিংমক্না মাবু লাপথোক্নবা হোংনরিবতু মাস্থু লোয়না খঙভী, উই। করিগীস্থু লাপথোক্লীংলোয়, মাবু মী অমা ওইনা ইমুংসিদা মশীং থাবা য়ারিত্রা? শুপ্নতগী শিনা ঙায়তুনা হীংলি হায়বতা মঙায়ৰবা তত্থায় শিন্নবা মহাও য়াওত্রবা মাগী পুন্সিন। লৈমাতু মশা শোস্থরকপগী হৌনবা করিস্থু নত্তবদা কান্নদবা থলহেদবা ৱা ঙাক্তা ওইনা থনবগুম তৌই। মবুকচেল পীকপা য়াবা পীকশিল্লকই।

* * * * *

তপ্না তপ্না উনা উনা নুমিৎ তাশিল্লকই। মমৌমুপীনা ঙসায় অয়ুক হাংদোক্লম্বা লুথুমগী মীহুৎথোং অতুদগী মেরা থাপ্পী পানথৎলকপা থাজগী ঈংলবা মঙালনা লৈমাগী কাতুগী পোৎ-চৈ থুদীংমক ইরুং লংনা অমমমতা ওইনা তপ্না তপ্না মৈরকখি। ঈংলবা থাজগী মঙাল অতু উক্নরগা পথক্নরবা

মাগী হকচাংদু খৱা তেকথংলকপগুম ত্তৌই। মাগী হকচাংনা ফমুংহুদা উচেংকুম তাহনা লৈরবসু মাগী ৱাথলদি হৌখ্রবা কাওঙমত্রবা পুক্সিগী মুং-ঙাইরবা থৌদোক মচা মচাহুগা ইৱোইনবগুমই। ওইথোক্লৱোইদবা মীৎকুপ কযা কয়ানা ইপোম নাইনা মথং মথং শাম্নরি। মহাক মশামক্তী ওইবীবা ফীভমহুবুসু কাওথোকচখিবগুম তৌই। হেক লোম্নবা কাদা ইথং খঙহৌদনা মমৌনুপীগা মচানুপাগা পৈশা-মুংশাগী হিসাব কোম্নদবগী মরৈ য়েংনবহু ভাবদা মশাহু হুমাং অনম্নী কাংলকই।

ঙ সথক্তগী নক্তে মরক মরক্তসু অহুম মতাম্ন। লৈমাহু থাঙবা ঙম-শিল্লক্তবা মাল্লি। মাগী ফীভম'সিদা স্নম হীংহনা লৈনীংলক্তে, করমদি তৌনি? ফনমক হীংনিংলূত্রবসু হীংবদা তারকই। অযুক্তী মুমিদাংগী চাং নাইনা মথুংমক্লা লাম্বা ফংনবা মওংদা থম্লিবা চৌনফা ফারবা হীদাক-শিংদুদ ম'গী মীৎয়েংসু তাশিল্লুই। মাগী আশা হায়রবু হীদাকশিংসি মঙাম্বে মসি নত্তনা অতৈদি …. ..। মাগী পেন্দবগী ৱাকংতুদি কনাদা থাম্মোয শেংনা পেম্না ফোঙদোক্তুনা ৱাকংলুগনি। মহু পূম্নমক কনানসু তানিংলোম্ন হাংল মালংদা তিনথিবা নত্তনা ……! ☐

# অহিং অমা

তুঙ তুঙ ... ... মপান্দা কনাগুম্বা অমা চৎপগী মখোলনি। মীকপ খঙথোক থোকই, শুক থেংলবা অহিংসিদা কনাবু ওইরিগবা ? য়ুমসিমগুদ্রা নত্রগা থংনবগী য়ুমদরা ? অমুক ফৈজুপ্তু চীংখৎলগা তুমথনবা হোংনৈ। অমুক্তসু ইকুই কুইদনা তুঙ তুঙ পেদেক পেদেক ... ... ! হন্দক্তি হান্নদগী থয়া কল্লি মখোলতু, খঙলে ঐনা লৈরিবা য়ুমসিমক্তদনি। তুশ্বা কায়রে। লুখুম মনাক্তগী মিহুৎথোংতু তপ্পা হাংদোক্লগা য়েংনিংবনি, মতুমক্তি মঙমদ্রে। থাজদনা অকিবা অমা খঙকাও ফাওরকই। মতম্নগা ফত্তবসিদা ··· !

খুঙ্গংসিদা নহারোল লেক্তবা য়ুম লৈশিল্লক্রে, লোম্না ফোংনা মীপুম খুদোংমক্লা হায়নরবা রাফম্লি। ঐসু ফনদি মকুইশিল্লক্লবনি য়ুমসিদা ভরা লৌতুনা লৈরকইবসি, ঐঙোন্দদি অমুক্তসু থোকখিদ্রি। থাজবা ঙম্নমদে। ঙসিদি করম তৌনি, ময়াম্না হায়নবতুমক্লি। মওং মওং খল্লতুনা ফমুংদা তপ্পা য়াম্না রানা চেপথরগা হৌগতুনা ফম্মী। ফকখাদগী চুরুপ উপুতু য়াম্না তপ্পা খুংশানা অমম্বতুদা মাশিল্লগা চুরুপ মচে অমা লৌথোক্লগা চীম্বান্দা থম্মী, মৈখেৎ খেৎপদি পাক হেক ঙমদে। খঙকি কিশিল্লকই, তলনকী পৈশাসু এরিয়ার খরসু ঙসি ফংলকপতুগী মনিলতু খঙবদগী কনাগুম্বনা নহারোল শাশিন্নরগা লাক্লবা জাংলা, অশেংবা ওইরম্লবদি ফজনা ভাংনবা য়াগনি মতু নত্রবদি কমদৌবা ... ! মীহুন দং দং চোংই, লরায়গী শমসিসু চপ চপ য়ুংখৎলকই। লাপ্পা নক্লা হুই খোংবগী মখোলতুনা অমুকসু ঐবু

হৈন্না ৱা'হল্লি। ঐখোয় ওফিসকী চপ্রাসি তামনিনদি হেক হেক ফাগী ওই কৱিওই হায়খিবনি—"সার মতম ফক্তে মী অমগা শিয়ার তৌৱগ' লৈমিন্নবনদি হেন্না ফবনি।"

পঙাং ঙাংজবনি হায়দুনা তামনিগী ৱাহৈদু খোঁশারুদবগী মহৈদো ঙসিদি ফংগদৌৱবা মাল্লে। ঐনা হায়বদা কনাসু য়ারোইদবদি লৈতবনি তোলহনসু, মধুসু। হৌজিক্তদা নীংঙমলক্কে, মখোয়নীদি বক্তার ময়াদা পুন্না চুকান অমগী ভারাদা লৈরবনি। নোংদা ঙানসন্ন হয়েংদি মখোয়দা তক্রদবা য়াদ্রে। তাঙ্গাদুদা মীগী শন্থম অমা ঐগী মীহুংখোং মপাদ' হেন্না নকশিন্না লেপ্লগুম তৌই। করম্মো' স্বর ফাওবা চনীং তানা নীংখিনা হোনবা ঙমশিল্লক্রে। কাংসু অমা-অনীথক ঙসাই কাংখল মনুংদা চঙহৌবদুনা ঙরং ঙরং ফী খোংদবা মায়সিদ' অমুক অমুক ঈ চুগবা হোংনবি। মদুনা অমুকসু খোইনা ঐবু ৱাহল্লি, পুক্লিংসি লৈতাহন্দে। লমদম তাম্না লৈহৌৱবী ঐগী ইমা অশোনবীদুবু খঙনীং নীংশিংলকই। ঐনা মীংকপ খোৱকপদা ইমানা হেক হেক লালটেন অমা পায়রগা—"কাঙনা চীক্লবা ফাওবা খঙদবা মুপাসিবু ওম্বোৱসু থাগ্রবা উনশানোসে!"

মচীন্দা মুক্রম মুকম শোন্দুনা কাং হাৎলম্বদু মিত্তা ঙসিসু শংশঙনা উৱকই। মতং মতং মমৈ মকোক শয়দনা অমুকসু নীংশিংলুই তান্না লৈহৌৱবা ইচিন-ইনাওশিং অমদি য়ুমগী অৱা-নুংঙাইগী ৱাৱী..। ইনাও চুপা য়াইমদুনা ঐগী ফুৱীৎনিবু হায়ৱবদি শেগায়ৱবা ফাওবা হেক পাম্মী। মদুদা লাঙ্গাও কয়ানি। ঐসিসু পুৱা বেৱানি। খৱা অহলনি গাইনগা খিত্তং হম্মোকপগা নত্তে, হেক্তা মান্নক্রই। হন্দক্তি পৈশা খৱদি লেমগনি এব্রিয়ারসু য়াওবনিনা ইনাও য়াইমদুগী অপাম্বা ফুৱীৎ অমত্তংদি ময়েক শেংনা লৈবীৱগে।

খঙহৌদনা য়েনখোন অমুক অনীৱক ওক ওক্তুনা থংন থংননা অনকপা অৱাপ্পদা খোঙবদুনা হেন্না মীৎ-নাসি থংশিং শিংগৎহল্লকই। নোংঙ নপদবসিনা কয়ামবু ৱাৎলিবা? ঙাইবদা ওম্মোক্লা ৱাগদৌৱিদা। চেক-মুক

ফাওবা লাউখিদ্রে লম্বী সরক অপুন্বসু। থাজদনা সিফাইশিংগী পেট্রোল্লীং চৎপগী গাড়ী মখোল অমা খঙনক নকশিল্লকখি, অমুকসু হেন্না থম্মোয়সে পীকপা য়াবা পীকশিল্লকই, কাপ্পরবদি অমুক কমদৌবা তারবা! লাই থাজদবা ঐনা পুক্লিংদা নীংবা য়াবা ঈশ্বর পুম্বা নীংলুই। ঐগী ফক্লাংসিদি শুপ্নতগী ফক্লোংদা কাবক-শাবক শম্বী খরা থানা তৈজবতনি, নোংমৈ মরুনা ইরায় লায়না ফাওবা ভমগনি। ভারাদি থাদা লুপা ২০০/২০০ নি লেপ্তুনা থিরিবসি। হন্দক্তি লুপা ১০০/১০০ দমক্তমক পীগে খঙগনি। তেক তেক চুঙ দাং নাসিনা পঙতাদা মতায়। নগালমশৈদি অমুক্তা অসিগুম্বা মখোলসে তাদে। থোং অসি হৌজিক হাংদোকউগকা হায়রক্লবদি ঐদি কমদৌবা তারবা? মতুদা হাংদোকউদ্রগনা করি ...! কোকসে উক্ল উক্ল ভাও-শিল্লকই, ঐভোন্দা কাপ অমদি লায়রদনা ইনচি অমা ফাওবা লেঙবা ভম্বগী থৌনা ফাওবা লৈশিল্লক্লে।

ইখঙ খংই ভসাই মৈ মুৎখিবদগী স্পইচ ওফ তৌহোদবা বল্বশিংদু খঙভান ভাম্মোরকপদু, কাচিন কোয়া শিন-থুংনা ভাল্লি কাশাংদুমা। মতুনা অমুকসু হেন্না হেন্না মাপাইবা পোক্লকই, ফক্লাং অহোবদা ঐগী ইতৌ অসি মখোয়না উরম্লগদ্রা! মতাং মতম চাদনা ইওন ওম্লনা অহিংসিদবু মৈ পীরগা কৈদৌগদৌরিবনো ওম্মোক্লসু চাঙখংখিদ্রবা মৈতৈ লৈবাক্লিদকো, পুরিংদা থনখি। হন্দক্তি ভসাইমখে তাখিবা মখোলদুগা শুডনৎ হেক নম্তে, মাহুনগসে ইথক থকৎলি, ঐগী ফমুংগা হেক তাইনম্রিবা মীহুৎথোংদুগী থোংবাদু গ্রী গ্রী তকপগী মখোল অমনি। হন্দক্তি শোয়ররোই মখোয়না ঐগী লৈফম চপ চানা খঙগ্রে অতুননি খুৎলায় অমনা মীহুৎথোংগী থোংবাদো চপ চানা লেম্লবা হৌরকইবসি। মখোয়দগী নাম্মোকপা শুকয়া য়াররোই, ঐবু য়ুমদা হনবা শুকভম্মক ভমদনা মফম'সিদা অম্লন্দুক থরায় লানবা তাররা! ফরেনে ঐবুদি শিবু শিববদি অরাবা পুম্নমক কোক্লগনি, অতুবু ঐগী থবক মচা অসিমতুং ফংননবা হোংনবদা ইখোল তখায় অমা খুরা নোবিন্দা। বঙ্কোপ থমখিবদুদি অতুম মাগী ওইখিবা তাবনি। ওম্মোক্লসু

মরূক ফংখিত্রবা অহলনি মতুস্নু, শেন্দোই ফাওবা নোংমা নিনীগকা হেন-দোকপগা য়াবা জাৎ নত্তে, কোইথৌ হেক থৌরদনা, মঙৈ থক থক হেক নিল্লতুনা পোইলা তাবিক শুবগা চৈশুতুমগা কোক কোক হেক্তা মরাকনি, ফনা চহীস্ন ময়াম্নবনি ওস্থোক্লস্নু চোপথ্রবা হায়নতুনি। মতমসিগা হেক চান্নে।

ঐখোয় ইচিন-ইনাও মঙাতুগী মনুংদা শুপ্নতগী ঐ ইথস্তুনি থবক মচা অসিমক্তুং সরকারগী তৌহৌরিবসি। চহীগা চান্নদনা অহল ওইশিল্লক্লবী বাজীনা লৌনা হুন্দোক্লম্নবী ইমা, মবূক চাওরবা ইনাও মুপা অহুমতুমগা ঈচল্মনুপী অতোনবী অতুম্মগনা ঐগী আশাদনি মখোযনা হিংহৌরিবতুস্ন। করিগুম্বা লাইরক থিতুনা মফম মরাং খঙদনা ঐনা লৈখিদবা থোক্লবদি মখোযনা করম্না হিংহৌবা? তশেংনা ঐ হৌজিক হৌজিক শিবমক্তি পামজ্রি মখোযগী লমন তোনলি। অতুবু হৌজিকপু করিনো ঐনা তৌগদবসিবু, থুংলায় পাযবা মখোয়গী থুক্তা ফনা ঐনা চুম্নবস্নু শোযদনা মায়থিবা তাবনি। চিরবা তাঙ্গাসিদা খঙনীং নীংশিংলকই ঐগী পাম্বোমদা শিরিবা লংগুং অমুবতুদা য়াম্নবিবা কোরিগী যম্নতু, মতু য়াওরিত্রা হায়তুনা খুৎনা তপ্না মাশিল্লী, য়াওবা মক্তি য়াওরি। লাইরা-তিলরাগী থোইদোকপা নত্তে, ইমানা য়াম্না থাজনা ইমাগী ফনেক মচেৎ অমগা, তুলসিবোংসী লৈবাক মতুম মচা অমগা, য়াইঙং অহীংবতুমগা ইচম চম্না লংখৈদা চৎপদা ফত্ত-লুংদা থোক্তনা যুমদা তেক্তা কাইদনা হল্লক্লবা হাপলকখিবনি। ঐদি কয়া মতুদা থাজদবনি ইমাগী য়েংতুনা অতুক ...। ঙসিগী মীংকুপ অসিদদি মতুগী আশাদা মঙাইরে ঐগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদদি ...। মতু নক্তুনা অতৈ উপায় অমদি লৈত্রে।

গীৎ গীৎ থোংজাওতু খঙনম নম্লকই; লম্নায়গী শমদো অমুকস্ন হেম্না চপ চপ য়ুংখৎলকখি।

"সার সার ... অস্নুক থেংলবা ফাওবা হৌগৎপীত্রিবসিবু করি তৌরবগে?"

হোজিক্কীতুধু চম্প্রাসি তামনিগী খোঙ্গেলস্সু মাল্লি, অমুকস্সু হন্না তানবা না থাংগৎলি। মাল্লি শোয়দ্রে তামনিগী খোঙ্গেলনি। মানা করম্না ঐ খঙপ্রেক খঙই, মঙলা তাইবঙলা? নোংবু ঙাল্লবা জাংলনে! ইকাওবু কাওথোক্লুই মহাক ঙসি অয়ুক অঙনবগী বসতা ইম্ফাল চৎকনি হায়খিবতু। ঐগী তলবগী পৈশাতু য়ুমদা খরা পীবিরম্মু হায়বতুগী লৌবা লাকপা শোয়-দনা ওইরমগনি। তুম্মুবা শারগা হাথু হাথু থোংতু হাংদোকই, মাঙ্গালদা মুংশা য়াক্লা শারম্বতু উবদা মীৎসে ইথক থকই। তামনিস্সু ঐগী ইতৌতুদা খিত্তং ঙকপদি মাল্লি। করিস্সু থোখদোকপদি হঙলমদে ঐঙোন্দগী পৈশাতু চাওরাক্লা হাইফেৎ মশীং থীরগা বস নংহৌররোই মতাগুম থুনা পরপ পরপ থোকখ্রে, খরা শাওনীংবদি মাল্লি। ইশাসে ইয়াং য়াংবগুম তৌই। খঙহৌদে মুংশা খ্বর চাওনা চাওনা হোল্লতুনা মুশুক মুবা যন লাবা অচৌবা হাতম অমা মাঙ্গোলগী কাচিন্দুদা নীংঙাইদনা কোনশিন্দুনা তুম্লিবদুদা ঐগী মীৎয়েং তাশিল্লুবতু। ঙরাং অহিংগী মতৌতু ইথস্তা নীংশিংলুরগা নোক্লীংলকই।

"যন লাবা'সিনা ওইবা তায় অচুক য়াম্না ঐবু কিহনখিবতুদি।"

পরপ পরপ ইমুং তম্না চঙলকই। মুখৎপা কাওরম্লবা বত্রকী মঙাল-তুনা কা মমুংদদি অহিং অতুম ওইরম্লি। অহিংতুগী থোদোক্তু নীংশিংলুরগা ইথস্তা পংথোক্তা নোক্লীংলকখি। কনাদবু তম্মুসিগে খঙদ্রে কনানো অমদদি থম্মোয় শেংনা লিথোকনীংই অহিংতুগী রান্নীতু —। ☐

# হয়েংগী

মুহিনী অতুক হাক্লা চহি পঙয়াম য়াম্বদি নত্তে, মাগী মুপা লৈখিদবতুদা ইমুং-মস্থংগী লৈত-লাযরা পুবগদা মশাহু চহিগা চান্নদনা হেন্না হন্নশন্না উজবন্ডনি। মহাক বাজারদা মনা-মশীং ষোনবা থোরকপা পংকুই কুইত্রি। কৈথেল মুপী অতৈগুম্না মশাহু ইহা হাজদে, মবুক-মপাউ তপ্না উই, মুপীদা মুপীনি। খরবু ভোংলবদি মমল থোয়না হুন্দে, লোয়না হেক্তা মপীথোকই। অদুনা ওইবা তায় পরেংতুদা মানা পোংশিং হেন্না ফরিবতুস্থ। মচাশিংগী খনবদা কৈথেলদা কুইথনা লৈবা ভমজদবগী মওংনি। মঙোন্দগী চহি খন্না লৈশল্লরুবী মুপী অমনা মাগী মতৌতুদা—

“ইবেম্মা নঙদা নত্তেয়ে নচা চেনবা ঐখোয়গীস্থনে।”

অমনা অমুক মতেং পাঙশিল্লকই—

“ঐখোয়গীদি ইচাস্থ তরেংনি নঙোন্দগী তঙ্খায় অমস্থ হেন্না হেল্লীবনি খঙঙেদনা।”

চিনকেন ফবীশিংতুগী মায়োক্তা মুহিনী রাতৈ অমত্তগা মচিন কাং-থোকপা ভমজবা নত্তে। অতুম নোকফেত্তমক তৌই। মতৌতুদা অহল ওইরবী অমনা অমুক—

“ইবেম্মা ইচাদি নশকনে নতৌনে মীশিংসে পোং ফজবা থিবা খঙোন্দদা তাম্নগ্রেহৈ।”

পোংশিং ফবতুদা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা মহৈ মহৈ ফাগী তৌবি, মতম ঙাইহাক লেম্লে। অহানবদদি ময়াম্না ঙাংনরিবা শরুরিবা ময়ামতু ?াবা মা কয়া হৈনরমদে, হৌজিক্তি খরা খরাতুম হৈনরক্লে। নোংমফাদোক কৈথেল কাহৌদবদা ময়ুমদা লৈবা হৈনগদবা মান্রে। মসিস্সু অঙকপনি।

* * * *

ঙরাং নহান ইরাং খরা লৈরুবনরা ঙসিদি কৈথেলতুস্সু মী খরা তাকই, পোংশিং হস্তে। উচিন-নাচিন্না মুহিনীতু হঙ্গাম মপুল অনী অতুমদমক য়োনবদা মঙায়রি, খঙহৌদনা বাজার মনুংতু ইরাং লাংনরকই। মহৈ মহৈ মপোং-মচৈ লোয়শিন্নে। কনানা হায় চুহিং য়োনবতু লাল্লি, কনানা হায় পাখং মচাতুনা লাল্লি ...। চুহিং য়োনবতু ফনা থিনা ফুৰীগ্রবা মাল্লে অতুগা পাখং মচাতুদি কমান্দো কাংবুতুনা মখোয়গী জীপসিতুদা হাপকত্তুনা পুংগ্রেস্সু হায়নবগুম তৌই। করম্বনা চুম্মীবনো মথোং মরম অমত্তা খঙনদে। কৈথেল মুপী ময়ামতু য়ৌ-য়া য়ৌ-য়া কপ্পবগা লাউনবগা পুম্নাং লাংই। হেন্না ইরাং পাম্বগী মওংনি। মুহিনী মশাতু ইথক থক্কংলি। কৈথেল যন্না মনা-মশীং চাননবা হোংচিল্লকপগা তানবা মঙোন্দা চঙদে। ফনা ফজনা মাগী হঙ্গামতু বোড়া খাউজাওতুদগী চিংথোক-চিংথোক্তুনা মতিন ওরো ওয়ো হেক তাবা মখৈ যনজাওতুনা চাথোকখি। মতুদা ফাওবা পেল্লকত্তুনা খাউজাওতুফাওবা চেন্দুনা পুগদবগী হোংনৈ, মুহিনীস্সু মথোনা মখৈ ফুদোক-তুনা ফাদোক্লবা মশমতু থোক পুনশিল্লগা খাউজাওতু মুম্নবা হোংনবদা অকনবা লাপ্পাওতু মঙায়। তাপ্পাতুদা খ্বাঙচেং শেংপী মুপী অনী অহুম প্রপ প্রপ মায়কৈ অদোমদা লাক্লগা—

"ইবেম্মশা কৈদৌরিবগে নপোং-নচৈনা হেন্না লুব্রনে? ময়াম তৌন-রিবসি য়াওদ্রিবা করিগীনো? হয়েং নঙ নঙগী নচা-নগুদা থোক্লবদি কমদৌগনি?"

মুপী অমনা মুহিনীগী খুজেংদু তাপ পায়দুনা চিংই। চুম্মী অমবু ওইরে অমবু ওইরে মাগীমু মচামুপা অদুম্মি, লানবা চুম্বা মাসু খোনা মখৈ ফুদোক্লনা মুপীশিংদুগী মতুং ইল্লি। মাদা নত্তে কৈথেলদুদা কম্লীবী মুপী অপুন্নমুনি। মচা চেনবী ফাওবা হেক য়াওই।

"মুপী লালগাইদু অসুম্না তৌরমগদ্রা?"

মওল মওল চময়না খল্লী মুহিনীদু। নাক-য়েত্তা পুলিসশিংদু ফুজিল-লকইই। খঙহৌদে মীয়ক্লদা প্রেদেক প্রেদেক, পোদোক পোদোক, অদুগা লোয়ননা অহৌবা মখোল অমসুনি। মহৈ মহৈ পঙচেন্দা চেয়্রে, মায়কৈ খঙনদে। মশা মশা হিংহৌরগা লোয়রে মতাগুমই। জ্ঞান তারকপদা মুহিনী হোসপীতালগী কেজুয়েলীতি ৱার্ডতা লৈরয়ে। মফী মরোলগা মফম-মরাং অমত্তা খঙলমদে। মাগী য়েংথংবা পুকচেপ্ত ইহিং-নাহিং শাদুনা লৈরম্বদু উরুবদদা হৌজিক্কদা চৈনাখোল মশা পুম্বদা ফাওরকই। মনাক্কদা মখোঙদা মথুত্তা মকোক্তা শোকপা মুপী-মুপা ময়াম অমসুনি। কনা'মনা মাগী মাগী মরী-মতা, মচিন-মনাও, মমা-মপা মশক খঙদোক্লবা হোৎনবসু কোঙ্গায়নি। তাপ্পাদুদা মেডিয়াগী মীওই অমা অনীনা চঙলক্লনা অশোক-পশিংদুগা ৱাহং পাউথুম চথম্নি। চৈনাখোল্লক্লদা থুম্নীংদনা থুম্বসু য়াওদবদি নত্তে। মীৎকুপ থরগী মমাংদা তগৎ তগৎ তেক্লম্বী মুহিনীগী মশাদু ইতুক তুকথৈ, মমিৎ ফাওবা হঙ্গংনা পাংনিংলক্কে চায়না অনাবা অমগুম্লকই। পীক্লিবা মচাশিংদুনা নিতিগী মতৌগুম মাবু থোঙ্গালদা ঙাইরমগদবদু খল্লুবদা মফমদুদগী ফুক হৌগত্তুনা চেম্লীংলকই। ড্রেশিং তৌরিবা নর্সতুদা য়াম্না ৱানা ওনশিন্দুনা মুহিনীনা—

"ইবেম্মা ঈচেবু কয়াম কুইনা লৈথখিগদৌরিবনোনে?"

"অরেপ্পা মতমদি চপ চানা হায়বা ঙমদ্রে, হাপ্তা অমমুক্তি লৈথখিগদবা মাল্লি।"

"ইসঃ ইচাশিংদুবু ...।"

মথন্তা শোঙ্গে, তৌফম খঙদবগী মতৌনি।

খঙহৌদনা কামান্দোনা পুখিবা পাখং মচাহুবু খঙনীং নীংশিংলুবদা মুহিনীহু কোকচাওবী কারকই। হেম্না হেম্না মশাহু ওমশিল্লক্তবগী মওংনি। খংনবা মীৎকুপ্তা চৈনাখোলহুনা মশা পূম্বা ইপৎ পথরক্তুনা ওপ্না ওপ্না মমিং অনীহু উইথরকখি উপায় লৈত্রবীদো। □

# লংদাই অনীগী তাইনফম

সন্ধ্যা য়াচঙবগী মতম্লি, নিতিদগী খবা থোংবদি মাল্লি, তম্পাক মাগী কাদা হোবে হোবে ওফিস কুম্লকপগী মফী-মরোল হোংদোকপদমক ভাইরি।

"তম্পাক তম্পাক ...।"

মাক্লা কৌরকপা মনেমগী খোঞ্জেলনি, মহৌশাগা থেন্নে। তম্পাক ইপা পাখংচনা মাঙ্গোলগা তাইনবা মীহুৎথোংতুগী পর্ডারতু হাইদোকই। মনেমদো মাবু উরবা মাল্লে—

"ইবেম্মা নকে শেমতুনা অতুম লৈরগেরা নচা অসে য়েংউ নোংঙানবদগীনি হুন্দোক্লম্লীবসে।"

তম্পাক মনেমগী ৱাহৈদো মহৌশাদগী খরা কনবতুদা শাওনীংবোই করিওই পরপ পরপ থোরক্লগা মচাতু মশাইগন লাক্লুনা শোরো শোরো মাগী কা তম্না চৌংশিল্লি। মনীংতম্না মুংঙাইনা শান্নরম্বা অঙাংতুসু মনীং থুংত্রবতুদদি রা রা লাউনা কৈরোই-লৈকাই তাবা মথৈ থরো থরো ওন্দুনা কপথংলকখি।

"অঙাংতুবু কপহন্দ্রবদি য়াদ্রব্রা? সন্ধ্যা য়াচঙবসিদা ওন্থোক্লমু তানিংখিদ্রে।"

মচল মুপীনা অমুক লাওশিল্লকই। খরা ৱারোনা তম্পাক্লা মচলতুসু মনেমসু তারসনু মতাঙুম--

"নঙ অমা পোক্লম্বসিনা ঐবু ...।"

"য়ুমসিদা নহাকপু লৈহল্লীবসে খণ্ডও, ইশুসি লৈরম্বদগীনে, মহু খণনা চৎলু ইবেম্মা।"

অমুক্তা তাখিদ্রিবা মনেমগী রাহৈনি। মখা তানা তাবা ঙম্বগী থৌনাহু মাঙখিবগুমই। মহুতনা অমুক্কস্থ পেন্দবগুম মনেম্না মঙোন্দগী অঙাংহুবু অমুক নম-হাহুনা মুন্দুনা পুখি। তম্পাক মাগী কা তম্না চঙলকই, ঙসিদি য়ুমসিদা লৈরম্বা মাগী হক খুদোংমক মাঙশিল্লকপগুমই। লাইওইথ্রবা মাগী মপুরোইববুস্থ নীংশিংলুই। অমুকস্থ খন্থকই— করিগীদমক মাগী মুপাবু অহুক তমথীবা মওংদা ঈশ্বরনা নমহুনা মঙোন্দগী মুনথ্রিবনো? মাগী মরালনা করি ...... ?

পূম্নমক অসিবু মরাইবক্তা তাইনহুনা অহুম পেস্থোক্লগদ্রা? নাহুনা লৈখিদবমক ওইরবস্থ খরস্থ পেঙ্গরমগদবনি, মহুস্থ নৎখিদে লম্বীদা নহা-রোলগা পুলিসকা খুৎ থোক্লবকপদা শোয়হুনা শুপগী নোংমৈ মক অমখক্তদা মাগী মপুরোইবগী পুন্সি লোমখিবনি। তগৎ তগৎ তেকপা থরায় য়াওদ্রবা মপুরোইবগী হকচাংহুবু কোন্দুনা কপচবা নন্তনা উপায় লৈখিদ্রবী মঙোন্দা করিগী হীংনবগী আশা অমুক নৌহৈননা পীরকইবা? মসিস্থ অঙকপনি! থোকহল্লীংদবা মীৎকুপশিংদো ঙসিদি নাকচেপ্তা চহী ২/৩ দি ফাজিল্লক্লে। মতমদি লেপ্তনা হৌথি অস্থম অস্থম ...। থবকসিস্থ মাগী মুপাগী মহুৎতা চঙহৌবনি। তম্পাক মশামক্তি থবকসিমক তৌনিংখিদবনি। মচা লৈবনিনা হায়হুনা নমহুনা মম্বাম চংহুনা মাবু তৌহনখিবনি। চহী অমরোমদি ফিজেৎ লৈতেং পুম্বা হুন্দোক্লনা অভোবা ফিজোলনা লৈতেংখি। ফিরোই লোই-রবা মতুংদনি নোংমা মনেম্না—

"ইবেম্মা অহুক নৌরিবী নহাক্লা অহুম্না চৎপদো ঐহাক য়েংবা ঙমদে, ইচান্থপীগুম্বনি মী খুদিংমক তৌনদবদি নক্তেদনা ...।"

তম্পাক মনেস্থ মীৎকুপ্তুদা মমামক্লন খঙখি, মমিত্তা খিংবা ঙমহৌদ্রবা পাগী ঈচেল খরা অরৎপা লৈতনা নাম্থরকখি। মহুত্তা নন্তনা মনেম্না তুমিন তুমিন মচি মচি খুদোংদা অহিং মুংখিল কয়াদা কপখিবহুনস্থ তম্পাক্তী থম্মোয়বু

হৃজিল হজিল থুগাইখিদবদি নত্তে। তপ্না তপ্না তৌখি অতুগা লোয়ননা অহোংবা কয়াম্ব মতমগী ঈচেন্না পুবকখি। ঙসিদি তম্পাক্তা ইনৌ নৌ-থোকপ্রে, ফিজেত্তু থোয়না কেরুবগী নত্তে, নহা ওইরুবগী দোমবনি হায়নিংই। তনৌ তনৌরিবী মাবু উবদা ওফিসতা থবক তৌমিন্নবী চহী খরা লৈশল-লক্লবী মুপীশিংতুনা—

"তম্পাক নঙসে ওস্তোক্লা পাম্মুখরেদা, নচাম্ব নঙবু অমখক্তনি হায়ব-দাইনে, ঐথোয়দি নহাকসে অতুম্না নপুন্সিত্থু লেলহন্নীংদেবো।"

অমনা অমুক—"মুপা ওইববদি নহান্না মুপী অমবু থিবনি, মখোয়না তৌবদি কনাম্ব করিম্ব হায়নদে; মুপীনব তৌরদি ..... ইবেম্মা অতু অদা খঙদে নচাম্ব অমত্তনি নযুম অমা পান্নবা তৌসি।"

ফনা মাবু মুংশিত্তুনা হায়বীবক্লবম্ব তম্পাক মখোয়বু শাওনীংই, রাবৌই। মশাদো প্রোক প্রোক হেক চাকই। তাইনফম খঙদে। অম-রোমদা মপুবোইবা লৈখিত্রবম্ব যুনসিদা মাগী অরাংপা হায়বত্থ লৈহনবম্ব নত্তে। অতুগীম্ব মথক্তা মনেম্নম্ব মাবু মচা নিঙোলগুম্না থন্নিবনি। মসি-মরুম্ব মহাক মপুক্লিং চাওথোকচবগা লোযননা মপান থোক্তুনা মীরক তিনবা ঙম্নীবনি। মত্থ পূম্নমক্কী মথক্তা মুক মুংশিখ্রবা মচামুপা অমম্বনি। মাগী মুপাগী মমিনি। মচাসিগী আশাদনি মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিদি। মাগী ওইরিবা পুন্সি অসিদগী হেন্দোকপদি মহাক তাশেংনা পামদে, কিম্ব কি। অহুবু হুন্দক মরক মনেমদা নত্তনা মচলনা মঙোন্দা থম্নিবা মীংয়েং অসিমক্তি তশেংনা নৌজন্নিবী মাগী থম্মোয়বু খাঙবা ঙমহন্দবা মাল্লি। মাগী খোঙ-থাং থুদীং নোংম নোংমগী মনেমদা নত্তনা মীপুম থুদীংনা য়েংশিল্লকপগুম তৌই। পূম্নমক অসি মা মথন্তগী অরানবা রাখলনা ওইগত্রা, মত্থমক্তি খঙদে। চরক-চহিং নাই, তৌফম চাফম খঙজিল্লক্তে। য়ুমসিদা মুম চৈলনীংলক্তে, হেন্দোক্লা মফম অতৈদম্ব চৎনীংউদে; মখোঙ মথুৎ 'পুম্বা চুম ইফা ফাজিল্লকপগুমই। মাগীদমক থোং লাওনা মতম চুপ্পা হাংদোক্তুনা

লৈরবস্থ মপামদা নোংমতা চৎনিংলুদে। মাগী মুপা লৈখিদবা মতুং পঙকুই কুইনদ্রিভৈদা মমা মপানস্থ মাবু লৌবা লাক্লমদবস্থ নত্তে। মতুস্থ মনেম্না তেংথা-নাওইতুনা মাবু অমদি মচাবু মুলহৌবনি। মগুসিমক লৈরমদ্রবদি তম্পাকস্থ মনেম্না থাম্লমদবস্থ য়াই, কনানা খঙবা !

*      *      *      *

ঙসিগী মীৎকুপ অসিদদি অমুকস্থ হেন্না হৌগ্রবা পুন্নমক নীংশিংলুরগা তম্পাক্ত হৈনীংলম্বা পুম্বা মাঙখিবগুমই। হল্লক্লোইদবী মীৎকুপশিং অমদি লেপ্তনা লাক্লিবা মীৎকুপশিংগী লংদাই অনী'সিনা মাবু মপুম থীৎনা ওৎপা য়াবা ঙৎলম্রি। ফমুংতুদা অমুক হিপথৈ, লৈতাফম খঙদে। তিষ্ণং তুম্বৌনা থল্লবা মাগী পুন্সিবু লংশেক্তুনা থনম্লগা কৈদনো লাপ্না চেন্নীংলকই। ফনমক মমশিল্লক্লবস্থ কাত্ত মৈ থানগত্তে।

"ইনম্মা ইনম্মা অমম্সিদা কৈদৌরিবগে? চাক্কা অমবা চাববোইদ্রা? ইমানা হায়বদবু অতুক রাবৌরিবা কবিগীনো? মাদি অহলনিনা পঙাং ঙাংজবনি, ঐঙোন্দস্থ অতুম চৈরিবতুনি ...।"

মচলম্নপীনা তাশিন-খোমজিন্না হায়রকপা রাহৈ ফনা ওইতুনস্থ মচলতুবুস্থ তম্পাক্কা রারৌদবদি ঙমদে। মহাকস্থ ঙায়রে মনেমগী তুংদা লেপ্লগা মাগী অশোয়বা তক্তনা থিরিবনি। মতু পুন্নমক তম্পাকস্থ খঙদবদি নত্তে, মাস্থ মীনি।

"নত্তে ইনম্মা মীনা তাগ্রগা করি হায়নগনি, ঐস্থ মুপীনি করিগীস্থ খঙলোই, তামোদো হৌজিক ফাওবা লৈরম্লবদি নহাক্কা ঐখোয়বু অস্থম্না রারৌরম্লোইদবনি।"

রাহৈশিংসি হায়রম্লগা মচম্ন মুপীদো হীক হীক কপথরকখি। ছন্দক্তি তম্পাক্তো খাঙবা ঙমশিল্লক্তবগী মতৌনি, মুপী ওইবাশিংগী মুঙগী ওইবা মরীতু ফাওনবগুমই। মাস্থ য়াওনা মখোল থোক্না কপথংলকই। মাগী মুপাবুস্থ নীংশিংলুই। মখোয় অনী মরী লৈনরবা মতুং ইকুই কুইড্রিভৈ-দনি নোংম্না রামেশনা—

"তম্পাক ঐখোয়গী ইমাদো নহাক্না হৈনগদবদি মান্দে ... ।"

"কৈদৌবগী হৈনরোইদৌরিবা ঐবু মী য়াম্না হৈনগন্দবনে ?"

"অদুগী নক্তেদা খন্না থেম-নৌদুনা মচা-মমৌদা ভাংবা শকপা কন্না হৈজ্জদবদুগীনিদা ... ।"

"হায়মা অদুগী ওইরে, ইমাগী অপাম্বদা তৌবিরগা লোইরেদনা ; থাজদ্রগা হয়েং নখোয়দা লাক্লগা খঙবা হায়বদুনি ।"

মদুদা রামেশকা মখোয়নী নোকমিন্নখিবা। খঙহৌদে নীংশিং মম্মিদুনা অহাংবদা তপ্না তপ্না তিনশিনখিবদু ... ।

*         *         *         *         *

তম্পাক করি খল্লুরবনো খঙদে কপ্লম্বদগী ফুক হৌগংখি, অদুগা কাদুদগী প্রপ প্রপ থোকখি। মচল নুপীদো মনম্মগী তৌথোক্তনা তৌবা মতৌদু উবদা ভকখি। মাসু ইপা পাখংপোই করিবোই তপ্লী তপ্লী মনম্মগী তুং ইল্লকই।

উরকই থরা লাপ্তক্না মমাগী নাক্তা চঙশিন্দুনা করিসু অমত্তা তৌনখিদবগুম মনম্মনা মচা লরুবদু। মমাসু নোকই, মশুনা শেংফাত্তনা মচেং মচেং মরোল শুদনা রা ভাংবদুদা। মচলদুসু তপ্না তপ্না চঙশিন্দুনা মখোয়গী নোকপদুদা শরুক য়াখি। ভাইহাক্কী মমাঙগী থৌদোক্তুদি কনাসু নীংশিংনখিদবগী মতৌনি। □

# পোৎলুম

রিম্‌স হোসপিতালগী ম্যেটবনিটি ৱার্ডতনি। মপান্দা ইবেমহল হঙ্গং হন্দা চংলি, অমুক খরা চংলুরগা অমুকস্তু হেক ফমথে। মমৌনুপীদি পুশিনখ্রে, করি হায়রক্কদবনো খনবদা মশাদো ইপাদা পাখৎচৈ। নে তানা ঙাইহাক্তা লৈতাবা ঙমদবগী মতৌনি। নহান মখোয়গা তুংথ-মা'থ পুশিল্লক-খিবী মুসলিম মৌ নহাত্থদি বেৱা চক্কাগা অমত্তা থাংদনা মচানুপী অমা পোক্লে হায়দুনা মমারা মনেরাতুনা ময়ুমদা পুথনবগী মা কৌবা হরাও হরাও চংখি। হন্দক্কী'সিগা মচা মঙা শুবনি হায়বগুমস্তু তৌই, অতৈদি নুপা ঙাক্তা ওইবা মাল্লি। অতুনা ওইবা তাই থোইদোক্লা হরাওনরিবতুস্ত। মখোয়গী হরাওবতু উবদা ইবেমহলস্তু মপুক্লিংদা কল্লকউই। মাগীদি মশুতু নুপী ওইরবস্তু নুপাবু ওইরবস্তু থোইনা খন্দবা মাল্লি। শোয়বা-ঙাম্বাদবা অসিখক্তনি। বেডী মচৈ অমা লোইখিবদা মঙাইরি, মচৈ অমমুক চিংই, মহাও অতুক খঙলুবগী নত্তে, অহিং তুল্লকতবগী হৌনবা মশাহুস্তু উরোন শারোন উইথনিংলকই। মতেক মতেক ফয় ফম্না মঙ মঙই। মচানুপাবুস্তু হায়ফেং লাকফেংস্তু মউই।

"ইন্দোন ইন্দোন ..।"

নর্স নুপীতুনা কৌরকপদ্দদা মিং খঙপাং পাংই।

"নঙ নুপী অমা পোক্লে, ওন্থোক্লা ফজত্রে ঙৌশোক ঙৌরদনা চাওরিস্তু থা ১/২ হেক শুবতু মঙাই, নমৌনুপীবু মাল্লিনে।"

নর্স নুপীছনা অছক মপুক্লিং চঙনা তম্নীবছ ইবেমহল হন্নাওবস্নু তৌদে অছুগা থোইদোক্লা নুংঙাইতবস্নু উত্তে।

"অছুদি ইবেম্মা ঙসিমক মমা-মচা অনীমক পুথখিবদি য়াগত্রা ?"

"য়ানি য়ানি, মমাস্নু মশা থোইদোকপদি তৌহৌদেদা অছুম্মকপু ডাক্তরগদি হায়ফেত্তুং তান্নবিরম্মু।"

"ফরেদা মীগা লৈত্তবসিদা ইন্দোন্দি পংন্নাদা হেক য়াশিল্লুরে।"

"ইন্দোন অঙাং মপাদি ?"

য়াহংসি হংলক্কনি হায়বা ইবেমহলস্নু অছুম খঙই। ইবেমহল পাউথুম পাক শীবা ঙমদে। চাওরবা চীংত্তম অমনা নম্থরকপগুমই, মাগী মচীন-সিনদি শুকপনমক পন্নীংদবনি। অড়বু তপ্পপ্পা অশাংবা শ্বর অমা হোন-দোক্লগা শুন্দা যেংলগা—

"ইবেম্মা ইচান্নপাদো লৈখিদ্রে !"

"কযাম কুইরবা ?"

"পংকুই কুইখিদ্রি থা ৩/৪ মুক্তি শুবয়গনি।"

"ওহঃ করম্না ?" ( নুংঙাইতবা মতৌদা নর্সতুনা )

"হৌজিক্কাণগী নহারোলগী ইদাক কাপ্পী হাযত্রা চাবা হায়ত্রা মছু য়াওক্লবদগীনি, খঙদ্রেদা ইবেম্মা ইন্দোনগী লাইবকসে ওম্মোক্রা থিগ্রবা জাৎনিদা। মপোক ফত্তবা হায়বছুনি। ইমৌছুগী মমাছমক লৈরম্নবস্নু নহাম্না কোক ময়ুমদা থিনবীক্লগদবনি।"

নর্স নুপীতুস্নু মথা তাথক্লদ্রে মছুগী মহুত্তা মথোদা মবুক্লিং লুপশিনখি। ইবেমহল ঙসিদি মচান্নুপাছুবু বারোবোই করিওই খঙনীং অমুক নীংশিংলুই। খঙনা খঙনা করিগীদমক নমছুনা মচান্নুপাবু নুপী থিহলজক্কবনো ? হৌজিক-তদা নীংঙমলক্তে। মাগীস্নু মরাল থরদি লৈখিত্রা মথল্লী। থন্না য়াগী শাদোক্লগা কোক্কদ্রা থন্দুনা ইবেমহলস্নু কৈথেল ফমীন্নবীশিংছুদা মচান্নুপাগী ময়মদা হেক্তা হৌদোকলুই !

"ঈচে নচানুপাহুবু তশেংনা হৌজিক্কানগীদুবু চারাব্রাইমি ?"

"খণ্ডদে খণ্ডদে ইবেম্মা চাবদা নত্তনা কাপ্পসু মাল্লি, মাগা ভিন্নবা শঙ্গদু উরগা খণ্ডগনি। মথন্তা পোকই হায়দুনা এৈনসু খরসু কেথোক্লা হেক ময়োকলুরেদো, মদুগী ফলনি ইবেম্মা।"

"ইমাইপেম্মা নুপী অমা কোক থিজীনবিরোদনা অদুগা জ্ঞান তাজনি কৈদৌবগে।"

অমনা অমুক মতেং পাঙশিল্লকই—

"ফনা ঙাওরম্নবসু নুপী-অঙাংবু লৈরবদি অদুম সংসারগী রাখলদা লাকচনি। কান্নরোই ঈচে নচানুপাসু মথন্তনি নুপী অমা কোক পুশিল্লক্লবা তৌবনা ফনি এৈগী রাদি।"

অদুদগী মতুং ইকুই কুইনদনা ইবেমহল মমৌ নুপী'সিবু নমদুনা মচা নুপাদা লুহোংহনখিবনি। তশেংনমকসু লুহোংলবা মতুংদগী মচানুপাদু জ্ঞান খণ্ডতা তাবগুমই। মচানুপাগী ওইথোক্লবা মতৌ অদু উবদা ইবেমহল থুম্না তুশিংনা ইংনা পানগদোবোই হেক মনীংলুই। তুংগী পুন্সিবু কনানা হায়বা ঙম্বগে ?

মশাগী খরচ পুবা খরা খরা ঙম্নকপদনি মচানুপাদু খণ্ডহৌদনা নারক-খিবদু। য়েংবা য়াবা য়েংখি, ফবদি পাক ঙমখিদে। চৎনানি। টিঃ বিঃ-গী কেসনি। চিংনদুনা ঈ টেস্ত তৌরুবদা আইচঃ আইঃ ভিঃ-গী মহীক চেল্লে হায়বা তশেংনা খণ্ডখি। আইচঃ আইঃ ভিঃ করিনোমক খণ্ডলুব্রবসু মহীক অসিবু চেল্লবদি কুইনা মীওইদু হিংদে হায়বা ইবেমহলসু খণ্ডী। ইবেমহল মীঙোন্দা মচানুপাগী লায়নাদুগী মরমদা খণ্ডহন্দনা ফনবা কম্না হোৎনখি। প্রোক প্রোক হেক মশাদো চাকই। উপায়দি লৈতে। লায়না অসিনা কুইররোই মথণ্ডলবসু মচানুপাবু তাইনফম খণ্ডদনা হায়হৈদবা পলহৈদবা রাঙাংনা চৈ-থাংখি। মদু পুম্নমক হেন্না হেন্না হৌজিক্কদা নীংঙম্নক্কে। মপুন্সি চুপ্পা অব্রাবতনা মশরুক ওইরক্লবা মঙোন্দা অমুকসু অরাবগী পোৎলুম

অমসু হেন্সংপগুমই। হৌজিক্তি মানা মীওইনা থানখিদ্রবা মচান্নুপাদুস্থু লৈখিদ্রে। অদুবু মচান্নুপানা লৈখিদবদি ইবেমহল থোইনবু ন্নুংঙাইত্তবু পোক্ত্রে। মানা য়াম্না চান্না ন্নুংঙাইত্রিবদি মন্নাল লৈজদ্রবী তনৌ তনৌন্নিবী মমৌন্নুপীস্থু লায়নাসিনা নান্নস্বা য়াবগী অকিবা অসিনি; নাবস্থু তাবনি। অদুক ন্নুংশিন্নবা মচান্নুপাগী মমি ওইহৌগদৌন্নিবা মশু ন্নুপীদুস্থু নান্নমগদ্রা ? ইবেমহল মকোক্তু উরু উরু ঙাংখৎলকই। অন্নাবগী লুম্নবা পোংলুম অমনা মকোক্তা নন্তবকপগুমই। তাবমক ফাওবা অকি তুংজুংলবা লায়না অসিনা মখোয়গী ইমুংদা ইরাই লায়না থুদুম চনশিল্লকপসিদা কন্নম্না থাঙ-গনি! মহাক্না অদুক ন্নুংশিখ্রবা মন্নাল লৈজদ্রবী মমৌন্নুপীদস্থু তশেংনা যেংনিংউদে, উনিংদে। মখোয়দগী লাপথোক্লীংই। অদুবু থংনবা মীংকুপ্তা কন্নস্বা ন্নাখলগী লিচীংনো থঙহৌদে, ফম্নস্বদগী মঙম শান্দনা ফুক হৌগংলি, থঙহৌদনা মশুগা মমৌগা উনিংবগী খোন্নাংবা অমা মঙোন্দা থঙপোক পোল্লকপগুমই। মসিস্থু অঙকপা মীওইবগী ন্নাখলমি। কাদু তম্না ইবেমহল চংখি, মশুগা মমৌগগী ন্নাখলদা। □

# হাংহৌরবা মফম অমা

বড়দিন ময়াগী অয়ুক্পি। লৈচিন নোংফাই খরম্ভু অতিয়াদা থাংবতুনা ফনা থেংলবম্ভু ঙন্নিবোইদা মনীংই। চীংঙা মখাগী ইন্দোন লৈরীকমচা নীতিগী মতৌগুম মাগী লীগী পোল্লাং অতু পায়রতুনা কৈথেল কাবা পরপ পরপ থোরকই। মহাক খ্বাইরম্বন্দগী মুপী কৈথেলদা ফী য়োনফম ফম্বীনি। মশাগী চহী ৮০ রোমদি শুনিং-শুমাঙ তৌরম্লগনি। পোৎফম অসি মমানা মঙোন্দা পীরম্বনি, পোৎফম অসিগী মতেংননি ইন্দোন লৈরীক্পা ঙসি মপা নীংথিনা মশক খঙহৌদ্রবা মচা মরী অতুবু য়োকপা ঙম্লিবসি। নোংমতা কৈথেল কাহৌদবদা মহাক ময়ুমদা লৈবা ঙমদে। মখোয়গী মরোলদদি মখোয় মরি মঙাদমক ঙায়শিল্লক্লবনি। অতৈদি নহারোলনি। অমাঙ অতোঙগীদা নত্তনা ময়ুমদা পোথাফম খঙদ্রবী অহল ওইরবী কয়া অমম্ভু মরক্তদা য়াওদবদি নত্তে। ইন্দোন লৈরীকমচাম্ভু ফনা মচাশিংনা চত্তনবা ঙাং-শক্লবম্ভু থোওইনা তাশিন্নক্লদে। লম্বীদা খুদী থিত্নুনা তুশিল্লবা ফাওবা মচা-মমৌদা শেংনা হায়দোক্কে। মহৌশানা বড়দীনগী ময়া মৈতৈগী য়াওশঙ পোৎশিং ফবা মতম্নি। লৈরীকমচা কুম্মৈশিং অসিবু লাক্লবদি চাক চাগনি ফাওবা হেক কাওই, মখোয় মশেল মহৈ মহৈ হীয়াং তান্নবগুম কৈথেল ঙন্না কাবা তান্নে। চহী চুপ্পা তুংশিন্দুনা থম্বা শেল অপুম্বম্ভু পোৎফমতুদা থাদে। মচাশিংদম্ভু শেল থাদনবা কন্না তকশিল্লুই।

*　*　*　*　*

লৈরীকমচা চহী ফনা ময়াম্লবস্ু মখোঙ য়াঙলি, ঙরাংতগী মৌনহা মচাহু মঙাই। হোবে হোবে পরপ পরপ মখোঙ থাংবা লেপ্পে। রিক্সো অমত্তা বাজারদা হাইগৎসি হায়বা য়াদে। মচিন্দু শাওনিংবনা কবোক পোকপা মখৈ ঙাংহৈদবা রাহৈ কয়ানা চৈ-থাংহুনা ঙাংহৌই। পীশুমদগী লেপ্পুনা লাকপহুনা কৈশামপাংকী জঙ্কসন য়ৌশিনখিবা খঙহৌদে। ঙসিদি কৈথেল ফম্মীল্লবী কনাগুম্বী অমত্তুস্ু অতুক শাংখ্রবা লম্বীতুদা খোঙবু ওই-মিন্নবা থেংনদে। মশাহু নীংথমগী অযুক্তুদা হুমাং অনপ্পী কাংলকই। ঙসাই চাকচা ত্তোকপদা উমশায় শায়রকখিবা ক্বা মতপ অতুগী মগুন্না ওইগদ্রা? কুম্মৈ মতম্লিনা গাড়ীস্ু হায়ফেৎ মচিল্লী। সরক্তো পাক লানবা ঙরদে, রিক্সোনা মরোল অমা গাড়ী মচানা মরোল অমা খুরক হাংদে।

"হৌজিক্কানগী নহারোলগী গাড়ী খুংগৌ-লাকথৌ অসিদদি মখোয়-গুম্বা অহলসিদি যুমদগী মপানগা থোকহন্ননীংদে। কবম্বা মচা-মশুনবু য়াহুনা থাদোরকইবা, ঙস্ু ঙম্মীনে!"

কনা কনাগুম্বনা হায়নহৌবস্ু ময়াওই। লৈরীকমচা তাশিন্নদে ঙাববস্ু, পন্থুংফম তান্না লেপ্পুনা খোঙকাপ লাওনা লাওনা থাংহুনা লাকই। অতৈ থোইদোকপা খল্লুদে, পোৎশিং শোয়দনা হস্ত্বরগনি হায়বগী আশা-দনি। নীংশিংল্লই মাগা হেক থংননা ফম্বী পোৎশিং ফবী মৌ নহাহুবু। মমুমস্ু উরিপোক্তগীনি, লমনগা মচিনগা ওইশিল্লে। ঙস্তানবু মাদি লাক্লম-লগনি। কৈথেল থোরকপা হন্দক থা মরি মঙারোমদমক মঙায়রি, মনেমগী পোৎফম্নি। মনেমহু হাক্কুম বৃন্দাবণ চৎপদা লম্বীদা লৈখিদবনি। হায়ফেৎ মরল-মথুংমদি লৈবা জাৎনি, পোৎফমহু মাঙহন্নীংদবদগী অতুক থোরকপনি। য়াওদবা লৈতে মৈতৈগী ইয়োংগী ফিদগীনা মপান লমগী ফীরোল ফাও, মখল শুই। অহোংবা কয়া অতাঙবা কয়া ...। মী অমত্তা মথুৎ হাঙনা হন্নখিদে; মৈতৈ, হাও, পাঙল, মীয়াং জাৎ শুই। নহাগা ওইবহুনরা, মহুদি খঙদে। লৈরীক মৌ নহাহুবু শাওনিংই, মাদা নত্তে অকোয়বদা ফি য়োনকম ফল্লিবীশিংহুস্ুনি। মহৈ মহৈ পোৎশিং হস্তনখি। অতুবু করি

উপায়দি লৈ। নহাক্তুগী মরমদা মখোয় মশেল লোন্না ফোনা কয়া ভাংনৈ। মৌনহাক্তুদি থোইনা করিস্সু খন্দবগুমই, মোমোয়বা মীনোক্পা অক্তুম্মক লৈতেংখি। অহোয়নক্তুম লানশিল্লকই চা, ক্বা, চুকপ, বেড়ী। মীকৌ-লাক্নৌ ফজে, ইন্দোন লৈরীকমচাবুস্সু হান্ননা খঙদা খঙনরকপক্তু মঙায় মুংশিনা তৌবীখিবা; তৌবগীস্সু মখোয়গী পরেংক্তুদদি ইন্দোন লৈরীক-মচাগুম্বী অহল ওইরবীদি মশীং থিবা য়াদে। লৈরীকমচানস্সু মচা নীং-ঙোলগুম অক্তুম মুংশিনা লোয়নৈ। অক্তুবু করিগুম্বদা হেক্তা মবুক্লিংদা পোৎ লৈবী কয়ামরুম্না মৌনহাক্তুগী অকোয়বদা য়োমশিনবক্তু উরুরগা কল্লকলুই, শাওনীংলুই।

"ইন্দোল মঙাচৎপীগা য়াওবিব্রা?" করিগুম্বা কান্দা মৌনহাক্তুনা হংলকই। ভাইতাক উরোন-শারোন তুমথরুরগা মমিৎ নোইর নোইরক্তুনা শেল অচোইবা য়াওনা য়াওনা খুমদোকখি লৈরীক্পা—

"মঙাচৎপীদি হায়রুনু শেল মপুম ফাওবা য়াওদেনে।"

পোৎশিৎ ফরবী মৌনহাক্তুনা মথুন য়াঙনা হৌগক্তুনা শেল অচোয়বা থিবা চৎখিবক্তু লৈরীক মমিৎ কুপ্তনা য়েংক্তুনা লৈহৌই, খরা রাহনগে হায়বগী মতাগুমই। মসিস্সু তাইবঙ মীগী অঙকপা পুকচেল হায়বক্তুনি।

নোংমস্সু "ইন্দোল ঐগী মুপাদো শেলখুদি য়াম্না থোকই হায়ববু ওন-থোক্পা মরমচৎ চুমখিদ্রবা জাৎনি, মুপী অঙাংদা খরা ... ।"

"করি থবক্তি তৌই?"

"এসোনি, মুপী অতোনবী অমগী মনাক্তা লৈখিবদগী পাক্পা য়ুমদা হল্লক্তবা ফনা মকুইরে।"

"অঙাংদি কয়ানো?"

"অহুমদনি, মুপা ঙাক্তনি।"

"ইবেম্মা, নয়াইবক হায়বক্তুনি, নচাশিংক্তু মী ওইনবা হেক শেম্মু ইচাসিদি ... ।"

"ইন্দোল মপা লৌহুনা অঙাংশিংহুসু মীবু ওইগদবগা মাম্রেদা। ইরাংদা তাওবা ঙাক্তা ওইনা তৌরদনা ... ।"

"খঙদ্রেদা ইবেম্মা ... ।"

"অহুনা য়ুমদা সুম তাশিন্দুনা লৈনীংদবদগী অবোকী পোৎকমসিদা মপানগী চংনবী খরা য়েংলগা ফগদ্রা খন্দুনা থোরকপনি।"

খঙহৌদে শকহেনবী মরাশি ফবী মৌ নহাহুগী মায়খোংদো ইমক মকশিনখিবহু। মুপীগী অরা-মুংঙাইদি মুপীঙমা মখঙই। চহীনা লুমথ-রক্লবী লৈরীকমচাদো তুমিন লৈখি। মাগী মুপাসু মঙাইরে নিশা শীজিন্ন-মন্দুনা লিভর শোক্তুনা যাম্না ঙম্না লাযেংবা ঙমদনা মচা মরী হুন্দোক্লমগা লৈখিদবনি। নৌনা লুপ্পাশিংদা চলহৌববী মানা কযাদা রানা মচাশিংহুবু চাওনবা যোক্লকখিবা, ঙম্মদবু লায়ববনি। ঙশেংনা হায়রবদা মৈত্তে মুপীগুম থৌনা ফবী মরীংজেন পানবী অতৈ মুপী লৈরমখিগদ্রা মালেমসিদা? রাবী ওইনা তাবদা কনাসু তানিংলোই, খাজরোই, পুন্সিদা হকথেংনরবা কান্দদা খঙগদবনি।

* * * * *

খঙহৌদে লেপ্তুনা থাংবা খোঙথাংহুনা মুপী কৈথেল য়ৌশিল্লম্বহু। মুপীনা নম্না চরাংননা লৈরম্বহু উরুরগা ইন্দোল লৈরীকমচাহু মবুক্লিং খঙমুং মুংশিরকই। বড়দীনগী ফিরোল, পোৎ-চৈ লৈবা লাকপী চীংমী ই'চন ইনাও ময়ামহুদা ইকায়-ইকি রাংমা লাল্লা কৌশিল্লরি; মহৈ মহৈ মাগী মাগী খোনলৈ-খোম্মোক শীজিন্নহুনা ফিরোলশিং অহু য়োলহৌনবগীনি। চীনফেন ফবীশিং অহুগী মতৌ উকরগা ইন্দোন লৈরীক মবুক্লিংহু ইরাং লাংই, মশাহু অহল অচুক ওইরে হায়বহু ঙাইহাক কাওথোকলুই।

"হো ইন্দোল হো ইন্দোল ... । ইন্দোলগী ফিরোল হাপ্পা ট্রঙ্কতুদি ঙসাইনা ময়াংগী চুকান্দগী ঐনা পুথোকপীরক্লবনি কুম্মে মতমসিদা অসুক থেংলক্লিবদি কৈদৌরুরে?"

মৌ নহাক্তুনা চখোম চাওনা ক্না শায়র শায়রক্তুনা হায়রকখিবা রাহৈ-হুদা ইন্দোল লৈরীক জ্ঞান খঙতা তারকই, বিক্রো ফরক তাহুনা মখোঙনা লাকই হায়নিংদে। মঙৈ থক থক নিক্না য়োংকী উপুহু সো হাংদোক্লবা কন্না হোংনরুই। নিংথমথাগী মুমিংনিনা মহুৎ হঞ্জিন্দনা খঙহৌদনা মুমিং তাপ্রগনি হায়বগী রাখলদা মশাহু ইপাদা পাখংচৈ। তাঙ্গাহুদা চীংমী মুপী অমনা—

"ইমা নঙগী ফি অমত্তা লৈবীগে, ঐবু খঙপিদব্রা?"

ইন্দোল লৈরীক মমায় খঙলৈ লৈথোকই, চীংমী মুপী অমগা মুপা লেপ্তুনা লৈরম্বহু উরকই।

"ইমাদি ঐখোয়বু খঙপিদে, কুম খুদিংগী নঙগী ফি লৈপিবহুনি।" মখা তাথরকই মুপাহুনা অমুক।

ইন্দোন লৈরীকসু অহুগুম্বদগা তুমিন্না লৈথোকপীগদবা নত্তে হেন্না খঙনবগী মতৌহুম উৎশিল্লি।

"ইমাগীসে খুৎলাম খানি, ইচাগী ওইবহুদা ইমাননে য়েংলগা পীগ-দৌরিবনি অপাম্বতা খল্লুসে ...।" মমল থোইনা হুন্নদে অপাম্বা ফি অনী অহুম শৎ শৎ খল্লগা শেল থী মুপীহুনা।

"ইমা মথংগী বড়দীন্দসু নঙগী ফি য়ান্না লৈপিগনি মফমসিদা অসুন ফমপিয়ুকো।"

"ইমাসু নাদ-য়েক্তনা ফম্নমগেকো।" মঙৈ থক থক নিক্না লৈরীক্না খুমদোকখি। চীংমী মুপী অহুবুদি মশক লাকশিনবদি ঙমহৌদে। অহল ওইরবীদো মবুক্লিংদদি খলহৌই মথংগী চহীদবু ঙসিগুম কৈথেল থোক্লকপবু ঙমখিগদ্রা? নীংশিংলুই মহাক্নী নাক-য়েত্তা ফম্মীন্নরম্বী মাগী চহী লোঙ্গা হায়রপ ওইখিবী কয়া অমা নোংম নোংমগী তাকশিল্লকখিবহু।

"ইন্দোন অহল অসুক ওইরবসিবু নচা-নমৌনা সেবা তৌহন্দুনা য়ুমদা হুংঙাইনা লৈথোকপা য়াদ্রা?" মাগা মায়োক্লনা ফম্নবী ঙাম্বীনা ভত্তন হায়খিবহু নীংশিংলকখি।

"ইবেম্মা নখোয়স্থু অহল ওইরগা খঙগনি, কৈথেনসিবু ফম্লমত্রবদি নহাক্না ঐস্থু ... ।" ইশি শিনা নোক্লতুনা লৈরীক্লা খুমদোকখি। ঙাম্বী চহী পঙয়াম য়াম্বদি নত্তে। অদুবু শিবগী পুংফম্লবু লাক্লবদি নহা অহল খায়দে, ইখঙ খঙহৌদনা নারকপা লায়না অমদগী খঙ-হৈরবা ডাক্তর কম্নানা খুৎ থাবা ঙমদনা শিখিবনি।

* * * * *

মুমিৎপু খুংজেং চেৎনা পায়শিন্দুনা খাম্বা ঙমদবগুম নোংমা নোংমা হৌজিনখিবনা ওইরকখি কুম অতগী ওল্লকপা বড়দীন, হৌখিবগা কবিস্থু খেল্লদবগুমই। নহারোল সংস্থানশিংগী মাযকৈদগী পোৎ-চৈ মমল হেন্নিল্লা য়োন্দনবা নোংমা নিনি ব্রাৎলিভৈদগী পাউ-চে কয়াদা হাপুনা ফোংদোক্ল-বক্লি। সরকারগী মাযকৈদগীস্থু বাজার চখোক-চৎশিন কয়াদা খুদোং চানবা গাড় শিংগী পার্কিং হোংদোক-হোংজিনস্থু তৌনখ্রে।

মুপী কৈথেলদনি, চীংমী মতৈ-মনাও অনী অমদি য়াম্না মরু ওইনা কনাগুম্বী অমবু থিবগুম তৌরি। ইন্দোন লৈরীকপুনি মখোয়নিনা থীরিবতু অতৈ কনাস্থু নত্তে। অহল ওইববী ময়ামদগী নাইতোম তানা উরবী ইন্দোন লৈরীকপু মখোযনিনা কাওবা ঙমদবা মাল্লি।

ইন্দোনবু কুপ্পা খঙবী অমদগী ইন্দোন লৈরীকমচাদু অহল ওইহন্দুনা মপাঙ্গল শোঙ্গিল্লক্লুনা ইমুংদগী মপান ইপান থোকপা ঙমদনা ফমুংদা তাদুনা অদুম্মক লৈরে হায়রবসি খঙবা ঙমখি। চীংমী নিংঙোলদুগী মায়থোংদুদা হায়ক্ষেৎ মুংঙাইতবগী মমি মচা অমা তাবা উখি। ফিয়োনফম ফম্বী অমদগী মখোয়গী অপাম্বা খরা লৈরগা ইন্দোন লৈরীক্কী মহুৎ শিনবীহৌ-ত্ৰবা মনাক নকপীশিংনা খোপচিন্নখিদুনা মফম মচা অমত্তং হাংনা লৈহৌরবা ইন্দোনগী ফিয়োনফম অদুবু অমুক্তং হন্না য়েংলম্লগা মীয়ামলক্কা তিনশিনখি।

ইন্দোন লৈরীকস্থু মখোয়নীবু করিগুম্বদা মমি-শামি নীংশিংলমখি-গত্রা? বড়দীনগী মুমিৎনা মহৌশাগুম মোমোন্নবা মীনোক্কা লোয়ননা খোঙদোইরকপদা ..। ☐

# অহিংদুনা

মেরাগী থাশি দিপাবলী নুমিৎনি। য়ুমথোং খুদীং ললগী মবেন্মা লক্ষ্মীবু ওক্লনবা শেম-শাবা লোয়নপ্রে। মথল মথেন কয়াগী অথুম-অহাও কয়া অথেনপোৎ ওইনা শেম-শাবগা লোয়ননা শুক্ল মমবা থাশিগী অমম্ববু কোকহন্নবা মোমবর্তি পরেং পরেং থান্দুনা অমম্ববু অঙানবনা জয় তৌরক্লে। মীপুম খুদীং য়ুমথোং খুদীং হরাও-নুংঙাইবগী ঈথৎনা অরা-অনাগী রারী পূম্নমক কাওথোক্লখিবগুমই। তশেংনা থামম্বা থাশিগী অহিংনি ফাওবা কাওনপ্রবগুমই। অত্থবু তোম্বীমচাগী ইমুংদি অতুম চীক্লা উরি। পূম্নমক্কুগী নাইতোম তাই। মহাক মপুরোইববু ঙায়রি। মাগী মুপা ওসিগা থানা নুমিৎ নিনি-হুম্নিরোমদি শুজিল্লক্লে য়ুমদা হঞ্জিল্লক্কবা। কদাইদা কনাদা চৎকনি হায়বস্ু ময়েক শেংনা তাক্লম্বা নত্তে। মসি মঙোন্দদি ইনৌ নৌবা রাফমদি নত্তে, মচা নাওরোল অনি শুজিল্লক্রবা ফাওবা করিস্থ অহোংবা অমত্তা থোইনা লৈতবগুমই। মতুমক্লা মাগী মুপা বিমোলনা মাবু অতুক হাক্লা মীরাইক্কবগী রাফমস্ু নত্তে। মশুং-মমান্নবী ময়ামদগী মাবু করিস্থ তাথহনবদি নত্তে, সনাদগী লুপাদগী ফিরোলদগী। মত্থ পূম্নমক শুইত্থনস্থ তোম্বীমচা মাগী মপুরোইববু মবুংক্লিদা ইপেন পেঞ্জবদি মঙমদে। নোংমত্তা অরৈ-লৈতগী মরমদা সেগা মায়গা তান্নত্থনা মায় মায় ওনশিন্নত্থনা রারী শাবা ফাওবা শংদ্রবা মাগী নুপানি। করি করিগুম্বদা মানা পেন্দবা কয়া

ঙাংবা শকপা পূম্নমক মাগী মুপা বীমোলগী মনাদা হাপলিত্রা নত্রগা হাপত্রত্রস্থ খঙদে ... ।

মতম চুপ্পা শঙবা উদে, ইচিন্দা চিল্লি, চাক চাবা ফাওবা হাউই-হাউতে নোংমতা পন্দে, চাকম থোকপা খরা চারগা হেক্তা মচংখি। মুমিদাং থেংনা থেংনা জার শান্নফমদগী হল্লকপা নত্রগনা অতোপ্পা থবক থানাদগী হল্লক্কবা মাগী মুপাগী ঈ-তোংদা পকথ্রবা হৈনবী লিচং শাজংনি। মতম্নগা ফত্তবসিদা ঙসিদি তোম্বীমচাহু মপুরোইববু তশেংনা শাওনীংলকই রারোলকই। অতৈ অতৈ মুমিং ওইববস্থ খরা ফগদবনি. দিপানিত্তা মুমিংকা মওইশিল্লে. হেন্না হেন্না মঙোন্দা মচাক হাপকংলকপগুম্মা। ঙস্থা হৌগংতুনা ইমুং-মনুং পুম্বা শম্ভি লৈভোয় হাপ্তুনা রায ৈথোকপা ফাওবা লোয়শিল্লুববনি। অহুবু কদোমদগীনো মশা অহু ইহৈ হৈনীংলক্তে। মনমদা পোরীবা মচা অতোম্বা অহুস্থ ঙসাইমখৈ মশা খরস্থ মুংঙাইতবা অহুগা মপা চান্ননা নিংঙাযস্থ নে নে তৌরম্বা অহুস্থ তুমথপ্রবা মাল্লে তুমিন লৈপ্রে। উচিন নাচিন্না মচান্নপী অহন্দুবুদি নিংঙোল চাক্তোবা ফাওবা লৈরুনি হায়তুনা চাক্তোবগী বার্তন তৌবা লাকপা মোৈপ,াগী মতুং ইন্দুনা অযুক্তা চংপ্রবনি। ইমুংহু ইচিক চিকই। থংনবদা লৈবী মগুং-মমান্নবী মাধবীনা সন্ধ্যাদা মাবু কোয়খোরকউ মৈ স্বেংবা চংলুসি হায়হৌবনি। মাস্থ হায়ফেং চংনিংবগী ইরাং অমদি মশাদা লৈরম্বনি নহা কৌবনিনা, অহুবু কদোমদগীনো মাগী মুপাগী মরমদা হেক্তা খম্বরুবদা মশা অহু ইতন তম্বরকই, হৈনীংদে।

মাধবী মাগা লৈকায় অমত্তদা হৌমিন-কামিন্নরকপী মগুং-মমান্নবীনি। হৌজিকস্থ মখোয় অনী লৈকায় অমত্তদা হেক ইনক নরুনা মযুম পাল্লকই। মাধবীগী মুপাহু সরকারগী তলব চাবা থবকমক্তি তৌদে, বাজারদা দুকান মচা অমা ফমই। তলব চাদবগী মতিক য়াম্না চোকশিন্না মযুম পাঞ্জে; লৈকায়গী মথৌ লৈতবা থবক শুনিংদবা নহারোলগা কয়া শঙ্গ ওইদে। করিগুম্বদস্থ অরেম্বদা মতম খক মাঙহন্দে। মাধবীনগা খরগা হৈ শীংজবগা হায়ফেং চংনবা য়ানা মুংঙাইনা চীক্লা মযুম-মকৈ পাঞ্জে। মখোয়নীগী

য়ুম্বালদু উরুরগা তোম্বীমচা কল্লকই, মীহৌবা পোকই। অমুক অমুকস্মু থন্থরুই মাগী মুপাগী মরমদা, করিমুংগী অসিগুম্বা মুপা অসিদা ময়ুম পাগ্লরুবনো ?

তৌবগীবুদি মখোয় অনী মরী লৈনবা ইকুই কুইনদননি ভাব মেন অমা ইতা তাদনা মুংশিনরীবনি হায়দুনা তোম্বীমচানা বীমোলগী মতুং ইল্লকখিবদু। শুপ্লতগী তোম্বীমচানা মতমদুদা খণ্ডবা হায়ববু বীমোল হৌজিক্কী মতমদা সরকারগী তলব চাবা থবক মচা অমদি তৌরি, মপুন্সি চুপ্পা চরাদি হেল্লরোই অসি খক্তনি। মতুদগী হেন্না অতৈ করিস্মু কুপথনা খণ্ডজিল্লুদে। হেন্না খণ্ডলুবগী মতমস্মু লৈখিদে। মতম চুপ্পা রাজাও ভাংবা মশাগী থোকপা শেন্থোক্তগী হেন্না চাদিং তৌবা, তুংগী য়েংদনা কা হেন্না খুৎচাও থাদুনা মীগী মতেং পাংবা, মভোন্দগী হন্থবা মীওই ভাক্তা তীন্নরগা মানা মহেল্লে হায়না চৎপা বীমোলনি। তোম্বীমচানা পামজদবদু হেক মওই। তোম্বীমচা মপুরোইববু হেন্না হেন্না ব্রারৌরকই। পুম্নমক অসিবু মরাইবক্সি হায়না লাইবক্তা তাইনদুনা অদুম পুন্সি চুপ্পা ইচম চম্না খন্দোক্তুনা তুমিন্না অস্মুম্মক লৈশিল্লগদ্রা ? তোম্বীমচাগী থম্মোয়দুংদা তত্তনা হংলিবা রাহংনি। মচা অনী অসিদংবু লৈরমদ্রবা নহান্না য়ুম অসি থাদোক্তুনা মাস্মু মানা থোকপা হায়দুনা চৎলমগদবনি। মতুত্তদা খণ্ডগদবনি, মুপী-মুপা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদুস্মু। তশেংনা হায়রবদা তোম্বীমচা মশা কক্লবা পোন্দা ফাজিন্দুনা থম্লিবা পোম্বীগুম্লকই। থবক অমত্তা মেন তানা মপুক্কিং চংনা চণ্ডখোন্না তৌবা ঙমদে, খোইরাং খোইশাওনৈ, কনাগুম্বী অমত্তগী ময়ুমদস্মু চৎনীংলুদে, কনা অমত্তস্মু য়ুমদুদা লাকহন্নীংদে। সুম তুমখিবদগী মীৎকপ থোক্লীংদে, পুন্সিচুপ্পা তুমদুনা লৈনীংলকই। চারী থক্লী হায়বতুমঙায়, মশা অদু হীংলি হায়বত্তা মঙায়-শিল্লক্লে। হীংবগী মহাও য়াওশিল্লক্রুবগুমই। অরাৎপা কনা মবৈত্রবস্মু য়ুমদুদা মাগী চাওরবা অরাৎপা অমদি কনা খণ্ডদনা লৈবগুমই ?

*    *    *    *

তোম্বীমচা মনঙন্দা পোরিবা মচা অহুবু নীংথিনা কমুংদা শুমজিন-বীরম্লগা মাঙোলগী উখোংতেন্দা ঙাহুনা তুমদনা মঙ মঙলি। হৌগ্রবা অমদি লাক্লিবা পুন্সিনা তত্তনা মাবু ওৎলরি। খঙহৌদে মখোয় লৈরক মচা অদোমদা গাড়ী অমা থৌজিল্লকপগী মখোল তারকই, মৈঙাল অমা লাকই; শম্বম্লৈগী কুংলবা মোংশোং অহুদা মঙালহুনা ফাওজীল্লকই। তোম্বীমচা মম্রিৎ খঙশিং শিঙৎলি, মশাদা ইচিং চিংনজে মাগী মুপা ওই-রমগত্রা? মখোয়গী থোঙাল হেন্দোক্কুনা মচৎখি। খল্লুবগা ওন্ন-তৈনৈ। মাগী পুন্সিগুমই। থ'নবা মীৎকুপ্পা অমুক মবুক্লিংহু তপ্না ফাথজে; মাগী মপুরোইববু কনাগী গাডীনবু মযুম ফাওবা থিনবীরকনি হায়বগে, শঙ্গ মতাহুদা। একাগাড়ী অমখক্কুং তোংলম্বহু ফাওবা ফনদি মকুইশিল্লক্লে উথিদবা কনাদবু পীথোকথ্রবনো খঙদে। হঙলুরবস্থু মানা থোকপা অমা হায়জীল্লগা হেক্কা তুমীন্না লৈথোকখি। হংদা হংজিল্লুববস্থু মরলনি মাগী খুশিনি হেক্কা মহায়। হন্দক্তি তোম্বীমচা তুমিন্না লৈতাহুনা ফম্লগা লৈবা অম্মুম ঙমশিল্লক্রবা মাল্লে, ফুক হৌগৎলি শুমাং ময়াদা কোয়চৎ চৎলি। ঙসাইমখৈ পরেং পরেং ঙাল্লম্বা মোম্বর্তিশিংগী তনিক তনিকপা মৈঙালশিংদো ঙাল্লম্মী হায়বগী মমি মচা অমত্তং ফাওবা থম্লমত্রে। অহুগা লোযন লোয়-ননা লাঙলম্বা নিল্লম্বা মীয়ামগী খোগ্লেল অপুম্বস্থু অমম্বদা তপ্না তপ্না তিন-শিনখিরম্লে।

তোম্বীমচা ইমুংলোমদা তবী তবী মখোঙ থাংজীল্লকই। মপুরোইবগী ফমাংদা ঙসাই অয়ুক্কগী মপুরোইবগীদমক অথেনপোৎকুম শেম-শাহুনা শাম্মুক্কা কুপ্পুনা থমখিবা অয়ুক্কী চাকলেন্দু মুশি মুশিবা মৈঙাল্লক্কুদা উরকই। নীংথমথাগী অহিংহুদা মশা পুম্বা হুমাং অনপ্পী কাংলকই। মাগী ফমুং-লোমদা মমায় খঙলৈ লৈশিল্লকই, কাংখল হাইদোকলুই য়াওং চাদবা মচা মুপা অতোনবহু ইশি শিনা নীংঙাইবা লৈতনা তুম্লী, মরাইবক্কা মথুং থমহুনা য়েংই, মশাহু খরগা হেন্না শাগৎপদোনা তৌই। ইপা পাখৎচৈ, ঙরাংদগী করিগুম্বা অমত্তস্থু ময়াদা তারক্লিবনি, মচামুপাগী ফিভমহু উরুবদা

মাগী মুপাবু খঙকাও কাওথোকখি। মাগী রাখল, পুক্লিং, হকচাং পূম্নমক অমত্তা ওইনা তপ্পা তপ্পা মচাগী রাখল্লোমদা চিংশিনখি।

মতুগা লোয়ন লোয়ননা মাগী থম্মোযদা কনা খঙদা চাক্লোবা মৈরীতুম্ অহিংগী অচীকপতুদা তিনখিবা খঙহোদে। □

# মসিসু পুন্সিনি

ওফিস কাবমদাইগী ফিরোল শেৎচিনবা লোয়রগা ঐনা পুগদবা চে চাং খরহ্ খন্দোক-খঙ্গিন তৌরিভৈদা ইবুং অহনগী মচা বোবোনা মরোল শুফাত্তনা নেনে নমান্নবী অমা লাক্লে হায়রহ্না মপান্দগী কৌথোরকই। মমিংদি পন্দে ঐস্মু মতাং মতম চাদবহুদা কনাবু ওইরিগবা হায়রহুনা ইমুংদগী থোবকই। লৈকাইগী ঈচে থাবা ওইরম্মী। ঐমা থবক হেক তৌরক-ভৈদগী পাক্লা ঐখোয় অনি উন্নখিদ্রবদি। মানা ঐখোয়দা লাকপসে মরম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি নত্রগদি পাক্লা লাক্তবনি। ঐনা নোক্লগা—

"ঈচে কবি থবক্কীনো য়াম্না থাজদনা ?"

মাস্থ নোকঅগা—

"ঐনা নখোয়দা লাকপবু থবক লৈতনা লাকপ্রনে ?"

"নত্তে নঙবো নশাহ্ অহুক থিনা শোকচিল্লিবহুবু না-য়েক্কা তৌক-রব্রামী ?"

"নাদেদা।"

"অহুগা অহুক থিনা নযাং কংলিবহুনা কৈদোরবা ?"

"খঙদেদা মেমে শেন থাক্লবা লম্বী থিবসিস্থ ...। ইথস্তা ওইরম্রবদি নহান্না ... !"

"এঃ নঙবু কাঙ্খলগা তুদনা শেল য়াম্না তাল্লবদাইনে, খরস্থ স্থংঙাই-থোকপা তম্মু নথুক্তা শেল থোক্তবস্থ নত্তে।"

ঐগী রাহৈতুদা মানা ইশি শিনা নোক্লগা—

"নঙনদি অতুম্না হায়রি গুরগা ফংবা শুদ্রগা তোকপা শিনফমনিদা, নখোয়দোৌনা য়াম্নবসু য়ামদ্রবসু থাগী চাং নাইনবু ফংলবদি মুংঙাইথোকপসু ময়াবনি।"

"ফরেনে ফরেনে মতমসু খরা ঙল্লি ঐগী কাদা ফয়ুসি চা-মুংগা থকখিসি।" ঐগী তুং ইন্দুনা ঐগী কারোমদা মাসু অতুম চঙলকই। ইকোয় কোয়দনা মানা মখা শমথরকই—

"মেমে ঐনা লাক্লিবসে অতৈগী নত্তে নঙনা শেল-থুমগী ফিভম খরা ফৈ হায়তুনা তান্নবা লাকপনি। অমরোমদা নঙসু অতোপ্পা নত্তেদো, অঙাং ওইরিঙৈদগী নবুক ইবুক খঙননা তিন্নতুনা পোকমিন্নবা ইনাওগুম লোয়নরকপনি।"

শেল-থুমগী রাফমতু পল্লকপতুদা ঐসু খরা লকক তৌনা—

"অঙম্বা ওইরবদি ঐসু খরা পাঙলবসু পাংগে কয়ানো হায়য়ুদনা ?"

ঐগী রাহৈতুদা খিত্তং হরাওবগুম তৌনা হায়ফেৎ মী লাকপা খোৎপা য়েংলগা—

"নখোয়দদি কৈসু লৈবা নত্তেদা, লুপা লিশিং তরা মুক্তনিদা। থা অমা অনী'সিগী মনুংদা শোয়দনা শিংগে।"

তাবদা খায় লাওই, অতুক য়াম্বা শেনফমতুবু লুপা লিশিং অনী অহুম অমা ফাওবদি খন্নবসু ময়াবনি। অমুক্তসু খল্লি মাগী থোক্লিবা শেম্লোক্তুনা থা অমা অনী'সিদা করম্না শিংগদৌরিবা! পুক্লিংদা নোক্লিংবা অমসু অতুম মপোকই। মানা অমুক মখা তাথরকই—

"ঐসে হন্দক চহী অমা অনীসিদা দশা পঙতাদা তায় কুঠি য়েংলুম্রবসু য়ারবা জাৎনিদা!"

তাঞ্জাতুদা ইমানা থংনবা কাদগী—

"মেমে নঙবো ওফিস থেংদ্রিবরো ?" ঐসু খুদাং ঘড়ীদো হায়ফেৎ য়েংলুরগা মঙোন্দা—

"ঈচে থবা পুংস্তু ফনা থেংজীল্লম্লে কোল্লা থম্লরসি, অতুগা অতুক য়াম্বদি ঐদি ঙম্লোইকো।"

ঐগী মরী মরী হায়দোকখিবা ব্লাহৈতুদা মাদি থৌৱা ইশা শাদনা অতুম নোকই, মতৌতুদা ঐতুম মঙোন্দা শাউনীংলকই। মতমগা থেংজিল্লকপতুদা ঐস্তু প্রেপ প্রেপ ৱিক্লো অমুক ফবক তাহৌগত্রা থন্দুনা থোরক্লে। মাদি ইমাগা ব্লারী শাম্নহৌখিনি হায়তুত্তা অতুম ফমহৌরে। থরস্তু নে তাগনবা মীওইনি, পাক্লা ময়ুমদা হুনগদবা নত্তে। লম্বীদা চৎনা চৎনা স্তুম থল্লী— মীশিংসে নকশিন্নরুবগা য়াবা ঙাৎ নত্তে। অতুক য়াম্বা শেনফমতুনা কৈদৌনগদৌরিবা? অমুকস্তু মীমুংশি মচা অমস্তু পোক্লকই, ঐথোয়গী থোদোক-ব্লাথোক থূদীংগী ইমুং-মমুংগী থবক-থানা কম্বাদা মতেং পাংতুনতা লাকপীনি। মতুগীদমক নোংমতা মানা মমল তীরুবস্তু লৈখিদে। মাগী অব্লাবা তাবদা মতেং থবদা ওইরবস্তু ঐথোয়না ঙম্বা পাংফমস্তু মথোকই। পুক্লিংসে ইবাং হেক লাংতুনা ওফিসতস্তু থবক শুফমগা অমত্তা থঙদে। য়ুম হুল্লকপগা ইমানা খোল খরা কল্লপ্না—

"কব্লি থোকএনা নঙনা অফাওবা অমুক শারুব্লিবনো মতুংদদি ঐথোয়দগা চঙহনবা য়াবা নত্তেকো নঙ তাচৌহোয়না অমুক থঙখ্রবদি ...!"

ইমানা ঙাংলি শক্লিবতু অতুম ভাব তায় ঈচে থবাবুনি। ঐনা থেম-জিনবোই কব্লিওই ইমাদা—

"মানা হায়রগা হেক্তা পীগদবা নত্তেদা য়ুমদা লাকপা মীবু তথি তথি হেক্তা চৈরুবা য়াব্রনে।"

"থঙদে থঙদে ইবেম্মা মাগী শক-চুতু উবদা থঙলেদনা; মোরেদা কম্বাম কুইরে কারবার তৌতুনা লৈরিবতু মাগী মুপাতুগা হেক থায়নখিবদগীনি।"

মানা মোবে কারবার তৌবে হায়বসি ঐদি ঙসিদমক থঙলি। মাগী মুপাতুস্তু ওম্বোক্লা ফৎখিত্রবা হায়বতুনি, মচা মরী লৈরবী ঈচে থবাবু হন্দোক্তুনা অতোম্বী অমা হেক্তা থিজিল্লী। অতুদস্তু নত্তনা ঈচে থবাবু নিশা শিজীম্নগা ফু-চৈতুনা ওৎ-নৈবী। মতুমক্লা থাঙবা ঙমদতুনা ঈচে

থবাহু মচাশিংহু পুন্না মপামদা হল্লক্লনা ফনা কুইরে লৈরক্রীবসি। মুপা মফম ফত্তবসিদি খরুং মফম চাদবগুম্বনি। শুক কুইরবসি নোংমতা মুপাহু লাকপা উলিদে। তশেংনা ঙকই। মচা মরীহুগী মবুক থাক্লবা হোৎনবদা ঈচে থবাহু কয়াম রারমগনি। নহাস্থ নহানি। মোরে কারবারহুদি হিংননবা মাগী মাগী লম্বী খিজবনি। মহুদা লাল্লা খনবদি হৌনদে। ইমানা মঙোন্দা করি করি ঙাঙ-শক্লুরবনো খঙদে মুমিক্লদগী ঐখোয়দা অহুম লাকখিদ্রে। চহী খরগী তুংদনি মোরে পার্কিংদা নোংমা থাজদনা মাগা উম্নখি, মশক্তো পাক লাকশিনবা ঙম্লমদে মহৌশাগী ইচম চমজবীহু নত্তে; কুচু মতাহুদা শেৎ-চারিবা ফিজেৎ লৈতেং, মমায় মমিস্তনা মরোল অমা য়েকশিন-খোৎচিল্লীবা। মানা হান্না কৌরক্রমদ্রবদি মশক খঙলমদবস্থ য়ায়। অহুগা মুপা অমস্থ লোইনবগুম তৌই। ঐ তশেংনা মাবু হন্সোইরকখি। মফমহুদা পন্থরমদনা গাড়ী সেল্লর কম্না লৈখক্লনা য়ুম যৌনবা থোরকখি। ঐ কনাদস্থ তমথোকখিদে, ইমাদা ফাওবা খঙহনখিদে। খরা লৈরগা তারকখি ঈচে থবাহোয়গী মপামগী ইখোলহুস্থ য়োম্হোকপ্রে। অহুবুদি মথস্তা পোকপনিনা মমা-মপা লৈত্রবনিনা মাগী থুসিনি। চহী খরসিদা কয়া থিনা ওল্লম্রবা ঈচে থবাগী পুন্সিনো! খল্লুবদা ঙক্তবদি ঙমদে।

* * * *

ঙসিদি ওফিস ছুত্তিনি, জেনরেল হোলিডেনি; ঐস্থ চা থক্ল থক্লা খবরহু নে তানা পাগে হোৎনরিঙৈদা তাচৌনা থোঙাল্লোমদগী খরা ফিংনা—

"মেমে খবরহু ঙসিগীরা মনীংলোমগী থবাহুবু পুলিসনা ঙরাং ফাপ্রে হায়নে!"

ঐ শ্বায় লাউই, খবরগী অহানবা লমায়মক্তদা ফোটোগা কোম্লনা ইরিবহু পুক্লিং চঙনা স্থম পাথরুই—

"নরকোটিক্স এন্দ এফিয়ার্স ওফ বোর্ডর (এনঃ এঃ বিঃ) পুলিসনা ঙরাং মুংথিল পুং ১-৩০ রোম তাবদা ইষ্টর্ন স্তার হোটেল, নাগমপাল্দা মুপী অমা হেরোইন নম্বর ফোর গ্রাম ১০০ গা কোম্লনা ফারে হায়না পুলিসকী পাউনা

হায়রি। মুপী অতুগী মমিং থবা, অপোকপগী মিং লৈখিদ্রবা থাংজম ইবোমচা কৌই। রাঙথৈদগীনি। হৌজিক হৌজিক্লা মোরে রার্ড নম্বর ফাইবতা লৈবনি হায়রি।"

হঙ্গিন হঙ্গিন্না রাহৈশিংতুবু পাথরুই, ঈচে থবানা কাররবার অতুমক তোরমগনি হায়বসি থাজবদি ঙম্লমদে। মমল য়াওহল্লবা মাগী পুন্সিতুবু স্তুম থল্লুবদা ঐ তশেংনা মুংঙাইরক্কে। □

# নাপল

চৎনাওই করিওই তৌনা নিমাইনা নারক্লিবসি ঙসিগা থানা থা মরী মঙামুক্তি শুজিল্লক্লম্নগনি। থোয়না লুশিনবা লায়নাদি মান্দে। চহী কুম্ত্রা হেন্তক তৌরম্লবা সরকারগী থবক্তু চহীসিদা থঙতোক তোক্তুনা পেন্সন্নর ওইবদগী মওইরম্বসু যাই। ফিভম অতুক ফনা চুং ফিরাল চারম্বা নিমাইগী শাবান্দু নোংম নোংমগী শোকচিল্লকই; হেন্না হনুশল্লী। মহৌশানা খোন্দা খরগা লুজদবহুদা মশাগা শোন্থরকপহুদদি অমুক্তসু খরা খিৎ হেঙ্গিল্লী, কনা অমত্তা মনাক্তা চঙলুবা য়াদে। মুমিৎচুপ্পা ইশুক্তা শুকই; মশাহু ইপেন পেন্থোকচবা মঙমদে। মতম অমদা ইঙ্গাং মথেল অনী অহুম থোংলব-মক্তদা হাওই হাওক্তে থিরম্বা নিমাইনি। ঙা থোংনা থোংনা ঙারৌ লৌরগ চারম্লিবনি। ফনা মরৈত্রবসু নোংমগী অহাওবা চাদবা য়াদে হায়হুন শোৎলগা মচারম্মীবনি। মহুদা মা থোইদোক্লা ইকাইরমদে। অমরোমদ থবক মচা তৌজরগসু ওফিসার অমগা চপ মান্নন কেজবা মীতানি শেত্তোক-চাথোরকপদসু ইপক্তা পকচৈ, কনাসু মাবু থবক মচা তৌই হায়ব পাক থঙনদে। শঙ্গ চাউই, ফম অচৌ অচৌবা পায়বা ওফিসারদগীন মণিপুরগী অঙম-অথৌ ফাওবা মাগা নক্লা লোয়নৈ। মীনসু তিন্ননীংব শক্তা ওই। কনা কনাগুম্বনা তাইবুংঙো নত্রগা সার হায়হুনা মঙোন্দ ব্যবহার উহুনা মিঙ্গৌরকপদা থোইদোক-হেন্দোক্লা নাপল কাজরিবনি থবক থানা অমত্তং থোকপদা অচৌ-অশাংশিংগী জীপ কারনা মাগী

থোঙ্গালদা পরেং লেংবত্থু উবদা পেঙ্গষা নিম্নাইনি। অত্থুবু অঙকপদি অত্থুক শঙ্গ চাউরবস্থু মীঙোন্দা কোক নোঞ্জত্থুনা ব্রানোম চৎনোম তৌরুদবসিমক্লি। নাপল অমদা অত্থুম হীংই।

হুন্দক পেন্সন ফংলবা মতুং'সিদদি মত্থু পুম্নমক্কী ওম্ন-তৈনবা অনৌবা নিমাইগী য়ুম্বালনি। তৌবগীদি মাগী মহুত্তা ইমুংসিদা শেল থোকপা অমত্তুস্থু য়াওবা নত্তে। তলবকী পৈশামক কাওবা মচা মরী অত্থু চাও-শিল্লকপদগী কোম্নরমদবত্থুনা থাগী খজীক খজীক ফংলিবা মাগী পেন্সন অসিনদি মতমসিগী তাঙলিবা পোৎ-চৈ'সিদদি কয়ম্নদি কোম্নগনি? মাগী মুপীনদি ফনা কম্না হায়জখিবনি খরচ চাওমল্লি, শঙ্গ চাওমল্লি। থবক তৌ-রিঙৈদা মচা অমস্তুংদদি ব্রানোম-চৎনোম তৌত্থুনা শেল পীজরগা পীকপ্রা চাওব্রা থবক অমত্তুং ওইহৌনবা হোৎনসি; মত্থুদা নিমাইনা শিখাঙ খাঙত্থুনা যাবা কৌবা মরৈখিদে। তশেংনমক মনাদা থওইনা মাগী মুপীগী মরাত্থু হাপখিষবা মাল্লি। শেল পীজত্থুনা ব্রানোম্মোই হায়বসি নিমাইগী লেঙদ্রবা রাশক্লি। মাগী অনীংবগী মায়য়োক্তা কনাস্থু য়েংলুবা ঙমদে। হৌজিক্তী নিমাইত্থু মচিন্না ঙাংথোক্রুবস্থু মশাগী মরালত্থু খরমখৈদি খঙলক-পগুমই। আশা চাউনা অফংবা পৈশা মখৈ থাদত্থুনা শাগৎলুবা লোয়শিন-দ্রিবা যুম, মত্থুগী মথক্তা শেম্বা লোয়দ্রিবা মচা মরী'মস্থ, তশেংনমক লু-কোকপদা লেন তাবত্থু মঙাই। মথৌনা মপাঙ্গল শোন্থরকপগী হৌনবা মচাশিংনস্থু মানা ঙাংবা-শকপগা অমত্তা থৌওইনা তাবিদে। মসিদনি মানা থম্মোয় শোক্লিবস্থু।

* * * * *

ঙসিদি নিমাইত্থু অয়ুক য়াহৌরকপদগী মায়থোং মকা লাম্না উই। নিতৌদগী খেম্নৈ। মচামখৈনা মমিৎ কোরোক কোরোক ওত্থুনা মহৌশা তৌথোক্তনা তৌবা মপাগী মতৌত্থুবু নারোন্দা য়েংনৈ। মাগী মুপী থারিকস্থু নিতৌদগী খেন্নবা মপুরোইবগী মতৌত্থুদা মথরায় য়াওনা ঙস্তানা চাক ইঞ্জাং

থোং থাকপা মরোইশিল্লি। করি হায়রক্কদবগে হায়বগী মীপাইবদি অতুম মপোকই। উচিন-নাচিন্না নিমাইহু ইরু মাইপজবদি লোয়শিনখ্রে; ব্রা-লান অমত্তা ঙাংদনা মখুৎ অনী লোন্নহুনা স্থূর্য দেববু খুরুমজে। করিগুম্বা মানা নীংজবা পোৎশক অমা নীজবস্থ মাল্লি। অতুগা প্রপ প্রপ মাগী মুপীনা নিংথীনা শেম-শারিবা মাগী চাকলুক অতু হাওই হাওতে থিদনা চায়। অমুক্তা উদ্রিবা মওংনি, মাগী মুপী থারিক্না মপুরোইববু কিনা চিংনা য়েংজে। পেন্সন ফংলমদাইদা তুখিবা মতু তেক্তিবা ইস্ত্রি মমি কায়দ্রিবা ফুরিং ফিয়োলহু কম্বোক-নাম্বোক্তনা ভপ্পা তপ্পা লৌৎশিনথি। অতুগা মাঙ্গোলগী উখোংতেন্দা য়াল্লিবা শকয়েং মিংসেলহু য়েংলগা শমজেং অকুংবা মচাহুনা হঞ্জিল হঞ্জিল হাৎলি। অতুগা খোঞ্জেল লুম্না মাগী মুপী থারিক্তা হায়রকই—

"ঙসিদি পোইলা তারিক্কি পৈশা লৌথোক্লুগনি ঙা অভৌবা মচা অমত্তংস্থ য়েংলক্কে থাউজাওহুমা পায়শিনখিগেদনা।"

তাঞ্জাহুদা মাগী মুপীনা—

"ইকাওবু কাওই ঙসিদি লুহোংবা অনী'মস্থ লৈবনিনে।"

"কনা কনাগী?"

ইহা হাদনা মাগী মুপী থারীক্না—

"মনিংগী ইমোবগী লুহোংবগা অতুগা অমনা অরাং লৈকায়গী তা চাও-থোইগী মচামুপী লুহোংবগীহুমস্থনি।"

"তা চাওথোইহোয়গীহুবু ঙসিরনে?"

"উম মাল্লি।"

খঙনীং নীংশিংলকপগুম তৌই নিমাইহু মমাগী সোরাত্তা লুপা ৩০০/- ঙৌরোক ঙৌনা চাওথোইনা মখুত্তা পীরম্বহু। চহী ২/৩ দি শুজিমখ্রে, কয়ম্না লুপা ৩০০/- খক্তদি পীরুনি! মথস্তা খঞ্জে। মাগী মুপীনা মখা তাথরকই—

"খঙদে খঙদে ইমোবগী লুহোংবহু লুপা ২০০/- মুক্তি পীনিংই।"

খোল খিত্তং লৈথৎনা নিমাইনা—

"খঙত্রে ফংলিবা শেল অসিগা হৌজিক্কী পোংম্নেং চয়েং ময়াম অসিগা ... ! ফরে নঙনা থোকপা শিল্লম্মু তা চাওথোইহোয়গীহুদি ঐনা হল্লক্লগা ওইনা তৌরগে।"

থাউজ্জাওহু মীনা উথিগনি মতাগুম পীক্না হৈনা থুপচিন্দুনা পাম্নরগা কোম্বরুম্নবা মশাহু তিংখতুনা নিমাই থোকখ্রে। মশক্তু খঙনৌ নৌথোক-পগুমই। অখঙবা মীওই খম্না নত্তনদি মাবু উবদা কনানম্মু পেন্সন ফংঙে হায়বসি থাজরোই। মচাশিংহুম্মু মাবু য়েংহৌই।

মখোঙনা অহুম লেপ্তনা বেঙ্ক তম্না লাকই, রিক্সোম্মু তোংবা খোৎপা তৌদে। নহা ইনখৎলকপহু মঙাই। বেঙ্ক মন্নুংহুম্মু মহৈ মহৈ ইন্নে পোইলা তারিখ শুনরকপগী। নিমাই ফনা কুইনা সেপ্পী, মীয়ামহুদগী খিত্তং হন-দোকই, মশাদা নাপল অমদি অহুম মম্নাওগুমম্মু তৌই। চে-চাংদি উচিন নাচিন্না পিশিনখ্রে, মীনিন্দুদা মশাহু হুমাংনা পুংচোং চোংশিল্লকই। ফনা নাম্না মতু তেক্তনা লৌংলকপা ফুরীৎ ফিরোলহু হুমাংনা মচু থোকচিল্লক্রে। কুইমল্লক্লবহুদা খঙন-চাম্নবা অমত্তং থেংনরবদি হায়বগী আশাদা মায়কৈ থুংনা মমিৎ শুক্তোক্তুনা য়েংঙকই। বেঙ্কতুদা থবক তৌবা মশা নানবা থা অমা অনী মমাঙদা মাগা হাইফেৎ-লাকফেৎ খঙনথিবা পাখংমচাহু উবদা খন্না হেক নে তাবগুমই। মাগী মিৎয়েংহু পাখং মচাহুদগী পাক হোংদোক্কে। পাখং মচাহুম্মু মাবু উবদা থোরক্লগা য়াম্না খঙননা নিমাইদা—

"খুরা ঙসিগীদি য়াররোই হয়েং ওইনা ...।" খুরা হাম্নরা মিঙ্গৌ-রকপহুদা খিত্তং মুংঙাইতবা অমা মশাদা ফাওবগুমই অহুম্মকপু মবুক্নিং ফাথরগা—

"ইবুংঙো ঙসাইনা ঙল্লিঙৈদা হায়বীরবম্মু ফগদবা মুক কুইনা ... ।"

খোল খম্না কল্লপ্না পিশুমতু শুক্লগা মুপাহুনা—

"খুরাগীদা নত্তেয়ে পুম্নমক্কীশুনে ঐনা হায়জরীবসে।"

তাঙ্গাহুদা নিমাইগী তুং ওইরপ্না লেপ্লম্বা অহলহুনা—

"ইবুংঙো ইপাগীস্থ ঙসি য়াম্বোইদবা জাৎলনে?" শকফম থম্মা হন-জিন্নগা য়াঙোন্দো থজিক্তং উৎলগা নহাত্নুনা ইনেম নেমথনা—

"বাজৌগীদি ঙসাইনা ষ্মারবনি শোমদা ওইনা লেঙশিনবীরকউ।"

মশাত্নু মীরক্তুদা লীৎশিনবা য়ানবা নিমাইদা থিক্তং ইনবোই করিওই ভৌরত্নুনা অহলত্নু নহাত্নুগী তুং ইনথি। নিমাই মমিৎ কুপ্তনা মথোয়নীবু য়েংহৌই। পাঙ্গল ফুদোকউবদি মঙমদে। হয়েংস্থ ঙসিগুম্না মফমসিদা অমুক লাকথিগনি অত্নুগা লোয়ননা লুহোং পাস্থাগী পোৎয়েং চম্বেং ময়াম অমা ময়ুমদা লৈহৌবত্নু থল্লুবদা কোকচাওবী কাশিল্লকই। মফমত্নুদগী মথোঙ তপ্পা তপ্পা থাংদোরকই। মপান্দা ফনা য়াক্লা শাবম্বা ম্নুংশা ওইত্নুনস্থ মীৎকুপ অমত্তং মফমত্নুদা পম্ননিংদবগী মতৌনি। অত্নুগা লোয়ননা মতম কুইনদগী মঙোন্দা লোয়নরক্লবা নাপল পুম্বত্নুস্থ মীৎকুপ্নদা মাঙথিবগুমই। □

# চৈথেং অমনা

অযুক্কী পুং ৭/৮ লোমদি তানিং তামাংদি তৌরম্লগনি। রঞ্জিৎ মাগী ফমুংদা অতুম্মক হিপ্লি, তুম্বমক্তি নবে। ওসাইনা মঙাত্তি মমাওদগী মীৎ-কপ্তি থোক্লবনি, হৌগৎপা তনবদগী অতুম তুমশিনবনি। মাগী হৈনলীনি, মাগী মুপী ইবেয়াইমনা ওন্তা হৌগত্তুনা ইমুং-মন্নুংগী কুপ্পোম নোমতুনা হোৎ-নরিবতু কাওখল মন্নুংতুদা লোয়না টই। কবি কবিগুম্বা কান্দা মচা চৈবদা অকামপেৎ খরা ভাং-শকপতুসু অতুম্মক তায়। রঞ্জিৎ থোইনা মাগী মুপীবু ব্রারৌরুদে, ভাংলি-শক্লিবা অপুম্বা থোওইনা তাশিন্নদে। মরাল লৈরবা মীশক অমগুমই। মচাসু অতুমতনি, মুপী অমা মুপা অমীনি। মচামুপানা অহলনি। হন্দক মওাশুবা ক্লাস কাগদৌম্বিবনি। থংনবা কাদা হৌনা লাইব্রিক পারি, লৈতোন্দি হায়ফেৎ মশেংই। ইবেয়াইমা মচানা লাইব্রিক হৌনা পারগা থোইনা হুরাওজে, থবক য়াওখৎলি নিংথমগী অয়ুক্তুদা।

"ইচাদনি মমা লোবা।"

হায়ফেৎ শোনখিবগুম তৌখি ইবেয়াইমনা। মাগী মুপাসু তারসম্নু হায়বগী মওংনি।

রঞ্জিৎ মমা মপানা য়াম্না তাওনা মথন্নতমক পোকচবনি। মপাদি ওন্তানা লৈখিদে। শেল মরাং কায়না পায়বমক নত্রগসু য়াম্না কেনা নৌনা য়োক্লকপনি। পুন্সিদা অয়াবা মশক খওলক্তে। মহাক মাষ্টরনি এমঃ ইউঃগী চহী ১০ মমাওগী, সরকারগী থবক মচা অমত্তং ওইরবসু ফংননবা শেম

শারিবা মীওইশিংত্নগী মনুংদা মাস্থ অমনি। ইন্টরভিউ কয়াদা মায় পাক্ল-নবা ৱানোমখিদবমকস্থ নংখিদে। মরাইবক্তা তম্নক্তবা হায়গত্রা নত্রগা হৌজিক্কী মতম ওইবনৱা সার্ভিস মচা অমত্তং ফাওবা ফংবা লৈত্রি। থবক হেক ফংমন্দবদগী শ্বাম্না থেংনা ময়ুম পানবনি; খৱা ওম্না ময়ুম পান্নখিবা কৈরোই লৈকাষগী মমাল্লবশিংদি মমৌ ফাওবা থিনখিবা ময়াওনখ্রবনি। তশেংনা হায়ৱবদা ৱঞ্জিৎ মশা মথন্তা ফাওবা হিংবদা স্তক ৱারবসিদা মুপী থিত্নুনা ময়ুম-মকৈ পান্নিংবগী আশাদো মঙোন্দদি কয়া লৈজখিদবনি। মহাক্কী মমা অত্নুনা লৈরিঙৈদা কন্না হেক হায়মনখিবত্নদা মমাগী মনীং থুংজ-নবা অপাম-পামদ থিদনা ইবেয়াইমবু লুহোংত্নুনা লৌখিবনি। মমাগী নীংজ-বত্নমক্তি থুংহনখ্রে, অত্নবু ৱঞ্জিৎ মমাগী অরোইবা মীৎকুপ্তা মাবু মুংঙাইনা পাল্লু হায়না পীরম্বা আশীর্বাদ অত্নদি ফংদ্রি। মাগীতা খন্দুনা ৱাজপ্রবী মমা অত্নস্থ লৈখিদবা চহী ৪/৫ মুক্তি শুজিনখ্রে। মমা লৈখিদবা মতুং চহী ১/২ ত্নদি ৱঞ্জিৎকী ইমুংদো ফর-ফর হেক হাই। চৎনবীনি হায়ত্নুনা মমাগী কর্ম্ম অত্ন পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মীঙোন্দগী শেল পুশিল্লুই। লূ-কোকপদা লেন তাবত্ন মঙাই। ইবেয়াইমগীস্থ ময়ুমদগী কা হেন্না মপোৎ-মচৈমক তম্নকপা নত্রগস্থ মুপী অমা ওইবগী চপ চানা অওং-অউন খরদি তম্নকখি। হীংননবগী উপায় খিবদা ইবেয়াইমগী পোৎ খুদীংমক কায় কায়ত্নুনা চাথোক-পদদা ওসিদ্দি ইমুংদো ইতাক তাকশিল্লকই। অত্নবু মখোয় অনী হোৎন-দবদি নত্তে।

ৱঞ্জিৎ মশাগী ইজ্জৎ ফাওবা য়েংদনা কালা-বাজারদগী চিঠি খেলা ফাওবা লাইবক য়েংবা য়াবা য়েংলে, থোইদোক্লা কান্নবদি ওইদে। ইবে-য়াইমস্থ মাগী মতেং ওম্লিবা মথৈদি পাঙদবদি নত্তে। ৱঞ্জিৎ করিগুম্বকান্দা শেৱাম্নবা ৱাখল অমস্থ হেক হেক খল্লকই। ইবেয়াইমবু লুহোংত্নুনা লৌ-ৱমত্রবদি মচা অত্নমসিস্থ লৈরম্লোই অত্নগা মানা ওসি শারিবা মকোক অসিস্থ অসি য়ৌনা শারম্লোই। মহাক্লা মাষ্টর ফাওবা তম্নবা হোৎনবদনি মপানা থম্বীরম্বা লৌৱাক অমা অত্ন লায়না মীঙোন্দা চৎখিবত্ন। মাষ্টরত্নস্থ থবক

হেক ফংমন্দবদগী তমথকবনি। থোইদোক্লা তম্নিংতুনা তমখিবমক্তি নত্তে। মাগা হৌমিন কামিন্নরকপা মমান-মমান্নবদি মেট্রিক হেক পাস তৌবগা থবক চিলহাও থিদনা কিবানী ফল্লানি ওইতুনা খরা হৈজ-শীংজবগা মযুম মকৈ কোন্নুংগুম্লথবনি। গুফম-চাফম খঙল্লক্কবদগী নোং হেক ঙানবদগী মুমিং তাবা ফাওবা খবর চজিক খবা মমৈ মকোক খঙদনা হঞ্জিন হঞ্জিন পাবা মতু নত্রগনা লৈকায়নী কল্লত্তা শত্র', লুডো মকোক ঙাওবা মখৈ শাম্লতুনা মুমিত্তুমা লেম্লবা হোৎনবদা ঙসিদি মাগী নোংমগী শিন্থা ওইরক্লে। মাগী মুপীনদি মচা লাইরিক তাক্তে হা অতু অদা হাযতুনা পংঙাংদা মঙাংই, মতু পূম্নমক ওইতুনস্থ মহাক খোংহইনা মাদামদা মবুক্লিং চঙশিল্লুদে। মাগী মুপীবুস্থ নোংমত্তা চৈক-ঙাংলুবস্থ তৌকদে; তশেংনা হায়রবদা হীংননবগী লাংফমদা মায়থীরবা লাম্নীগুম্লকই। লীৎখিব' ফুরিং শেংখিবা খোঙ্গ্রাওদগী খোইদোক্লা হোংদোক্লীংদে।

খনবা মখৈ খল্লগা লৈকায়গী অঙাং খরা খোমজিল্লগা টিউবনী হায়তুনা তেক তেক তৌবা অমুক হৌগংলি, মতুস্থ মানা কাওখিবনরা নল্রগা অনৌবা হৌজিক্কানগী লাইরিক ওইবনবা খঙদবনা থুম হেঞ্জিল্লকপগা তুমতুম তোক-খোক্লে, মখা তাথক্লদ্রে। তশেংনমকস্থ মাগী মাষ্টর অতুস্থ খোইদোক্লা হৈতুনা তমথখিবমক্তি নত্তে চীংফা পুবা খরা ঙম্নগা থাখিবনি। অমুক অমুকস্থ মথন্তা নীংঙমদবগী নীন্দা তৌজরকই—বি:এ: ফাওবদমক ওইরবস্থ মখোঙ শেংনা তমজরম্লবদি খরা ফাওবদি শাফমগদবনি। হৌজিক্কী মচা ফাওবা লাইরিক তাকপা ঙমদবগী ফিভমদা লাক্লে। অমুকস্থ খন্থক্লই ওইনি ওইরোই খঙদনা থবক্কী থানাগী মীঙোন্দা কোক নোঞ্জতুনা মচিৎ মচিৎ পীজখিবা শেল অতুনা বেঙ্কত্তা লেপ্তুনা থমজিল্লম্লবদি ফনা য়াম্লবা শেনফম অমদি শোয়দনা ফংগনি। অমরোমদা মাগী মুপী ইবেয়াইমবু থাগৎনিংই, মানা হেক ঙক্লিবা মখৈ খাংচিক্লনা মপুরোইবগী মতেং পাঙই। ইবেয়াইমা মৈতৈ মুপী অমা ওইবগী চপ চানা শীন শুানি, ইয়োং দা মতম্গী মতমগী ওইবা ফীরোল কয়া মীগী থুংনেক্লা শাতুনা ফ্লাবদা থাদোকুই।

করি করিগুম্বদনা মোইরাং, ককচিং, থৌবাল কয়াদা কোয়না চতুনা ইঙ্খাং নাপী অহোং অতা কয়া তিক্রুরগা খয়া খয়া তেক তেক তৌতুনা ময়োল্লি। মতুমরুস্ন মচা অহুমতুগা মখোয়নীগগী য়ারবস্ন য়ানা মবুক ফাওবদি পুবা ঙম্লিবনি। মতুমরুস্ন রঞ্জিৎনা মাগী মুপীবু ফনা শাওনীংবা মতাং লাক্লবস্ন মরাল পীবদি ঙমদে। রঞ্জিৎ মথস্তগী পুন্সিবুদি নিন্দা তৌজে; পাক্লবা লম্পাক্তা লোংখাক লোংনা হীপ্লগা অবোই অখম লৈতনা শন্দোকখ্রিবা অতীয়াগী মকোয়দা তগুপ ভগুপ থামম্বা অহীংদা থোক্লিবা মশীং থীঙমদ্রবা থরাম্মিচাকশিংতুবু মশীং থীরগা থোইদোক্লা পেঞ্জবগুম তৌই। অমুক অমুকস্ন তৌকম-চাফম খঙজিল্লক্রবা মহাও য়াওদ্রবা মাগী পুন্সিবু তিঙ্খং তুম্বৌ মরক্তা পন্থংফম খঙদনা খোঙ থাংবগুম্নকই। য়েংখিবা অমদগী থাংদোকখিবা খোঙথাং অমদগী পাক হন্দোকপদি হেক ঙমদে ...।

*        *        *        *

হন্দক মরক্তি ইবেয়াইমদো খাঙবা ঙম্বগী থৌনাদো লৈশিল্লক্রবা মাল্লি, মহৌশা নত্রে। মাগী মুপাবু ফোংনা মাঙ-তুং নাইদনা ঙাংবা চৈবা হৌরক্লে। অরাম খৌরাংবগা লোয়নন্না রঞ্জিৎ চাকলুক মপান্দা মচাশিং'তুগা ফমথবদমক মঙায়রি।

"চাক্লেম চাহুনা কয়াম কুইনবু হীংমিন্নখিদগে খঙদ্রে।" মাগী মুপীনা চাকথুমদগী খোল্লে চুমদনা ঙাংবা হৌরকই।

মহৌশা নত্তে রঞ্জিত্তো ঙসিদি তিং শোক্লবা মাল্লে। মাগী চাকলুক মপান্দগী ফুক হৌগৎলি। য়া-লান ঙাংদে। ঙাইহাক্তী মমাঙদা ঙারো য়াম্মী য়ামদে নীংভায তৌরম্বা মচামুপা য়াইমা মরৈ খয়া চাউবত্থু তুমিন মপাবু পেহৌ পেহৌ য়েংতুনা লৈহৌই।

"খর খরস্ন খঙহন্দবা য়াবা পোৎ নত্তে মাস্ন মুপানি, য়ুম পাল্লবদি হীংননবা উপায় থীগদবনি। চীং কক্পা য়াওগেরা, লম্বী শেম্বা য়াওগেরা, মুঙ থুগাইববু য়াওরুগেরা থিবু থিরবদি থবক ঙাক্তনি।"

মথা তানা মুরুম মুরুম শোলহৌই ইবেয়াইমনা। রঞ্জিৎ মাগী মুপীগী রাহৈশিংদো মথা তাথনা তারমগদ্রা খণ্ডে। খণ্ডহৌদনা পুন্সিগী চৈথেং অমনা লমজীং পীরকপগুম তৌই। মুমিৎ চুপ্পা লীংশিন্দুনা লেক কারবা ফুরিৎ ফিরোলছু হোংদোক্লে, অশাওবনা লমজীং ওইদুনা মথোঙনা পুবা মায়কৈদা পম্ভুংফম খণ্ডনা ময়ুমদগী খোঙ থাংদোরক্লে। ঙসিদি মহাক তশেংনা ময়ুমদা হল্লিন্নীংদ্রে। মী অমা ওইত্রিবা ফাওবা মাগী মুপী অমদি মচাশিংগী মমাঙদা মমায় উৎপ্ররোই হায়বগী আশাদনি। অমুকস্থু হীংবগা শিবগা থেন্নব লৈত্রবা মাগী পুন্সিবু কান্নদবদা চোই-চাং ওল্লুরি।

সরক্তা চংলিবা ফিজেং লৈত্তেং কয়াগা ইরোন্নরিবা অচং-অওকশিং অচু উরুরগা অমুকস্থু নোক্লীংলুই, মাগুম্বদি কয়াবু য়াওরমগদবা মান্দে। মপাম্বোংগী কুয়োম অচুখক্তনা অশেংবা মশক পুন্নমক মাঙহনগ্রবা মাল্লি।

"ঐখোয়গী ভাই রঞ্জিৎ নত্রা ... ?"

খণ্ডহৌদনা পোষ্ট ওফিস মমাঙদা মশা নানবা মুপা অমনা থামদুনা লৈবা মারুটি ভান অমদগী মকোক লীংথোরক্লগা য়াম্না খণ্ডননা নক্লা কৌরকখিবদু। রঞ্জিৎ মুপাদু মশক পাক লাক'শিনবা ঙমদে, ঙক্লা য়েংলুই।

"ভাই ঐ সুরেসনে, থায়না মণিপুর কলেজদা তম্মীন্নখিবদু কাওরব্রা।" মুপাদুগী মথা তাবা রাহৈনি। মুপাদুনা মমিং খণ্ডপন প৺কপদুদা রঞ্জিৎ খণ্ডনীং নীংশিংলকপগুমই। ইহান হান্না সুরেসকা থে'নখিবদু মণিপুর কলেজদনি। য়াবগায়দগীনি, শীংজমৈদা ভারাদা লৈরগা কলেজ তমখিবনি। লাইব্রিকস্থু থরা ফবতা নত্তনা হোৎনবস্থু য়াম্না কঞ্জবনি। সরকারগী অচৌবা থবক অমদি শোয়দনা তৌরম্নগনি।

"ভাই ফনা কুইরে উন্নদবা ঙসিদি হোটেলদা করিনো অমা চামিন্নখিসি।" ইকোই কোইদনা মথা তাথরকই সুরেসনা। মখোয় অনী মখুৎ শোক্লে। রঞ্জিৎ সুরেসনা পুদুনা হোটেল মায়কৈ পাংলকই। মখোয় অনী কুইনা উন্নরুদবগী হৌনবা লোইবা নাইত্রবা রারী কয়া মমৈ মকোক খণ্ডনা শান্নে। রঞ্জিৎ তশেংনা ঙকই লাইব্রিক অচুক ফরকখিবা মাগী

মক্লপ সুরেসন। সরকারগী থবক ফংমন্দবদগী লোন লৌথোক্লগা ভান থৌহুনা স্কুলগী অঙাংশিং লৌথোক-লৌশিন তৌহুনা শেল তাল্লি হায়বসি। ৱারী শান্নরবতদা খঙলকপনি। ময়ুমস্না ইম্ফালদা হোঙ্গৎলক্তুনা য়ুম-কৈ শাহুনা মুপী-অঙাং থিহুনা লৈরে হায়বসি তারুরগা অমুক্কস্তু রঞ্জিৎতু তশেংনা ঙকখি। সুরেসনস্তু রঞ্জিৎকী তং তাদবা পুন্সিহুগী ৱারীহু ঙাইহাক তারু-রগা অমুক মথা তাথরকই—"ভাই হৌজিক্কান্দা সরকারগী থবক্তুনা থবক নত্তে, ঐখোয়না লাইব্রিক তম্লুরিবা পুন্ধসি থবক ফঙনবনি খল্লবদি মহু অরানবা ওইগনি। তৌবগীদি ঐখোয় ইশা মতীক চাহন্দবদি য়াদে। মতীকপু চাংবদি মীনা ঐখোয়বু শিনকম মচা পায়রবস্তু হস্নবা মীৎয়েং য়েং-লোই। যরে ঙসিদি কায়নরসি অঙাংশিংগী ছুটি থাবা মতম য়ৌরে নোংমা ঐ শোয়দনা নখোয়দা লাক্কে।"

মখুদাংদ শিরিবা ঘড়ীহু হায়কেৎ য়েংলগা সুরেস চংখ্রে। খেন্নবা লৈতনা কুঙলবা মখল কয়াগী গাড়ী মরক্তুদা মাগী মাকতি ভান ঙৌরুনবা অহু থোরহুনা। রঞ্জিৎ মীৎ কুপ্তুনা য়েংহোই মাগী মক্লপ্নু ...। ঙসিদি জ্ঞান শংতো তারকপগুম তৌই। খঙনাং নীংশিংলকই—মখোয়না য়ুম্নোম্ন-বদা লৈবা ধবল্লোস্নু তুকাম তেক তেক তৌহুনা হৈ-শিংনা চহী ১০ হেন্না ফম্নম্বদগী লৈকাযহুদা শেল পায়বা মহাজন অমা ওইনা লৈশিনখিবহু। মাগী মক্লপ সুবেসস্নু অহু মঙায়, মহৌশাগীহু নত্তে ইণ্টরভীয়ু খুদোংগী মাঙজিল থাখিবহু। মহুগী ওন্ন-তৈনবনি ঙসি উখিবা শক্তমহুদি। তশেংনা হায়রবদা মাগী মকপ সুরেস পুন্সিদা হীংননবগী লানফমদা মায় পাক্লবা লাম্নী অমগুমই। রঞ্জিৎ খঙহৌদনা মশাগী চহীগা চান্নদনা অহল ওইশিল-লক্লবী মাগী মুপী অমদি মীমান্নদ্রবা অরাম থৌরাংবনা থল্লবা মাগী মীনুং-শিগী মীৎয়েং নোংমতা চঙলুদ্রবা মচাশিং অহুবু মীৎকুপসিদা খঙহৌদনা নীংশিংলকই। আশা অমগা লোয়ননা তপ্না তপ্না মহাক ময়ুম মায়কৈ পাঙলকখি। লম্বীদা উরকখি অমোৎ-অকায় কয়ানা থল্লবা মীনা চঙবদা ইঙ্গোইনরবা নাল্লা মপান্দা মুপা মচা অমনা য়োংতেক অমা য়াম্না ৱানা

খুল্লগা মচু থোক্ত্রবা বোড়াগী খাউজাওহুদা হাপচিন্নবা হোৎনহৌবহু, মচিন্দা ঈশৈস্নু ঙংই। রঞ্জিৎ মীৎ কুপ্তনা হন্না হম্না য়েংল্লুরী হীংনেনবগী লাম্হেং-নরিবা অঙাংহুবু...। □

# মৈচাক

খিক্তং হঙ্গোইরপ তৌনা প্রমো থোঙ্গালতুদা চঙলকই। কনাস্থ মাগা লোম্নরক্কে, মথন্তনি। অতুক মকা লাম্লম্বা মাগী মায়থোংতু মরাল লৈরবা মীশক অমগুম ইমক মকশিনখি; মখোঙ থাংবা থোক্লক্কে। মফমতুদা লৈম্লম্বা মীওই খূদীংমক্লা মঙোন তম্না য়েংশিল্লকপগুম থল্লি, মফিতু থম্লগা অমূক শেমজীন-শাজীঞ্জে। শুম্নাংদা মাগুপ খনবা য়াওরম্বা মনাও মুপা অতোনবত্থুনা—

"ইতৈমস্থু য়োম্রক্লেদনা, তাদদি?"

"থবক অচিনবা অমা ওফিসতা লৈ হায়, হয়েংবূদি শোয়দনা লাক্কনি।"

"কনা কনা লৈ ঐখোয় ইতৈমস্থু লাক্লেহৈ, ইতৈমা খোঙঙ্‌পকতু য়াঙজসনু মখা থংবা কাতুদা মখোয় লোয়নমক লৈরমগনি, হেক্তা অদোম্নদা লেঙশিনবীয়ু।"

প্রমো কাতুদা চঙলকই, কোয়না য়েংই, মহৌশাগী য়ুম খুৎশাতুদগী ওল্লম্বত্থদনি। য়ুমতুখক্তা নত্তে অতুক চাউরম্বা ইঙ্খোলতুস্থনি। মনাও মুপাগী মুপীতুস্থু লৈকায়গী মৌ থম্লগা কাতুদা লৈরম্মী, প্রমোবু উবদা মনাওমুপীনা—

"হায়মা ইচেম্মদি স্থক থেংনা য়োম্রকইবদি কৈদৌয়ে? ইচেম্মা অহম্নবু হৌজিক্তবু ঙায়ম্নি শোল্লম্বত্থ।"

লৈকায়গী মৌ অম্নমা অমুক মতেং পাংশিল্লত্থুনা—

"ঐখোয়স্মুনি লাকপু লাক্লরোইদ্রা হায়তুনা ভাংনরম্মীবনি, হয়েংদি ঙসিগুম্না থেংলকপগা মারোইদবনি।"

খরা চহী লৈশল্লক্রবী মুপী অমনা অমুকন্নু—

"মুংশিদা ইবেম্মা নশকপু খঙলুদ্রে, থবক-থানা অমা করি অমা থোক-পদা উম্লবা নত্তুনা …। ঙসিদি নচাপীনি কোক হেক লেকথোকপ্রোদনা?"

"ময়ুম নত্তে হায়দুনা ম্নায়কওইয়ে।"

"নত্তে অতৈ লায়রি প্রেমো নঙবু মহৌশা নত্রে নশাগন্থু অতুক চাউ-লিবদুবু …।"

"হো অতুবুদি সাহেবকী মুপী ওইরবদি অসি মঙায়রেদনা …। খরা চাশিন খরা তুমশিন থবক অরাবা শুমল্দতুনা তৌরিবনি।"

অমনা ভাংবা অমনা তাদে, কাদু পুম্নাং লাংই মাবু উবদা। প্রেমো মখোয় পুম্নমক্না ভাংলি-শক্লিবশিংদু মবুক্লিংদা কয়া চীংশিল্লুদে। কংলবা মঁনোক অমতমক নোকই। মবুক্লিং ইরাং লাংই। মহৌশাদগী মাগা কয়া হঙোয়নরক্লবী মতৈহনগী মুপী ইন্দিরা কাদুদা চঙলকই, অদুগা—

"ফরেদা নহাক য়ৌরকপা, ঐদি নঙবু লৌবা লাক্লেবু তৌরম্মীবনি। ঐগী কাদা নফী-নরোল হোংদোক্লবগা লোয়না লৈরবনি সোমদা ওইনা ..।"

প্রেমো মচেম্মগী তুং ইল্লকই, খরা তপলপ্না মচেম্মদা—

"ইবুংঙোগী কাদি কদোমদা ওইনা …?"

"অরাং ইথং থংবা অসোমদনি, নহাক্কীসু কা মচা অমসু হাপ্পনি।"

"করি ম্নুমিত্তুবো ইমা ইচাবু পুনগদৌরিবনোনে?"

"করিনোনে নঙনা হায়রিবদুবো।"

"ইচেম্মনা মুক লুনা.মুংশিনা চাম্না মাবু নবুকথোক্কী নচাগুম তৌবী-রিবসিনা ঐদি পেল্লবনি, মাবু অমুক হন্না সংসারসিদা পোকপীরবনি।"

"ঐগীসু ইচা নম্রব্রনে?"

করি খল্লুরম্বনো খঙদে হন্দক্তি প্রেমোদু করিম্নু থুম্লক্তে। মাগী মতৌ উবদা নাকোয়ননা ইন্দিরানা—

"ঙায়খো নঙগী লৈসিদি সন কয়াগীনো ? নঙোন্দবু ওম্থোক্লা পকচ-খ্রেমী ।"

"অচুম্বগীরনে ?" (মমাঙদগী শকয়েং মিংসেলহন্দা য়েংলগা)

"নঙোন্দবু ফাগী অমুক তৌগদ্রনে ?"

খরা ইকাইরপ তৌনা প্রমোনা—

"কয়ানোবু খঙখি মখোয় বাবানা ইবুংঙোগী লুহোংবা নঙনবা ঙরাংতা সনা শাফমদগী অশাবা ওইনা লৌরুবনিদা ।"

"মাদি কৈদৌরবা অহুক কম্না হায়রম্লগা ?"

"হয়েং ওইনা লাক্কনি, ইচেম্মদা শাউদনবা হায়বীয়ু হায়রকই ।"

"এঃ অতুম্নগা হায়রকইবোইরে থি়দা অঙাওবদো ।"

"অঙাং অনীহুদি ... !"

"মথং থাদা লৌথোক্লগনি হায়বনি ।"

"য়েংউ প্রমো ঐনা শিনবা ফত্রা মহু নংলমদ্রবদি ... ।"

প্রমো মচেম্মগী রাইহেন্নুনা মায়থীবা পীবগুমই, করিনো অমা খনবগুমই. তুমিন লৈ । ঙাইহাক তুমি লৈরুরগা প্রমোনা মচেম্মদা—

"মুপী মচাহুদি মশক-মতৌগদি কমদৌই ?"

"এঃ মশক-মতৌগা য়েংদ্রেদা লোয়নবা মুঙাইগদবা শেম্বা থোক্কদবা ওইরগা লোইরেদা, নত্রনে ইনাও ?"

"হোয় অহুবুদি ঈচেম্না শিনবনিনা করিস্তু শোয়রোইদা ।"

"নঙবু চাক ঈশিংগদি চারক্লব্রমি ?"

"উম চারক্লে ।"

"হয়েংদি সিদা নচাগা পুন্না চামিন্নবা ঙস্তা লাক্কদবনি ।"

প্রমোস্তু য়ানিংবগী মতৌ উংলি ।

"অহুদি নহাক ঙাইহাক্তা পোত্থারম্মু, ঐস্তু থবক-ইনথাংগী অরাং অপা অমুক্তা য়েংশিল্লুখিগে ; করিমত্তা হঙ্গোয়গনু ফমুংসে ঐগী ফমুংনি, ঙাইহাক হিপথবস্তু য়ানি, নতৈহনস্তু মুপী ময়ুমদগী পাক হল্লকখিরোই ।"

"ঐস্থ করি করি থবক্লো খরা য়াওগেদনা ."

"এঃ থবকপু লৈরবদি হেক্তা কৌরক্লে, চান-থক্লবগা নচাশিংনা লোয়না পোরক্লগনি, চৎলে চৎলে।" ইন্দিরা কাত্তদগী থোকখ্রে।

চহী কয়াগী তুংদনি প্রমোনা মফমসিদা থোঙ থাংজিল্লক্লীবসি, মচা-মুপাগী লুহোংবগীদমক্লি। অতৈ অমগী ওইরম্লবদি মহাক লাক্লমদবস্থ য়াই। মচাস্লুপানদি মাবু খঙলমখিগদ্রা নত্রগা য়ারৌরমগদ্রা ? অতুক কুপ্না খঞ্জিল-লুদে। মচামুপা অসিখক্তগী মরীদনি মানা ঙসি মফমসিদা থৌনা ফনা লাকপা ঙম্লিবস্থ। কয়িগুম্বা মাগী মুপাহুনা ঙসি ফাওবা লৈরম্লবদি মাগী পুন্সিস্থ অস্থম্না ওম্লমলোইদবনি। অদুবু মরাইবক্তা তম্লক্তবা হায়বত্নি ; মীওইবগী তুংগী পুন্সিবু কনানা হায়বা ঙম্বগে ? মতম অমদা মাগীস্থ চাউরবা মফম অমদি য়ুর্মসিদা লৈরম্মী, মাস্থ য়ুর্মসিগী মৌনি। মহুগীস্থ মথক্তা মনেম্না খ্বায়দগী থরায়না তাজবী অমস্থনি। ঙসিদি মহু পুম্নমক্কী ওম্ন-তৈনবনি। মাৎকুপসিদা নৌহৌননা মাগী মুপাদা নত্তনা মনেম্থস্থ নীংশিংলকই। মাগী মুপাগা তুংথ-মাংথ ওইরম্না মনেমহুস্থ লৈথিদবনি। মাগীদমক ফৈগাক ফৈবীরম্বা মনেমহুমক লৈজরম্লবস্থ মাস্থ স্থম মফম'সিদা লেঙদনা লৈরম্বস্থ কনানা খঙবা। তৌবদি অমরোমদা মচেম্মা অহল ইন্দিরাগী খুজিল থৌরাংদগী'নি মহাক্তা ময়ুম অমদা অমুক পানথিবসি। মহুস্থ কুইনা মচেম্মনা তক্লরবা মতুংদনি।

ইতৎ ভত্তনা মচেম্মা ইন্দিরানা—"প্রমো ঐনা হায়ব্রিবসি নঙগী ফনবনি, মাগীস্থ মুপী অমা থিরম্মী হায়বখক্তনি, মচা অমা কয়ি'মা লৈহৌবস্থ নত্তে ; থবক হায়রা ফনা চাউরবনি।"

"নত্তে অহুবু ওইথোকপা য়াব্রা !"

"মীনা তৌনদবদি নত্তেদনা, মাস্থ ঐগীদি অভোপ্রস্থ নত্তে অহুনবু ঐনা শিনবনি। মানস্থ নঙবু কয়াম পামজে !"

"মহু ঐ স্থকঙম ঙম্লোয়দা।"

"তুংগী খল্লু অঙাংসিগীদমক্তদি ঐখোয় ময়াম অমা লৈরি, নহাক্না অস্থন্না লেনবা পামদে। লৈকাইগী মীনোক চঙলকনি, ইনাও মুপাতুনা সরকারগী থবক অমা করি'মা ভৌরমতুনা পেন্সন ফংগদবস্তু নত্তে। পান তুকানসিনা মুক শাংথ্রবা নপুন্সিতু লেনবা য়াবা নত্তে; নহাক নহানি কনানা খঙগনি? নত্তেহনস্তু লোয়না খঙবনি ঐনা শিল্লিবসি।"

তপ্না তপ্না মুঙমুক কল্লুরবা মাগী থম্মোয়দু লৈনাদগীদু হেন্না পেংথংরকখি। মতম্না মাবুস্তু অওনবা পুরকখি। মচু কয়া শঙলকখি। মঙলানগুম হৌখি। ঙসিদি মতু পুন্নমক্তনা মাবু ঙংলরি।

* * * * *

ইনাও, ইনাও নঙবু পোথাবা য়াদ্রব্রা?" থঙহৌদনা মচেম্মা ইন্দিরাগী খোঞ্জেল তারকপদা প্রেমো মঙফাওনবগুমই।

"নহাক্তি নচান্নুপাদো চাওরকঙৈদগী মশকস্তু অমুক্তা ফাওবা উরমখিরোইনে ...। য়েংউ তু আদা লেপ্লিবসিনি।"

মীঙুৎথোংগী পর্দাতু হাইরপ হায়দোক্লগা মশক তাকই মচেম্মনা।

য়াম্না খোরাংনা প্রেমোনা ফুক হৌগৎলগা—

"কদাই কদাই ..।"

"তু! আদা অহল অমগা য়ারী শাতুতুনা লেপ্লিবসিনি। ঐগবু শক মান্নদ্রা য়েংউ!" (নোকঅগা)

মাগী মপুরোইবগী মীওই মীতৌগুম য়াং-চাওরবা, চীং-লেম্নবা মচাগী শক্তমতু উরুবদা প্রেমো মতম কুইনা থিঙ্গৎতুনা লৈরুরবা মীৎলুগী পীয়াংশিং থিংবা ওমদনা ঈহৌরকখি। মঙোন্দদি ঙরাংতগী অঙাংগুন্নি। মুক কুইবা মতমসি মচা অমা লৈরি হায়বসি মহাক তশেংনা নীংশিংখিদবদি নত্তে। মচেম্মা অহনগা মতৈগনা মচা শক্না য়োকহৌবতুনস্তু থরা শাফবনি। মহৈ মশীং ফাওবা মপান্দা তমহন্দুনা মতীক চাবা মী অমা ওইনবা পুরা মচাদগীস্তু হেন্না শেমখিবনি। মতুমক্তস্তু মচাবু মচানি হায়না খঙনা খঙনা ফোংদোকউবদি মচীনমক্না ঙমহন্দে।

"ইচেম্মা করিনো ঐনা ঙসি তৌরিবসিবো। ঐ য়াম্না নীংঙম্নক্রেদা।" য়াহৈশিংসি হায়রম্নগা মখোল থোক্না হীক হীক লাউনা প্রমোতু কপথরকখি। থাজদবা মাগী মতৌতুদা ইন্দিরানা—

"ইবেম্মা অছুম্না কপকদবা নত্তে অক্কবা মঙ্গল পীনবা ইচিন-ইনাও চংতুনা ঈশ্বরদা নীজগদবনি।"

"বড় মমাদি ...?"

"হৌজিক্তা খায়দা লৈরম্বনিনে ...।" লৈকায়গী অহল অমা অনীনা মপান্দা ঙাংনখিবতু তাবদা মচেম্মা ইন্দিরানা পরপ পরপ মফী শেমজীনশাজীল্লগা—

"ইনাও ঐবু কৌরমাল্লে অমুক্তা থোক্লুখিগে।" প্রমো খিত্তং শকক্কম হঞ্জিনখি। মচেম্মবু মিৎ কুপ্তুনা য়েংহৌই। মহাক মক্কমসিদা সুম কুইথনা লৈনীংলক্তে; য়ুমসিদা থম্নম্বা মাগী আশা পুম্বা কায়খি অছুগা লোয়ননা খাংঙমদবা মৈচাক অমনা মশা পুম্বা মৈরী থোক্না চাকথেক্লকপগুমই। □

# চয়ন্নবা

ইন্দক মরক সুধীরহু য়ুমদা কয়া লৈনীংউদে, করিগুম্বদা থে'না থেংনা হল্লিল্লকই। ঙসিদি খরা ঙল্লী. অদুগা সুলোচনাবু থিরকই ; নিত্তিদগী খরা খেন্নে। তৌথোক্কবা মাগী মতৌনি। অদুবু ঙসিদি সুলোচনাদি য়ুমথুদা লৈবগী মতৌ উদবদুদা খরা হঙ্গোইরপ তৌনা মমাদা হংলুই—

"সুলোচমাদি ?"

"ওফিসতগী হল্লক্ত্রি।" মমানা খুমকই। কুমিৎ থেংজিল্লকপদুদা ঙক্কা থোক্লুরবা মাল্লে সুধীরনা মখা তাথরকই—

"ওফিসতবু সুক থেংবা ফাওবা লৈবা হৌনব্রা !"

তাঞ্জা ফংলিঙৈদুদা মমানা—

"ঙসিখক্তগী নত্তে নঙনা খঙদবননি।"

মমানা মাগী মুপীবু কয়া খোইদাজদে হায়বসি অদুম রাহৈদুনা খঙই। মথা তারমদ্রে সুধীরহু ফম্ফম কাদা চঙদুনা খবর পাদুনা মরৈখি। মবুক্লিং থোয়না চঙদে, খোইরাং-খোয়শাওনৈ। সুধীরনা সুলোচনাবু মুম্না খঙলকপসি লুহোংত্রিঙৈদগীনি। মসা মসা কুংশিনদুনা লৌন-লৈনরকখিবনি। ঙসিদি সুধীরহু মনা পায়বা য়াদবমখে অশাওবনা মশা পুম্বা থক থক নীকহল্লী। মপান্দা গাড়ী অমা থোজিল্লকখিবগী মখোন্দুনা হেম্না মাবু ঈ কাহনবা মাল্লি।

"কয়াম কুইরবগে হল্লিল্লকপা ?" ইতপ তপ্না সুলোচনানা হুংলকখি।

সুধির খুমদে। খঙঙী সুলোচনাসু মঙোন্দা খরা শাউরে হায়বসি। মখা তারমদনা পরপ পরপ কাত্নদগী মখোয়গী কা তম্না মফী হোংদোকপা চঙখি। সুধিরদি অত্নমক মচি লেঙদনা ফমহৌরি। ভাইহাক কান্নরগা মমানা চাক চাননবা কৌরকই। চাকথুম্মাঙত্নু সুলোচনানা তকখোক-নান-খোক্তুনা লোয়শিল্লি অত্নগা সুধিরগী চাক ঈশিংত্নু মফম চানা থম্মী। করি অশোয়বা য়াওখিগদগে হায়বগী মীপাইবসু মপোকই। ফনা কুইনা সুধির চঙলক্তে, সুলোচনাসু পাক হেক কৌক্লবদি ঙমদে। মওংত্নুদা মমানা ওইনা মচানুপাবু কৌবা চৎখি। পাক্লা চঙলক্তে। কাত্নুদা মমানা করিনো খরা ভাঙবা শকপদি মতায়, ময়োক্ত শেংফাক্তে। মমাগী ভাঙবা শকপত্নুদা খাঙবা ঙমদবা মাল্লি সুধির চঙলকই, রং-লান অমত্তা ভাঙবা-শকপা তৌদে চাকলুক মপান্দুদা ফমথরগা চাক চখোম অমা অনীদং হুক্লগা ফুক হোগত্তুনা মাগী কা তম্না চঙখি। সুলোচনাসু থোঙইনা য়েংশিন্নদে। খঙই সুধিরনা ভসাইমখৈ শাউরিবত্নু মঙোন্দনি। অহিংত্নু ফনা থেংবা ফাওবা মখোয়নামক তুন্নদে। টেবল লেম্পাতু থাংগত্তুনা সুধিরসু করিনো অমা পাবগুম তৌই। সুলোচনাদি অত্নম ফমুংদা চঙশিন্দুনা হীপথৈ। পাক্লা তুনথবদি য়াদবা মাল্লি। তাঞ্জাত্নুদা এ'রয়ার খরা ফংগদোবগী ওর্ডর খোকহৌবত্নু হোদোক-নিংলুই, মত্নুনা অমুক্তসু হেন্না মাগী মুপাবু শাওহনবসু কনানা খঙবা? মওল মওল খঞ্জানৈ। থবক মচা'সিমা তৌনবা হোৎনবদা মাগী মমা মপানা কয়াদা রাখিবা, লৌ ইখোল ফাওবা য়াওনা য়োনখিবনি। মত্নুগী তৌবীমল ওইনা মানা হৌজিক ফাওবদা করি তৌগনবা? ওন্ন-তৈনবা ভাক্তনি, সুধিরদা মানা লুহোংলকপসু মমা মপাগী অনিংবা অপাম্বদি নৎখিদে। মত্নু পুন্নমক সুধিরসু খঙঙী। অত্নুনা ময়ম ওইত্নুনা মাসু করিগুম্বদা মপুক্লিং জুংঙাইরক্তে। মাসু থবক মচা অমত্তং ওইরবসু ফংননবা হোৎনখিদবদি নত্তে। মরাইবক লৈতবা হায়বত্নুনি। হন্দক মরক মানা সুলোচনাদা থম্নীবা মিংয়েংসিসু অচম্বদি নত্তে। থনবা মখৈ খল্লুরগা সুলোচনাত্নু তপ্পা তপ্পা উইথরক্তুনা তুমথখি। অশিৎ-অরাম্বাগী নোং থাক লাউবত্নুনা মীৎকপ

খঙথোক থোকই। মাগী কাঙখলদু নীংখিনা থাদদুনা যেপশিল্লখদু স্থলো-চনা থোইদোক্না ঙকলুদে, কাঙখল মনুংদগী কোয়না মাগী মীৎয়েংনা খিরক-পদা স্থধিরস্থ ফমুংদা তুমদুনা লৈরম্মী। খঙনিং নীংশিংলকই মথংগী সুমিত্তা চাক চান্নবগী প্রোগ্রাম অমা লৈখিবদু। নোং ঙানফুং ঙানফুং তোরকই, ফমুংদগী ফুক হোৌগত্তুনা হাথু হাথু ইমুং-মনু গী কুপনোমদু লোম্নশিল্লি। চাকথুমদা চাক থোংলিবী মমোগী মতৌদুদা থংনবা কাদগী মনেমনা হংলকই—

"ঙসিবু ওফিস ছুটি ওইদব্রনে?"

"ছুটিনি অদু ওইরবস্থ অরুবা থবক অমদি লৈ, চাকস্থ য়াওই।"

ইহৈ হৈনীংদনা স্থলোচনানা খুমদোকখি। ইশেং শেংনা মচিন্না হান্ন-দোকপদি ঙমখিদে। স্থধিরস্থ তান্নবা মাল্লে—

"মুপীনা মুপা-নহাদোনা য়ুমগী মথাদা ঙাইহাক্কা লৈতবসে ঐদি কয়া পামদে।"

অসিগুম্বা ৱাহৈসি অমুক্কা স্থধিরগী মচিন্দগী তাখিদ্রি। মথাদি তান্নক্কে, অদুবু ৱাহৈদুনা ঙসিদি ইপন পনবগুমই। ৱা-লান ঙাঙদে, মফী মখোলদু তনহোং হোংদুনা লুনাদু ইনবোই করিওই তৌদুনা স্থলোচনা অদুম থোঙাল্লোমদা থোকখি। স্থধির য়েংদুনা স্থম লৈহোই। খিংউবস্থ তৌরুদে। মখোয়'নিগী মরক্কা লৈনন্নিবা মরীদুদি ইনক নক্কা লাপথোক্ক-ন্নকপগুমই। অদুগা মাগী মুপীবুস্থ থোইদোক্না মরাল পীবদি স্থধিরনা ঙমদে। মাগী মফমদা স্থলোচনানস্থ অকায়বা অমত্তা চংখিবস্থ লৈতে। অদুবু করিগীনো মঙোন্দা ফাওন্নিবা শেরান্নবা ৱাখল অসিনা চমন্নহল্লিবা?



# লম্বীদা

ছন্দক নোংম-নিনী লৈকায়থুদা থম্মা তোম্বনা উবা মশা নানবা পাখং মচাথুনা মতৌলৈবীদা—

“ইতৈমা য়ার’দি চুরূপ উপুথু মরী অমগা হাপচিনবীরকউ।”

“করম্বা তৌসিগে ?”

“নেভি কৎ-তু ওইনা ...।”

“নখোয়গী শান্নফমথু থম্মা হোংদোকপদি কৈ, মৈম্না পায়বীশিংথুনা অমুক খণ্ডথ্রবদি নহানগী খোদোক্তু খণ্ডলেদনা ?”

“এঃ অথুবুদি মখোয়গী সেক্রেটরীথুগা ঙাংনরবনি।”

“অথুবু ওইরবদি ফয়ে ইতৈমদি ইপাদা হেক পাখংলি ; মতমসিনগা ফগুবনিনা ! ঐনা হিংলিবসিস্থু নখোয় খ্বায়গী নপাম্ননিদো ...। অতৈ লায়রিক্কা লুংগদি ওসিগীদি কম্রি তৌরবা ?”

“এঃ ইতৈমা ফনা ঙল্লি করিনো ম্বাম্মা তাল্লকখিগদবা ম্বাংলিদা, ঐগী ম্বাদি পোং-চৈথুদা মরাং কায়নদা থম্বীয়ু লোয়না লৈথগদৌরিবনিদা।”

পাখং মচাথুগী কলেজ্জা মতাথুদা মতৌলৈবীস্থু নোকফেং তৌরগা—

“হোয়দা হোয়দা ঐস্থ নতৌ য়েংগে হায়থুনা ফাগী তৌবনিদা, ইনাও লাকপসিদি ঐগীদি ...।”

“সৈত্য ইতৈমগী ম্বাতা সিদনিসে ...।”

অসুম্না পাখং মচাদুনা ময়া ইহি হিগৎলদুনা মতৌলৈবীগা অরায়-অথুম তৌনৈ। অদুদগী পেদ্রেক পেদ্রেক লাওবা চামণ্ডা চৎপী অহনবা অমা ফুরিংখাউদগী শৎ লৌথোক্লগা পাখং মচাদুনা—

"ইতৈমা 'সিদগী ওইনা লৌহৌরোসে . ।"

খিত্তং ডকলপ্পা মতৌলৈবীনা—

"অদুক য়াম্বগীদি অচোয়বা কদায়দগী লৈগনি, নঙস্মু অফাও' হেক শারেদা ... ।"

"অদুম ইতৈমদা লৈহৌরবস্মু য়াইদা , মুংতিগী অদুম পোৎ অচোই-অপা লৈনগদৌরিবনিনা, মদুগী'দি থোয়না .. ।"

ইক-আ ইক-আ তৌদুনা মতৌলৈবীদু মথুৎ তিংথোক্তুনা লৌবমক্তি লৌহৌই।

পাখং মচাদু চৎখ্রে, অসুম্না তৌবসি পোৎ লৈবা খুদীংগীনি। নোংমা ফাদোক মতৌ লৈবীনা কাউশিন্নদুনা তোকপস্মু অদুম ময়াওই। নিতীগী মতৌগুম হিসাব বয়দু পুথোক্তুনা শেলদু বাকি-শিকি লাকখত্তুনা পাথোক-পাশিন তৌই। খিত্তং মোন্দা নুংঙাইরদুনা ময়েক শেংফাত্তনা ঈশৈ ঙংই। মখোল থোইনা ফরুদ্রবস্মু তাবদা মুংশি, কনাগুম্বগী মবুক্লিং চিংশিনগনি। ঈশৈদা ওইনা তৌরম্লবস্মু মমিং ফনা চৎচরমগদবনি, খরা তম্বা হৌগৎলক-পদা মাগী মুপানা য়ামন্দবদগী তোকথোকখিবনি। মহৌশা নত্তে, মাগী মুপা নবিনস্মু মতৌলৈবীদো খরা মনীং তমহনবা মাল্লি। মাস্মু মানা থোকপা পংলৈ মরৈ, নোংমগী মচা মরীদুগী মবুকপু থল্লবদি মারে হায়বগী মওংনি। মাগী হকচাংদুনা মহৌশাগুম্বা ওইরম্লর্বদি অসুম্না মাগী মুপীবু মপান থোক্লা শেল তালহনলমদবস্মু য়াই।

ফনা রারবস্মু মতৌলৈবী নোংমতা মায়থোং মকশিন্দে, অদুম মাগী পুন্সি মহিং'সিদা পেম্থোকই। মতম্না পুরক্লিবা অহোংবশিং অসি মঙোন্দদি করিস্মু থোইদোক্তনা খল্লি। নোংঙানবগা চাবা চাদবা মাগী দুকান মচাদু থোং হাংনবদনি। হন্দক নোংমা নিনীসিদি মতৌলৈবীদু কুচু-কুমেন থোক্লা

উই। মফী-মরোল নাল্লী। করম্বা মাগী আশানো মতুদি কনাস্ন থওদে। মখোয়গী ইমুংতুস্নু অরং-অরাক্কী পোৎ-চৈ খরস্নু তাবা মউই। কারবারতুদা খজিক খজিক্কং কান্নজবদি মাল্লি। মীওইবনা য়াইফরিবৈ নুংঙাইরিবৈদা মরুপ-মপাং য়াত্তে হায়নবতুনি। লৈকায়তুদা থবক-থানা অমত্তং থোকপা থুদীং মাগী বার্ত্তন চিংখিদ্রে। লমজাও সোয়োক্তা কেনা কেনা সনা-লুপা শিতুনা মতৌলৈবীত চৎপস্নু মউই। অহোংবা মাগী মতৌতুদা কনাগুম্বনা ওক্তুনা মাবু য়েংনহৌবস্নু ময়াওই। তশেংনা হংনীংই—নুংঙাইনিংদবা, অহাউবা চানিংদবা মীওইবু লৈব্রা? নুংঙাইজসন্নু মাস্নু মীনি হায়বিবদি অত্তাওবমি।

* * * * *

নুংথিল তাল্লক্নি, মী খরা লৎলি। লৈকায়গী নুপী অমনা থাগৎপোই করিওই মতৌলৈবীদা—

"ইবেম্মা নশানা নাল্লিবা নরিলনা পাল্লিবা নও ওইরম্বগী নুপা'সি মী ওইনা হিংলিবনি।"

"খওদেদা ঈচে ইরাইবক্তা তাইনতুনা পওহিং মহিংবা হায়বতুনি। ঈচেস্নু এবু পওথাদা হেক থাগৎপীরে ক্বাসে মতপ অমত্তগা ...।"

"কদাই কদাই ক্বা মরু অমা অনীদংগা হেল্লকউ। নওগী ক্বাসি চাক্করবদি অতৈগা চারুবা য়াবা নত্তে।"

"ইসঃ ইচেস্নু ...।"

"নত্তে অওইবগীনে লৈকায়সিগী পাখং লৈশাবী পূম্বনস্নু হায়নরবা য়াফমনে।"

"অওইবগীরমে ... ?"

"হায়মা নঙোন্দবু ফাগী তৌথিগদ্রনে ?"

নুপীতু চৎখ্রে। মতৌলৈবী হেম্না আশা চাউখৎলকপগুমই। ইনবোই য়ানবোই তৌম্বিবা চুনিতু খরগা অমুক শেমজিন-শাজিঞ্জে। খম্না খরা মাগা শকখও-মায়খওনরবা পাখংমচাতুস্নু তঞ্জাতুদা—

"ইতৈমদি ঙসিদি পুন্না লৈশাবী মচাতু মঙাইরে ওন্থোক্লা .. !"

খন্না পাখংপোই করিওই—

"হায়মা ঐদি কনা কনা ওইন্নবোই নীংঙ্গুরে; নঙদি নহান মখে কদায়দা চংলুন্নবগে ?"

"এঃ ঠিকাগী করিগী চৌংদা চংলুনিদা, নদ্দে ওয়াম কুইরবগে ইতৈ-মগা ঐগা উন্নদবসিবো ?"

"কুইবুদি কুইত্রিদা অতুদা .. ।"

"অতুদা কৈদোরবা ?"

"নোংমা নিনি উদবদা ঐগী পোংশিংসু হন্থেরে।"

পাখং মচাতুনা ইশি শিনা নোকঅগা—

"ইতৈমসে লৈশারিঙৈদগা থেংনজরম্মবদি ... !"

মতৌলৈবী পাখং মচাতুদগী অতুগুম্বা হেক্তিনবা রাহৈতু 'অমুক্তা তাখিদ্রি। রাহৈতুমক মংোন্দদি ইঙক ঙক্লা খোকহল্লি। মী অতৈ তারম-গন্না হায়বগী রাখলদা মশাতুসু ইপা পাখংচৈ। অতুগা পাখং মচাতুদি করিসু থোওই রাওইদবগী মওংনি। মওংতুদা মতৌলৈবী শাগনিংবনা মশাতু লৈফম চাফম খঙহন্দে।

* * * *

ঙসিদি মতৌলৈবীতু য়াহৌ খন্না খেংলপ্পা হৌগংলি। তুকান থোক্তে, মচাশিংগা লাওনতুনা অতুম লৈ। নবিনসু খন্না ঙক্লা কমুংদগী—

"নঙবু খেংদ্রিব্রা ?"

খুমদে মতৌলৈবীতু। তারবসু তাশিন্নদবগী মতৌনি। 'য়ারক্লা ঙংলগা নবিন্না মখা তাথরকই—

"পোংশিং অমুক হন্থদনা হোরেলদি !"

হন্দক্তি মতৌলৈবীদো খোল্লৈ চুমদনা—

"ঐদি ঙসিদগী পান তুকানগা অমত্তা কম্নরোইরে।"

নৱিন তুমিন লৈখি।  ঙাইহাক্কী মতুংদা মচাম্নুপা অতোনবদু পোম্ন-তুনা মশম-মনা ইফা ফানা হুকানগী শোদু পুম্নগা মতৌলৈবী থোঙাম্লোমদা চোবে হোবে থোকখিবদু নবিম্না ঙক্না য়েংহৌই। □

# লাপথোকপ্রবী

ঙসিদি মহাক্কী লুহোংবনি। লৈকায় অমত্তদা লৈবনিনা লোয়না ত'য়, লোয়না ইখঙ খঙনৈ। ফনা কুইনা লৈশারম্নগা লুহোংবনি। ইমানা ঐবুস্তু দান পীবত্থু ঙাইহাক য়াওকুনবদি হায়রম্বনি। থবক অচিনবা অমদি লৈ অতু ওইরগস্থু তাঞ্জা যেংলগা ঐস্তু ঙাইহাক মখোয়দা চৎলুগে'দ মখল্লী। মেমীগী মমানা ঐগী ফুরীৎ পুময়াৎ ফৈজামদা নত্তনা কনাগী কুমাল ফাওবা শুদোক-চামথোক্তুনা নহান্না মবোল মরো'ল নাইনা মাগী লুহোংবা অসিগীদমক নঙনবা শেম-শাত্থুনা থমগ্রবনি। মপান বয়া থোক-চবস্থু নৎচদবনিনা মাস্থু কেরগা চৎনীংবগী মওংনি। ইমাগা ঙাংনবা তায়। চৎচসন্থু মচল নুপীগুম্বনি। ঐনত্তা লাম্না পংখন থল্লুবা ওইবস্থু ময়াই।

মাগী নুপা ওইগদৌরিবা অত্থবু .. ! বার্ত্তনত্থুদদি ময়েক শেংনবু য়াওরমগনি, নহানমখৈদি থোইনা থৌশাক্লুদবনি ঙসিদি খঙনীংবা অমা পোক্লকই। ঙরাং নহান ইচাই চাইনা ঐগী টেবল মথক অসিদা বার্ত্তন অমা অনি তাত্থুনা লৈবা উখিবত্থু খঙখি থি। ঐগী মিং থাবা ইনভেলপত্থু লৌখৎলি, মন্থ দা বার্ত্তনদি য়াওরমদ্রে। মেমী মমাদা কোক হেক হঙলু-রবদি ইরাই লায়না অত্থম খঙগদবা জাৎনি ; মত্থুগী থৌনাত্থমক্তি ঐঙোন্দা লৈত্তবগুম তৌই, নহানমখৈগা খেন্নৈ। মসিস্থু অঙকপা ঐগী রাখলনি। টেবলদগী চুকুপ মতেক অমা তারিবত্থু অমুক লৌখৎলগা চীনবান্দা থম্মী, ওস্থোকপনি মৈখেৎস্থু অমুক থিবা ফংদ্রে। ফমুংত্থুদা ঙাইহাক অমুক

লোংনা হীপথে। থংনবা কাদা মেমীগী মমাহ্ লুহোংবা চৎনবগী মংকে শেম্নী, মচানুপীগা ফীরোল চান্নবা চান্নদবগী ৱারী শান্নবা তাই। মরক মরক্তা ইমানা ইশি শিনা নোক্নকপম্ ময়া ওই। মনি-মমৌ নুংশি চান্ননা লৈমিন্ন-বতুদা খিত্তুং নুংঙাই। তশেংনমকস্তু লৈকায়সিদস্তু অতাওবনি। নোংমতা ইমানস্তু মঙোন্দা মমিং ফানা কৌবা তান্ত্রি, ইবেম্মা হায়বদগী হেন্দে। মাবু হেন্ন থাগৎলুবগী ৱাফমদি নত্তে, মা লোয়নবস্তু ওঙ্খোক্লা হৈ। নোংমতা মীগী মবুক নাগদবা থবক তৌদে। অমুকস্তু খল্লি ইমাগীদমক্তদি ফৈ, মাগী অনীংবা অপাম্বা অহু থুংহনবা'সিমকস্তু ঐগী লাইবক ফবনি। চহি মতাং-সিগা কয়াম কুইনবু হীংখিগনি? বাবা লৈখিদবা চহী অনী অহুমগুম্বা শুবকপদা ওইগম্রা ঐনা মেমী মমাবু লুহোংহুনা লৌখিবহু। মশক থোইনা বাকনখিদে, ঐগী অয়াবা ইয়াও হেক যাওদনা ইমাগা ইনে তোম্বীগনা মিনখিবনি। অশেংবদি মহু ইনে তোম্বীগী খুজিল থোৱাং খরা য়াওখিব-দগীনি লুহোংবহুনা অহুক থুজিনখিবহুম্নু। মহুমক নৎলমদ্রবদি ঙসিগুম্না ঐগী পুন্সিংসম্নু ওইরমদস্তু মযাই। ঐখোয় ইমাস্তু অহানবদা ঐগী মীচঙদা লেপখিব্রদি খল্লি। তৌবদি ইনক নক্কবনিনা মাগা ঐগা মৱী লৈনবকপহু ইখং খঙনবকপদগী মেমী মমাবু খুদক্তা নমহায় হায়নক্কবনি। মহুস্তু পক্লে পক্কদে হায়হুনা চেনহোং হোংখি। পুম্নমক্ত নীংশিংলুবগা ঙসিদি মঙগুমই।

নুমিত্তু ওফিসতা থবক অচিনবা অমা লৈহুনা খরা থেংনা য়ুমদা হল্লিল্লী ইমানা ঐবু খরা শাউনীংবগী মওংনি। মচিন্দা করি কৱিনো অকাম্পেৎ খরা ঙাংবস্তু মতায়। চাকলুক মপান্দা হেক ফমথবগা ইমানা—

"নুপামচা মীয়াসে ইং-ভপ্পী ফৈ ঐস্নু খঙবী। নুপী মচা অমা ওইবগী মঙান্দা করিস্নু থোইদোক্লা ৱাংতে, অহুবু মুম্না খল্লু মহাকসে লৌন-লৈনবা য়াবা নত্তে, শাগৈ অহুবু ওঙ্খোক্লা নক্কশ্রবা জাৎনি, নঙ বাবাহু লৈখিদবগী অহুক লাপথোক্কবনি। কৈয়োই-লৈকায়গী মীনা করি হায়নখিগনি! অঙাং ওইরিঙৈনা ওইরিঙেনি হৌজিক্তি পাথং লৈশাবী ফাৱবনিনা ...।"

ঐহাক ইঙক ঙকই, ইমানা অহুম্না হায়রকখিবহু। ইকায় খুংশি য়াম্লনা অহুম ফম্মী, ইম'স্তু ইনাক্তুদা ফমথরকই অহুগা অশাওবা খোনফমদা মখা অমুক তাথরুকই—

"ঐনা হ্মবা য়াত্রবদি ঐঙোন্দা ইমাগ: অমত্তা ঙসিদগী কৌথৈরকস্নু, য়ুমসে নঙনা থোকপা তৌগোরো ঐস্নু লাইফমদরা করিনো চৎচত্রগনি। হয়েংমক মাবুস্নু কৌগনি অহুগা ... !"

ঐ ইমাদা থঙশাও শাউনীংলকই, খুদক্তা য়ুম থাদোক্তুনা চৎপ্রসিরা ফাওবা য়োই। চাকলুক মপান্দুদগী ফুক লৌগংলি, ইমাহু রা মখা তাথ-রক্তে। অশাওবনা মশা পুম্বা থুমহৎখি। ঐ থঙই ইমাদি শাওবা য়াদে, হেন্না থরায় রাবস্নু য়াদে। বাবা লৈখিদবা চহীহুদগী থঙহেন হেক্লিনখিবনি অরুবা লাযনানি। ডাক্তরনা তোয়ন' চোকশিন্নবা হায়খি। ইমা মশাদদি অশেংবহু থঙহন্দে।

মুমিত্তুগী অহিংহুমা চয়েংনবহুনা তুম্বা য়াহনখিদে। মতুং নোংমা নিনী লৈরগদি মাস্নু ঐবু উন্নদনবা হোংনবগুম তৌই। মগৌশা নংখিদ্রে। মঙোন্দস্নু ইমানা করি করিনো রাহৈ থরা হায়রুরবা জাংনি।

তপ্না তপ্ন ঐখোয় অনাগী নক্লরম্বা মরীহুস্নু মমৈ-মকোক ইশম শম্ন-রক্তবগুমই। অস্নুম্না মফম মগাং থঙদনা ঐখোয়'নী লাপথোক্লরকখি। অহুগা লোয়ননা ঐখোয়নীগী রারীহুস্নু অহুম লোয়শিনথ্রে। ঐগী লুহোংবদা ফজদে হায়বগী মওংদা থাজদনা ইমুংগী থবক ইনথাং নোম্বা লৈকায়গী মমান্নবী থরগা লাকখি। মাগী মওংহু য়াম্না খেন্নখি, পুংতোপ তোপ্না মশক্লি। মশাহু থরা শোকচিন্না উখি, অহুবু মাগী মহৌশাগী তইং-তইংবী শক্তম অহুথক্তংদি মাওদ্রি। ঐঙোন্দস্নু ইচম চম্না অহুম কৌরক ঙাংলকই। ফুংদদি করিগুম্বা অমা ফুম্বগুম তৌই। ঐতগী অম্রানবা রাথরা ওইরম্বস্নু য়াই। অঙাং ওইরিঙৈ পীশক পীক্লিঙৈদগী হোৌনা লোয়নরকপনিনা মাগী মঙং অহুদি অহুম্ন থচই। ওইথোকপা য়াররোইদবা ঐখোয়নী।

মরীহুনা থাম্মোয়রুংদা তাশোন্না খিনবগুমই। মতুং থরা লৈরা

কয়া চথোক-খোক্তোকপস্থু উখিদ্রে, তৌবদি ফিশা লোনশা তৌদুনা শেন্দান লশ্বীদুদা চৎখিবনস্থু ওইবা য়ায়। মহাক্নস্থ মখোয় ইমুং-মনুংগী লৈত-লাইর অরাং-অপাস্থু লোয়না পুবনি। মবুং অমা লৈরম্বদুস্থু নহারোল য়াওখিবদগী শিবা চঙবা খঙদনা অদুম হল্লকখিদ্রবনি। মদুমক্নস্থ মাবু হেন্না থম্মোয় শোকচিনহনবা ওইরমগনি। খবস্থু হেঞ্জিন্না খঞ্জিনগনবা মীতানি। অমুকস্থু মাবু থাগৎনিংই মৈতৈ মুপী অমা ওইনা। মানা শাবা ইযোংগী ফীদি মতু কুপ্না নাম্না ফজে, থবক তৌবদা তশেংনা মচু লায। মী খুংগী মক্না পায়্নে। ঐখোয় ইমানস্থ মাবু তত্তনা অদুম ঙসি ফাওবদস্থ থাগংলি।

মেমী মমানস্থু ঐখোয়নীগী অদুবৈংগী ওইথোকপা য়াররোইদবা মরীদু খরা ফাওবদি খঙবগী মওংনি। মীশীংগী হৌনবা অস্থুক কুইবসি নোংমতা ঐঙোন্দা ফোংদোক্কে, পল্লক্কে। থোইদোক্না কান্নবস্থু নত্তবনিনা পল্লক্কবনস্থু হেন্না ফৈ। অমরোমদা অঙাং ওইরিবৈংগী লৈরক অমা শৈশক অমা হায়বদুনি।

হন্দক মবক্তি করি হল্লুবনো খঙদে মেমী মমাদো মাগী লুহোংবা অসিদা হেন্না থরায় য়াওশিনবা উই। মশক থোকপা পোৎ অমদি পাংসি হায়দুনা ঐঙোন্দা অমুকহৌইবনি কন্না তকইসি। ঐস্থু লৈবা লৈতবা মাগী অপান্বা অমত্তং পীনবা হংহল্লুবনি। করি লৈরকউ হায়রকপনো মদুদি খঙদ্রে।

"বাবা বাবা ইমানা দান পীবা চৎলোইদ্রা হায়য়ে?"

মেমীনা খঙকৌ কৌরকপদুদা জ্ঞান খঙতা তারকই। ঐস্থু খঙচৎ চৎনীংলকই, ঈচল শক্লনী মঙোন্দা মবুং অমা ওইনা দান পীবদা নত্তনা মঙ্গলগী আশীর্বাদ পীনীংলকই। বেন পার্তীগী শুর পাল্লগা খোঙলকপা শাহনাইগী মখোলদু খরা হেন্না নকশিন্না তারকখি। বড় লাক্লবা মাল্লে, মহৈ মহৈ লাংনৈ। পুক্লিং অসি ইনৌ নৌথোরকপগুম তৌই। মীহৎখোংগী পর্দ্দারদু খজিক্তং হাইদোকই, মখোয়গী ঈংখোলদা হৌরিবা কৌবিলা পাম্বীশিংগী পরেংদু থাগুক্না খঙউ উরকঈ। নিংথম থাগী রাউরি

ৱাউরি শাবা নুংশানা তুম্বক তুম্বক লেপ্লীবা কৌবিলাশিংগী মতোম্দা ষৈবতুন' অমুক্তস্থ হেন্না লাপথোকগ্রবী মাবু নীংশিংনবগী মরম ওইহল্লি। নীংশিংবসিমক লৈরমত্রবদি ঐবু কাম্নদবদা সুক য়াম্না ৱাহল্লমদবস্থ ষাই। পুন্সিগী মচল ওইনা পুম্নমক হৌগ্রসনু . । □

# অমম্বসিদা

মখোঙ-মখুং ৱাওরবা সোবীতাগী মচান্নুপা ৱাইমতু শেন্নবতদা মেম-থোইবীগী মশাতু তপ হেক তায়। মতুখক্তা নত্তে ইমুংগী অতৈ অতৈ থবকস্তনি। তাঙ্গাতুদা অঙোবীস্থ ফী ময়োম অমা শুদোক-চামথোক্লবা মঙোন্দা কিং নমশিল্লরে। মমৌ মুপীদদি হায়রতুনা মঙোন্দদা হায়রকপ-তুদা ফনদি শাউনীংলবনি। অঙাংতু থম্নগা ফীরোলতু শুদোক্লবা অমুক হোংনৈ। ঙাইহাক্তা লেপ্তে মাগী থবক। মেমথোইবী য়ুমসিগী কনাস্থ নত্তে। মমা মপা অনীমক লৈখিদ্রবা মতুংদা অঙোবীনা অথাপ্পা থুঙ্গং অমদগী মাবু পুরক্লুনা থমখিবনি। সোবীত্তানা য়ুমসিগী মৌ ওইনা লাক্রি-ঙৈগী ৱানি। ফনা য়াম্না অঙাং ওইবি মতমতুদা, হৌজিক্তি পুংকক চাউজরে, মপোপ মতাংগা ফবনিনা মপুং ফাববী লৈশাবী অমগুম্নে। সোবীতাগী মচান্নুপা অনীমক মাগী মনমদা চাউখিবা ঙাক্তনি। ইমুংগী মীওই খুদিংমক্তা মাগী মবুক শেংঙবতুদা মীতোপকুম্না থন্দে। মাস্থ অতুম য়ুমসিগী মীওই খুদিংমক্কী ৱাননবদি চংচৈ। ঙাইহাক শাউনীংলুরবস্থ অমুক থম্ভৈজে মফমসি মাগীদমক্তদি সর্গগুম্বনি। তৌবতবু সোবীতাদদি খিত্তং হঙ্গোয়জনা লোয়-নজ্জে। থোইচংনবা সোবীতাগী মওংতুদনি।

শুমাংদা মারুটি কার অঙোবা অমা খামতুনা লৈরম্বতুদা শেখর লাকখ্রে থঙঙী। মেমথোইনা খ্বায়দগী হৈনীংদবসি য়ুমসিদা শেখরনা লাকপসিনি। শেখর সোবীতাগী মথুরানা পোকপা মোপানি। পৈশা-সুংশাগী মরম

ওইনা তৌই। হন্দক মরক সোবীতাগী মুপাহু লংফৈ চৎখ্রিভৈসিদা থরম্মু তোইনা লাকই। মশানা অহুম তৌজবা য়াবরম্মু অমুক সোবীতানা থো-দারকই—

"মেমথোই চাঙাং গ্লাস অমত্তুং থরা থুনা শেম্নকউসে, অঙাংদি ?"

"ইমাবোক্লা পুবগনি।"

চাঙাংহু অমুক লোন্নবা থোরাং তৌনা তৌনা মচীন পোমথোক্লুনা মেমথোইনা খুম্মী। ভাইহাক কান্নরপা মখা থংবয়োমদা ইম্ফোক্লিবা কাশাং-হুদা শেখরগা মচেগা রারী শান্নবহু ময়েক্তি শেংফাত্তনা তায়, মরক মরক্তা হৌনা হৌনা নোক্লকপম্মু ময়াওই। মেমথোইবী লিংলিবা ফুরিৎ ফিরোলহু থরা ফবা অমা অনহোং হোংদোক্লগা মশম-মনাহু কাবক শাবক পুনশিন্নগা খিত্তুং হুঙ্গোইরপ তৌনা চাহু পীবা চৎলি। চাগী ট্রেহু টেবলহুদা মফম চানা থনম্লগা মিৎচিনা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা মেমথোইবীহু কাহুদনী থোঙ্গুলৈ থুনা থাংহুনা থোরকই। অতৈ থোইদোকপগী নক্ত্তে শেখরগী মরমদা হেক হেক সোবীতানা মঙোন্দা ফাগীওই করিওই লকৈ। শেখর মরাং থরা কংলবম্মু মুপা অমা ওইনা চীং লেম্মী, ফজে; মহৈ-মশিংম্মু মপান্দা অমুবনি, থবক্তী তৌদ্রি। ঠিকা অচৌ অচৌবা তৌই। মেম-থোইবীম্মু খিত্তুং খঞ্জানরকই—শেখরনবু তশেংনা মাবু খল্লমগদ্রবে ? মহু-মক্তি থাজবা ঙমদে। অদোমদা হেন্না আশা থমুবম্মু মা পামদে। অম্মুমা চরাংবরম্বা মবুক্লিংহু ফাথজরহুনা ইমুং-মমুংগী কুপনোমহুদা হেন্না মথরায় হকচাং লুপশিল্লি। নোকমি নোকমি সোবীতানা হায়রকই—

"হো অহুম্মাইনা থরা থরা কেনা কৈরুহনা, নশক-নতৌম্মু খিবা নত্তে।"

মেমথোইবা শকফম হাঙ্গল্লী, শেংলিবা মফী মরোলহু য়েংলগা—

"কেদেদা।"

সোবীতানা মথা তাখরকই—"মেমথোই নঙম্মু মুম ঐখোয়গী য়ুমসিদা পুরা নপুংসি কেম্বা য়াবদি নত্তেদো; নঙম্মু অঙাং মচান্নক নৎশিল্লক্রবরিনা নহাইরক অমা লেপচনবা শিনবীবদি ঐখোয়গীম্মু তৌফম থোকপনি।"

মেমথোই ভাব ভায়, মঙোক্সা অস্নুরা রুনানা হায়রীক্সনি। গ্রা ইকাইরুপ তৌনা মক্ল লুকথরগা—

"ইনমবেন্মনা খল্লিরহু য়াম্না চুন্মী, অতুদা ঐখোয়গুম্বনবু কক্সাম মওং চাবদবু ... !"

"মওং চাবা চাদসা হায়রবু করিনো নঙনবু যাররদি করিম্ন লৈবা রাফমদি নত্তে, পুম্নমক ঐনা রুমবা শিনগনিরে।"

ভাইহাক তুমিন লৈনরুরগা মেমথোইবীনা—

"ইনমবেম্মা ... ঐ ভল্লিদা কনানবু ঐবু ... !"

অঙাওবীসিদি রুঙদি ঐগী ঈচল লুপীগুম্নে, নঙগুম্বা ক্সান ভাবী ঈং তক্সী ম্নুপী মচা অমবু ইপৌরাগী ওইনীংলুক্সীনিদা। মানম্ন অমুক্সতোইবা ঐঙোন্দা ... !"

সোবীতাগী হেঞ্জিনবা রাহৈহুদা মেমথোইবীহু ইপঙ পংথে, নাক্সোই-ননা—"ইমাবোকা দাদাগদি খঙহল্লব্রা ?"

"মখোয়গীদি করিনো খঙহনবা খঙহন্দবা করিম্ন থোইদোক্সে। কনান্না খঙগনি নক্সাকম্ন রাণীগুম্না ভাম্থোইরুবা, মীওইবগী মরাইবক্সমে কনাম্ন হায়বা ঙম্বা নত্তেনে।"

অমুক্সম্ন মেমথোইবীহু মায়থীবগুমই। সোবীতাগী হৈ-শীংলবা রাহৈ রাতাহুনা মাগী থম্মোয়বু তপ্না তপ্না খুহুম চনশিল্লকখিবহু মা মশা ফাওবা খঙজদে।

অহীংহু চনৈনবা রাফমহুনা মাবু লৈতাহনখিদে। অঙৌবী লৈরি-মখৈদি কৈদো অহু নম্রবদি মাবু য়ুমসিদা ম্নম পুন্সিচুপ্পা লৈবা হায়বসি ... ! ইকুই কুইদনা শেখরদা মেমথোইবীহু লুহোংখি। ইমুংহুদম্ন কয়াদা ম্নুংশিনা লুনা চাম্না মাবু তৌবিগ্রবা। চাম্নবা মা ঙকখি। অহুবু কুইখিদে মাগী ম্নুংঙাইবগী মীৎকুপশিংদো। ইখং খঙহৌদনা নারক্নুনা শেখরহু লৈখিদ্রে। চুম্নগী লায়না নত্তে। এডসনি খঙলকখি। লায়নাহুমক ওই-রম্বহুদা মেমথোইবী হায়কম তৌফম খঙদনা মথম্মোইহু য়াম্না চাকচখি।

মচু খক্তা নত্তে মী খুদিংমক্না য়েংলিবা মীংয়েংচুস্নুনি। তশেংনা মেমখোই-বীচু খাওবা ঙমশিল্লক্কবগী মওংনি। সোবীতাবু স্নুম য়ারোয়কই ড্রগ এডিক্তুদা মাবু করিগী ... ! অতৈ খোইদোকপমক কুপ্না খঙলুদ্রগস্নু লায়নাসি মুপাদগী মুপীদা অস্নুম অস্নুম শন্দোরক্লে হায়বসি রেডিওদা নত্তনা লাউখোরকপচুদগী মেমখোইস্নু খওঙী। থাঙ্গমক শেংনা চিংনরকখি মাগী ওল্লক্লিবা হকচাংগী ফিভম, কুচু কুমেন, চপশিল্লক্লিবা চাইরুং অনীচু মুল্লা স্নুম মিংসেলচুদা তাব্লিবা মাগী মমিচু য়েংলুরগা হিক হিক কপখোরকই।

"মেমখোই মেমখোই হায়মা নঙবু কৈদোরগে অহিংসিদা ... ?"

অঙোবীনা মশা নোমচুনা হোদোরকপদদা জ্ঞান তাব্রক্তুনা মীৎকপ থোকই। মশা পুম্নস্নু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্লে। মঙচুদা ওঙ্খোক্লা মুংঙাইতবা মথঙ্মোয় শোক্লা কপ্লুবচুগী মথস্তা ইকায় মুংশি য়াম্লে। অঙো-বীদদি ভমথোক্কে।

মীৎকুপ্তুদা খল্লকই অতৈ মুপী লৈতবদোনা মাগুম্বী অমস্নু মপা ইচা চাদনা শেখরগীদমক সোবীতানা কম্না তকশিল্লকখিবচু চাননা তশেংনা কিশিল্লকই। □

# মনতিক্লবা

হন্দক মরক অবোক চাউবীহোয়রোমদা অরাংলোমগী মৌ নহাতু খরা খিং নম্লা মউই।

মৌ নহাতুনা—

"অবোক হন্দক্তি ঐগী মায় য়েংবীযুকো, হেক কাবগা অবোকী হান্না তৌগদৌরিবনি।"

য়াম্না থাজনা হায়রকপতুদা চাউবীনা—

"ইবেম্মা অবোকহোয়দি হায়নবা রাগা শোয়বীগদবা মীতাতু নত্তেদা। অতুবু কনাগীনোনে ইশুনা স্নুক রানা চেল্লিবসিবো?"

"হেরা অবোকস্নু খঙমনখিদ্রে মথারোমগী তা-থানিনগীনেমী, সে য়াম্বদি নত্তে সিমতা হান্না অবোকী করিনোমা লৈরগা চানবা পায়শিনবীয়ু।" ফিরৈদগী লুপা ১০০ চংপীগী নোটতু লৌথোক্লুনা পী।

নোকঅগা চাউবীনা—

"মঙ্গোল ওইযু ইশুসিদি, লৌত্রবস্নু য়াববনি।"

মৌ নহাতু হরাউনা থোকখিবদা মঙায়রি, লৈকায়তুগী মচিন হাইরপ চংপা মোহোরিস্নু ফৈজোম কুঞ্জাতু কাউর কাউরতুনা চঙলকই।

"হো ইন্দোল হো ইন্দোল …। য়ুমস্নু থোং লোন্দে কদোমদবু চথোকপ্রবনোনে?" (কোয়না য়েংলগা)

তারতুনা চাউবীনা চাকথুমদগী।

"এঃ ইবুংঙোদি কদোমদগী ? ইচাদি শকপু খঙলুদ্রেদনা, কক 'সিদা ঙাইহাক্তা লেঙশিল্লুসে।"

ফকুদা ফমথরগা মোহোরিনা—

"ইন্দোল হন্দক্তি অরোইবা ওইনা লাইবক অমুক্তং য়েংজগে খঙ্গরিবা, অদুনা ঐ ইশামক হেক্তা লাকচরবনি।"

"এঃ য়েংগদবনি য়েংগদবনি ইচাসিদি।"

"লৈকায় খ্বায় পুম্বনস্থ সুংশিবীদুনা হেক হায়জিল্লকপদুদদি নচাস্থ ..."

"প্রজা মীয়াম্না সুংশিবীবা হায়বসে অচম্বা য়াকম নত্তে, ইচাগী গুন্দু-দনিসে। ইমাস্থ ইচাদা পীদনবু কনাদা পীরুনেগেনে ?"

মোহোরিদু খিত্তং আশা চাওখৎলি। নোম্বরম্বা মকোকু খজিক্কং নোনখৎলগা—

"খঙদ্রে ইন্দোল ঐস্থ লৈবাক্কী সেবা থরদি মত্তৌনাংইদো। করে ইন্দোল নচাস্থ ঙা চানবা লুপা ২০০ সিমতা ইন্দোলগী খুত্তা হাপচরম্মগে।" (খুরুমদুনা চাউবীগী খুত্তা পী)।

"য়াম্মনখ্রেদনা অদুদি অত্তো!" মচিন্দা হায়জরবস্থ খুইয়বা মখুত্তু তিংথোক্নুনা লৌবদি অদুম লৌশিল্লি।

* * * * *

ভোট সুমিৎনি। মফম খুদীং ইয়াং লাংবৈ। অবোক চাউবীস্থ চাক-ঈশিং ঙস্তানা চাবা লোইশিল্লগা পোক্লা ভৌরবা মশমদু থাদোক্নুনা মাঙ্গোন্দা সুংশা য়াইরি।

মমাং লৈকায়গী থরোঙাংবীগা খরা নহা ওইরপ তৌবী কুপী অমগা প্রপ প্রপ চঙলকই। খরা কীংনা থরোঙাংবীনা চাউবীগী মনাক্তা ঙেক ফমথরগা—

"ইন্দোলদি থাদবা থোক্লুরব্রো ?"

"ইবেম্মশা নখোয়না ইয়াং কনকলে কল্লিদা। ঐদি থাবু থাদনাংব্রবনি তৌরিবা ময়ামসিদদি।"

নুপী অমত্থনা নোকঅগা—

"মতম্নে অবোক।"

খরা হেন্না নকশিল্লগা থরোঙাংবীনা ভপলপ্না—

"কনা কনাগীদি য়োরকলম্মে?"

চাউবীনা খুমজিল্লিভৈদা নুপী অমত্থনা শেঙ্গাওদগী চাম্ন চৎপী মতা মশীং থিরগা শং চাউবীদা পীশিল্লি।

নোকঅগা চাউবীনা—

"হৌজিকপু ঐবু ভোট থাদবা চৎপা তারব্রনে?"

থরোঙাংবীনা—

"করি ব্লানোনে ইন্দোল। ইন্দোলগীসু হক ব্লাওব্রিবনিনে।"

"অত্থবুদি চুম্মীদা খরা মী লৎপা তাঙ্গাদা থোকে হায়থুনা ঐসু তৌরম্লীবনি।"

নুপী অমত্থনা—

"ঐখোয়গা চৎহৌরসিসে, নুংশাসু হাইরপ শাবসিদা মীসু কয়া চিলহৌদে।"

থরোঙাংবীনা মতেং পাংশিল্লকই—

"নুপীগী ক্যুউত্থদি পংশাংবু শাংহৌদে।"

চাউবীত্থ ফুক হৌগত্থনা মফী ফনেক্তু হোংলিভৈত্থদা অব্রাংলোমগী মৌ নহা মচাত্থ লৈশাবী খরগা থোঙ্গাল্লোমদগী—

"হো অবোক লোয়শিনবিল্লিবরো ভসাইদগীনি অবোকপু ভায়ব্রিবসে। থোরকমল্লবত্থদা ঐখোয়সু ...।"

চাউবীনা পীশুম অনীত্থ শুকতোক্লগা—

"কনা কনানোনে অসিনা?"

মচিন ব্লাঙবী থরোঙাংবীনা খোল্লে চুমদনা—

"হো ঐখোয়না হাল্লে লেঙবীরম্লো।"

মৌ নহাক্তু মচিন পৈথোক্তুনা করি করিনো মচিন্দা অকাম্পেং থরা ঙাংল ঙাংলহুনা লৈরক মচিললোমদা থুনা মখোঙ থাংলহুনা লৈশাঘী-শিংহুগা থোকখি।

মীৎকুপ্তুদা অবোক চাউবীগী মকা লাম্লম্বা মায়থোংহুস্নু মকশিল্লকই। অহুবু লুপা ১০০ চৎপী মঙাহুদি মখুৎনা অহুম চেৎনা পায়শিল্লি। □

# মিৎয়েং

স্নুম হিপলম্বদগী হৌগৎপ্রগা সনামচা মথৌ ইরৈ লৈতবগুম রেকতগী এলবমশিংভু লৌথভুনা মবক্তা চোইনা যাওবিবা ফোটোশিংভু ওৎলুরে ; মরু ওইনা নকুলগা নম্মীন্নখিবা মখোয় অনীগী লুহোংবগী ফোটোশিংভুনি। স্নুম মুন্না য়েংলুবগা নোক্লিংলকপগুমই, ঙসিতা ঙায়রিবগুম হুমিত্তুগী থৌ-দোকশিংভু মমিক্তা শঙ শঙনা মথং মথং উবকখি। অভুদগী কশ্নি খল্লুরবনো খঙদে টেপ রেকোর্ডরগী স্নুইচভু অমুক নমলুই, হান্না যাওবম্বা কেসেটতুদগী ঈশৈভু হাইফেত্তুং অমুক লৈখত্তুনা তায়। ঙাইহাক তাবগা ঈশৈভুস্নু অরোন্তবা ওইবমভুনা অভুম মুখৎলে। অভুদগী প্রপ প্রপ চঙশিনখিভুনা খোংনাওগী পর্দাবভু অমুক হাইদোকপোই কবিওই হৌকই। অভুগা লাপভক্লনা উবিবা মৈঙালগী কুম্মৈ ওইরিবা মথৌ চিল্লবা সরুক্দা মাগী মিৎযেং থম্নুরি। ফনা থেংলবস্নু মফমভুদদি সন্ধ্যা য়াচঙবভু মঙায়। অরাপ্পদা মরুক মরুক্তা তাবিবা টেনগী মখোলভুনা লমদম ভাম্মা লৈহৌরবা মরমদস্নু নীংশিংলুবদা মবুক্লিংভু অমুকস্নু খঙম্নং মুংশিন্নরী। পুং ১২ তানিং ভামাংদি ভৌশিল্লক্লে। অভুক থেংলবা ফাওবা নকুলদি হঞ্জিল্লক্ত্রি। অস্নুম্না থেংনা থেংনা হঞ্জিল্লকপসি অনৌবা রাফমদি নত্তে, মফমসিদা মানা হেক লৈরকঙৈদগীনি। রারোল পুম্বসি নিংথিনা শুগাইনা চিঠি অমদা ইরগা মযুমলোমদা পীখিগেদি খনবা ফনা মকুইরবনি। ইবদি ইখি অভুগা অভুক হাক্লদি ফুপথখিদে। অমরোমদা মফমসিদা ওইরিবা মাগী পুন্সি মরেলভু

মপা'অশোনবতুদা খঙহনবসু করিসু থোইদোক্কে হায়বসি মহাক খঙঙী। মৌপ্‌া মুপা ইতোন তোনবতুনা খরা খিৎ নয়ে চিঠী তোয়না তোয়না ইরক-তুনা মঙোন্দা ময়ুসু অমদি মখোয খুদিংমকপু নকসিনহনবসু। মখোয় 'পুম্বনা মঙোন্দা থৱ্রিবা আশাতু খল্লুরগা নোক্লিংবসু মপোকই।

ঙসিগী নীংকুপসিদদি মমা মপাবু তশেংনা য়ারোয়রকই। নকুলগা মাগা থোইদোক্লা নক্লা খঙনখিবমক নত্তে। মানা খঙবা হায়ববু মী ওইনা কৈ, মপান্দা থবক তৌই অসিখক্তদনি। চহীসু অঙাং নৎশিল্লক্তবতুদা খনবা মখৈ খল্লগা সনামচাসু মমা মপাগী য়াথং ঙাকখিবতনি।

থংনবা ক্লেটত্তা লৈবা বঙ্গালী মতৈ-মনাওতু পুজা লোইরতুনা মপাম-দগী হল্লকখ্রবগুমই, ইরাং লাংনবা তায়। নুপীতুসু য়াম্না চহী লৌরি, ফনা য়াম্না চহীদদি সনামচানা হুনগনি। মচাদি মুপাতুসু মুপীতুসু ফনা চাউরে। মতৈ-মনাও অনীমক য়াম্না মুংশি চান্নলা লৈমিন্নে, ছুটি ওইবা খুদিংগী মচাশিংতু পুরতুনা কোম্বা চৎমিন্নবতু সনামচানা মথক্তগী হেক হেক উই। মুপাতুনা মচাশিংতুসু অয়াম্বা মতমদা শেন্নে নোংমত্তা মুপীতুনা নীংখিনা শেন্নবদি ইউ উদে। মুপাতুগী মশক্ত কুচু কুমেন থোক্লা সনামচাগুম তইং তইংবাদি ওইদে, অতুগা কুচু মতাতুদা কেন্নিবদি অমুক্তোয়বনি। চৌজিক্তী সুম উমল্লতুনা ফনবু য়াসী লৈনা উরে। করিগুম্বদা সনামচানসু মুপীতুবু কল্লকলুই।

নকুলদা অঙাংশিংতুনা অঙ্কল কৌই। নকুলবু লৈয়বদি মুমিংচুপ্পা মখোয়দা য়েৎশিন্দুনা লৈ হায়বমক ফাওবা হেক য়ায়। সনামচানা ফনা মুংশিনা তৌরবসু অঙাংশিংতু নকুলবু লৈত্রবদি পাক্লা চঙলক্তে। সনামচানা খ্বায়দগী মথক্তোয় থীংনা শাউনীংলিবসিসু মসিদনি। মথক্তা সুম লৈবগী ক্লৌনবা মবুক্লিংতু মঙল মওল খল্লকই। মাগী মুপাগুম্না মী অতৈসু থবক চিন্নমগদ্রনে! মতুমক্তি মা মশামক থাজবা ঙমদে। শেরান্নবা য়াখলসিনা মবুক্লিংতু মতম চুপ্পা লৈত্তাহন্দে। তশেংনা হায়রবদা লোন-লৈনতুনা মখোয়দগী লৈমিন্নরা চহী ফাজীল্লক্রবসিমক্তদা ইমক নকশিন্নবগী মওংনি।

নকুলগী য়া ঙাংগদবা চীং লেম্লবা শক্তমতুনা অশুম্না তৌরক্কনি হায়ব-সিস্থু করম্না থাজরুগনি ? হৌজিক্তদা সনামচাহু ভাব তাব্লকই। খরা নৌরিঙৈদদি চখোক-খোক্তোকপদা নকুলনা মাবুস্থু পুরম্মী। হন্দক মরক্তী থবক খরা চিনবদগীরা মাবু থৌওইনা পুত্রে। মুমিৎ চুপ্পা থোং চেৎনা লোনশিল্লগা কাপ্তাওহুদা মথক্তা লৈবা ঙাক্তনি। ইমুং-মনুংগী থবক ইন-থাংদা মতেং পাংনবা থম্বা অদাসিহুস্থু থবক কয়া লৈতবহুদা অয়ুক মুংথিল-দমক ঙাইহাক ঙাইহাক লাকপদনি। নোংমা ফাদোক লাক্তবস্থু ময়াওই। মহুস্থু সনামচাদদি থবক তৌবা তৌদবা চাউরবা মতেং অমগুম্বনি।

ফনা মুংঙাইনা কেজ নৌজহুনা লৈজরম্বী সনামচাহু ইতন তম্বরকই। মুমিদাং ওইরক্কনি খনবদা মশাহু ইহৈ হৈনীংলক্কে। মফমহুদা অম্বাংপা অমত্তা লৈজদ্রগস্থু মাগী ওইনদি চাউরবা অম্বাংপা অমদি স্থুম লৈবগুম্লকই।

ঙসি নোংমা নিনীসিদি নকুলস্থু খরা খেম্লৈ, মখোয়গী ওফিসারহু অনৌবা অমা লাকপদগী পার্টিস্থু থরা তোয়। হীদাক খরা খরস্থু ঙাওরগা হঙ্গীল্লকই। সনামচানা ঙাংবা শকপস্থু কয়া থৌওইনা মনাদা হাপ্তবগী মওংনি।

কম্না হায়জিল্লুরবস্থু মাবু থিল্লনি হায়হুনা খুদক্তা হেক্তা টিকেট করুবা শেম শায়। ফনা শাউনীংলবস্থু সনামচা মাগী মুপাবু থাদোক্তুনা মফমসি-দগীদি চংনিংউদে। অহুনা নকুলগী মায়োক্তা করিমত্তা মথৌনা ফুদোকউবা ঙমহন্দে। অহুম তুমিন্না খাঙহুনা লৈবদা তারকই।

নহানমখৈদি ফনা থেংলবস্থু ফোন্দা খঙহল্লকপনি। ঙসিদি ফোনস্থু তৌরক্কে, মানা ওইনা তৌরুগদবস্থু মফম খঙদে। মীরমগা ওইবনিনা হেন্না হেন্না মীপাইবা পোক্লকই।

তৌফম চাফম খঙলক্তহুনা লময়ায়হুদা হঙ্গৎ হন্দা স্থুম চৎলী। অহুদগী সোফাহুদা অমুক হীপথরগা ফক্লাংদা থেৎলিবা লাইশিংহুদা মমিৎ কুপ্তনা মথং মথং য়েংলম্বদগী ময়ুম খঙনীং নীংশিংলক্তুনা ঙাইহাক ময়ুমগী রাখলদ্রুদা তাওরুই।

তাঞ্জা'হুদা কোল্লিং বেলহু থংখিঙ খিংলকপহুদা সনামচাহু মঙফাও-নবগুম ফুক হৌগত্তুনা মফী-ময়োলহু শেমজিল্লগা থোংহু হাংদোকই। মাগী হুপাহু নোকমি নোকমি লেপ্তুনা লৈরম্মী; করি করিনে৷ অচা-অথক্কী পোং চৈ হাপ্পা থাউজাও অমস্তু পুবকই। ঙসিদি হীদাক মনমস্তু থোইনা নমদে। খিত্তং ঙকলপ্প৷ সনামচা মাগী হুপাবু মুম্না মিংচান্নবা য়েংখৎলুই। ময়ৌ লৈরবা মিংয়েংহুগী অর্থহু নকুলস্তু খঙবগুমহৈ। □

# অরোইবা মীৎকুপ

সন্ধ্যানি, মীশক মশা খণ্ডনরক্কবা মতম্নি। রাধামানবী মতম কুইনা ফমশেন্নবীবা মপুরোইবা চন্দ্রগী সেবা তৌরি। রাধামানবী অমুক অমুকস্থু হুংশিংনা মনিং তৌনা লেঙ-ওংলিবা পর্দ্দারগী মরুমতুদা হাইফেৎ-লাকফেৎসু ময়েংথোকই, কনাগুম্বী অমা থোরাংনা ঙাইবগুম তৌই।

"কনা কনাদি হন্নকাখ্রে, মখোয় পূম্বদি হল্লকখ্রবা ?

হায়দেং য়েংলগা রাধামানবীনা—

"লুখোয়দি হল্লকখ্রবা মাল্লে, মাগী কাদা মৈ থাঙ্গংপা উই।"

"ঙসিগী চাক-ইঙ্খাংদি কনানা থোংগদৌরিবা ?"

"মখোয় বাবাস্থু মহী-মনাই নত্তনা অতৈ চাবা য়াবস্থু নত্তবনিনা ঐখোয় অহুমগীদি ঙাইহাক্তনি, ঐনা থোংলুরগনি।"

"ঋেংঙাই সুপামচা ঙাক্তনিনা থরা কুপ্পা মখোয়বু য়েংশিনবীবদি য়াম্না দরকার ওই, মতমসে খঙলেদনা ? লুখোয়গীদি ঐদি থোয়নবু থল্লুদ্রে, নচা সুপা অংতাম্বসিগীনিসে ঐনা রারীবসে!"

রাধামানবী নিত্তিগী মাম্নদবা মপুরোইবগী রাঙাংহু তাবদা খিত্তং ঙকচাম্লে।

"ঙাইখো ঐগী লরায়সে য়াম্না শাগংলক্লে, চেংহী অনৌবা মহীহু অমুক্তপা ... !"

রাধামানবী খুৎলৈ থুনা চেংগীচুদা লশিংনা লুপ্লগা মপুম্নোইবগী লরায়রুদা তপ্না থম্মী অচুগা হুমায়ৰু তপ্না তপ্না অমুক হুমই। খজিক্তং ইংথবগী মওংনি। ঙাইহাক অমুক পোথাখিগুম তৌই।

খঙহৌদে কনাগুম্বী অমা কাচু ভন্না খোঙথাং কুপ্না কুপ্না থাংলচুনা চংলকই। মকোক্তু ফীরুক খুমজিল্লী মমায়দমক ফাৎলি। কনাসু লোয়নরক্তে। রাধামানবীদি অচুম্বক হান্না খঙই মচামুপী রোমানি। চহী কয়াগী তুংদনি মচামুপীনা য়ুমসিদা খোঙ থাংজিল্লক্লিবসি। চন্দ্রনা মাবু মতম চুপ্লগী ওইনা ইম্নোকখিবনি। খরা রাম্নৌনা মমানা হায়রকখি—

"অম্মুক খেংনা লাক্লিবদি করিগীনো? ঐনা পাও চেনখিবচুবু ফনা মকুইরবা নত্রা?"

করিসু খুমদে, ফিভম শোকচিল্লবা মপাগী শক্তমদো উকবদা মমিত্তা পীগী ঈন্নীক খরা শিন্থরকই। মখোলদি থোক্তনা শুৎ শুৎ কপ্পী।

"কনানো লাকইবচু?"

"নচা মুপীনি, রোমানি।"

( রোমানা মপাগী মখোঙ শোক্তুনা থুরুম্মী। )

"কনা?"

"নচা মুপী।"

"কনানা তাকলুরিবা?"

"কনাসু তাকলুদে, মহাকসু খঙই।"

ঙাইহাক অমুক মহৈ মহৈ তুমিন লৈনৈ। কাচু চীকপা য়াবা চীকই। মপান্দা উন পুবা মুংশিংনা শিংলকপদা নাকেম্থাগী উনা-ম্নানাশিংচু কেমবগী মখোলচুতমক তারি। অচীকপচু থুগায়চুনা রোমানা তপ্লপ্পা—

"ইমা বাবাগী সেবাচু ঐনা তৌবদি য়াদত্রা?"

"করিগী য়াদনি, ঙসি হুম্নেংতমক মঙায়রবনি, নপাগী সেবা পেল্লা তৌজহৌ। তুংদা নীংঙম্নক্লোই ইবেম্মা।"

মমাগী মনাক্তুদা মাস্থ তপ্পা ফমথে। অদুগা মপাগী ময়াইবক্তা পক্লিবা হুমাং মরীক মরীক্তু অমোনবা ফীতুনা তপ্পা তপ্পা তৈথোক-নাম্থোকপী। পীগী ঈরীক খরা শীম্থরকপদু থিঙ্গৎনবা কন্না হোৎনন্থে।

"ভায়খো রাধা নচা মুপীদদি পাউ হায়প্রবা? ঐদি মাবু হৌজিক ফাওবা য়ারোরিদো, ঐনা হেক শিদ্রিবা ফাওবদি ইমুংসিদা মাগী খোঙ্গুল তাহনবদি য়ারোই। মতুদি নহাক থক কাউগনু। মহাক্না ঐবু ...।"

রাধামানবীস্থ রোমাস্থ তুমীন লৈ। য়াম্না কিনা রোমানা—

"বাবা কোকসে অমুক্তা, মোনসে মকম চাপ্রে ...।"

"ঐনা হায়রীবসিনি রাধা কনাগুম্বা অমত্তা মঙোন্দা ঐগী অনাবগী মরমদা তাক্লুবা য়াদে, ঐনা শিপ্রবদি নখোয়গী খুসীনি তৌনিংবতা তৌ।"

রাধামানবীস্থ রোমাস্থ অতুম্মক তৌগদবা মথৌতুদা মমায় ওন্সিল্লী। চন্দ্রনা চোইরোলগুম মচিন্দা ভাংলি-শক্লিবতু থোইনা নাচুংলুদে। তশেং-নমকস্থ চন্দ্রনা মচানুপী রোমাবু ইস্থোকখিবসিমক অতৈ থোইদোকপগী নত্তে। ড্রগ এডিক্লি খঙনা খঙনা মুপাতুদা নমতুনা লৈশিনখিবগীনি। মচা নিঙোলস্থ অনী শুজবা নত্তে, অতৈ অনীমদি মুপানি। আশা পূম্বা কায়খি। মতম চুপ্পা মচানুপীবু কাওথোক্লবদি হোৎনখি, অদুবু মতুমক্তি ঙমখিদে। কাতুদা মচানুপা য়াইমা মনি অতম্ননা চঙলকই, থাজদনা মচেবু উবদা ঙক্লা কোয়না য়েংলগা—

"ঈচে কয়াম কুইরে কনাগা লাকই?"

মচেনা মপা চঙহন্নীংদবগী মঙং উৎলি।

"ইবেম্মা ইচানা মুংঙাইরগা ঐখোয়স্থ মুংঙাইগদবনি, নঙ খক্তনিদো নিঙোলস্থ।" রোমা করিস্থ খুমদে শুং শুং কপ্পী।

নোকঅগা মনিনা—"বাবা নহানমখৈদি ঈচেবু যুমসিদা পনবা ফাওবা য়াদবদাইনে?"

"মনি নহাক মপান্দা অমুক্তা থোরকউ।" মমানা মনিবু মথুৎ খতুনা কৌথোকই।

"ইমা ঐনা হায়রীবসিবু চুমদ্রব্রা ?"

"মহাক করিমত্তা ভাব তারোই, নখোয় বাবানা মচিন্দা ঙাংলি-শক্লিবা পূম্বসে চোইরোল ঙাক্তনিনে !"

ইঙাও ঙাওজরম্বা মচানুপাতু তুমিন লৈথি। ব্লড কেন্সরনা নারবা মীওই অমনা হীংলবদা কয়াম কুইগান ? ডাক্তরগী লাইয়েংদি নহাম্না লোয়-শ্রবনি। হীদাক অমত্তা থাবা য়াদ্রিবাসিদি লোইশিল্লকপগীনি। মপান্দা নিত্তিগী লেকপা লৈকায়গী অহল অমা অনী য়ুমথুদা চঙলকই। মৈস্থু লাক্তে। থাশিরমদাই ওইবগা মায়কৈ পূম্বা ইমম মমই। মোম্বর্ত্তী অনীথক কাথুদা ত্তনিক ত্তনিক ময়না থাওলি। আশংৎ-অরাম্বাগী মুংশিংস্থু তোয়না শিংলি। মোমা মকোক্কী ফীতু খজীক্তংগা অমুক চীংথে। মরাল লৈরবা মীশক অমগুমই। মখোয়গী মমাংদা থোনা ফনা মপাগী সেবা তৌবা গুমদে। নাইতোম স্নুম তারকপগুমই। অহল অমা চংলব্রগা স্বর য়েংই অথুগা—

"ঙসিদি মীহু- পাহুন খঙবা মাইনা অমত্তং কৌরুবনা হেম্না ফগদবা মাল্লি ... ।"

"মথুনা ফগদ্রা ... ?"

"স্বরসি খিত্তং নু ঙাইতে থরা চিংনৈ ... ।"

অমম্বথুদা মহৈ মহৈ ম'ইবা কৌবা চংনখি। মমা-মচা ওনশিন্নরগা কপ্পী, মখোল থোক্তনবা হোৎনৈ। মচানুপা অনীথুস্ম তুংথ-মাঙথ চঙলব্রগা মপাগী লুখুমদা লুকথরগা ফমই, কপ্প দ কপ্পে।

"নখোয় খুদীংমক কৈদৌরে ? নহেংদি কৌবীরুদ্রব্রা ? মাদি উম্ন-ররোইদো ... !"

থাজদনা য়াম্না অজ্ঞান তাবা মওংদা চংরনা ইমুপ অ.। হায়রকপথুদা মোমানা—

"বাবা বাবা ঐ সিদা লৈব্লিবসিদি।"

তাদে মপাদু ভরংদা লৈ, য়েংদমক য়েংঙকই। মপাগী মশাদু অমুক নোমই। শুকখুম খুংক্লে। খঙহৌদনা তপ্না তপ্না মমিৎ অনীদু উইশিনখি অরোইবা ওইনা।

ফোং ফোং শারম্বা মপাগী হকচাংদু খঙইং ইংথরকখি। মদু ফাওবদা থাজদে, রোমা মপাগী ভোংশা য়াওদ্রবা হকচাংদুবু নোমদুনা অদুম্মক হৌদোক্লি। মহৈ মহৈ য়েংনৈ মাবু ...! □

# মঙফাওনরবসু

ওফিসতগী হল্লকপদমক মঙাযরি ফুরীৎ খোঙগ্রাও ফাওবা হোংদোক্নি মীপাই চাউবী মমাতুনা প্রপ প্রপ চঙলক্লগা কীৎ নমশিল্লে—

"নচাম্নুপীগী চিঠীনিসে করি করিনো মাগী চে-চাংদু তাং ৩ ফাওবগী মনুংদা থারকউ হায়বনি।"

পুক্নিংদদি খল্লি মসিগী মুপীসিমা ওম্বোক্লস্মু ঙাইঙমখিদ্রে হপ্লা অদুম হায়বা য়াবসিদা! হেক য়োরকপগা!

অমুক্কসু মখা তাথরকই—

"ইহে ইকাউবু কাউই পৈশাসু হন্দক্নি থরা হেন্না থারকউ হায়বনি!"

"লৈবা লৈতবা থারকউ হায়রবনিনা থাবা তাবনিনে।"

ঐসু খোন্দু খিত্তং লৈখতুনা থুমখি। মমাদু মখা তারমদে কাহুদগী চুমদ্রিং থোকখি।

তলবপুদি ঙসি নোংমা নিনীসিদা ফংলকপসু ময়ায়, থাসু লোইশিল-লক্লবনিনা। ঙসিসিবু তাং অমা নত্রনে? ইকাউ কাউই কেলেঙরতুদা অমুক চঙশিন্দুনা ম্বেংই। নোংমা নিনীদি লৈরিদনা? অদুদগী চিঠীদু খুৎলৈ থুনা হাংদোক্কুনা পাথোক্লুই। মসিগী অঙাংসিসু ওম্বোক্লা ভাব তাখিদ্রে চে-চাং অমুক য়াম্বসিবু নহ'ন্না। কোক হায়রক্লবসু হেক ফগদবা। খুদক খুদক্তা ওইনা হায়রকপসিদদি! মথকরায়দা ইন্নিবা তাংদু উরুরগদা খঙলকই থাখায় অমগী মমাঙদা ইরকখিবা চিঠীনি। পোষ্টমেন্না মতম

চানা য়েন্থোকপীদবগীনি ঙসিতা ফংলিবসিস্থ। থোয়না ইচান্নুপীগী মরালদি নত্তে। তাং ৩ দি নোংমাইজিংনি, অদুদি কমদোৌবা তারবা? হুয়েংখক্তগী মমুংদা চে-চাংদু শুনবা অমুক তান্থোক্লগা পোষ্ট ওফিসতা চৎলগা স্পীড পোষ্টতরা নত্রগা করিনো অথুবা উপায় অমা থিদুনা য়োৌহনখিদবদি য়ার-রোই। চাকশণ্ডদগী হোবে হোবে থোরক্লগা মমানা—

"হয়েংগী থোং-থারুবা ইঙ্গাং-নাপী অমণ্ডস্থ লৈতে লুপা ১০/২০ মুক্তা পীরকউসে।"

"হৌজিক্কীবু লৈরবদি হয়েংগীদি থোকঅবা লাক্কনি। চাক্তম লান্মে অরৈবদু থোংদোক্লুরোসে।"

"হো হয়েংদি বন্দনে ঐখোয়বুদি ইঙ্গাং চাদ্রবস্থ যায়যে"

মচিন্দা ঙাংল ঙাংলদুনা খরা শাউবংননা থোকখি। ঐদি ভাবপু তৌকদে ঙসাই ওফিসতা হায়নহোবগুমস্থ তৌবনি। বন্দনা তোয়মনবসিদা কোক্কসে ইঙাও ঙাওশিল্লকই। অতৈ লায়রি ইচা মুপীগীদুনা কমদৌবা তারবা? এমঃ ইয়ুঃ দগী চে-চাংদু তান্থোকপা ঙাক্তনস্থ লোয়বা নত্তে, পোষ্ট ওফিসতা অমুক চংনগদৌরিবনি। গাড়ী মচাদুস্থ বেড়া তৌদুনা ঙসি নোংমা মিনী'বাম শুববনি রার্কসোপ্তা ইনশিল্লুবদু। হয়েং লৌরুগদবস্থ বন্দনিনা পোং হাংলোয়। কবম্নো! সুম খঞ্জিল্লুবগা হেন্না হেন্না লুশিল-লকই। ওফিসপুদি থোকঅবা লাক্কনি। চাক ফনা লান্নুরবনি পুক্কসে ইথন থনগৎখ্রে। খোঙ খুতু খরা চামথোক খোক্তোক্লগা ফমুংদা ঙাইহাক লোংনা হিপথৈ। ইশাসিস্থ বসতা নর্মশিল্লুবগী ইচোক চোকথৈ। ঙসিদি খবরগা অমত্তা পানিংউদ্রে। খল্লবোই খল্লুরবনি হেক্তা কদোমদগীনো অমগা অমগা মফাং মফাং মরা মরী শন্নদুনা হয়েংগী শোযবা য়ারবোইদবা থবকশিংদু মথং মথং কোকসিদা খল্লকই। তাঞ্জাদুদা থংনবা কারোমদা ইচানুপা অতোম্বা খরা ঙাওবদুগা মচে যাইমদুগা মরৈ কন্না য়েৎনদুনা লাইরিক ত্তোদনবা হোংনরিবদু অমুক তারকই। মৈনগা মথসিদা ঐস্থ থোয়না চৈ-থাংলুদ্রে। মখোয়গী মতমদনা করম থোক্লগদৌরিবা? মচে

অহল সিমত্তংদবু মী ওইজরবদি। ইরাং মতাসিদা খরা ফগদ্রা খন্দুনা মপান্দা থাদোক্লুবনি। মমানদি পৈশা-মুংশাগী ফিভমসিদা কয়া য়াজনিং-দবনি। খঙদ্রে তৌরিসে?

*        *        *        *        *

উচিন নাচিন্না চে-চাংদু লোয়শিল্লগা পোষ্ট ওফিস লোমদা লাক্লে। বন্দগা ওইবনিনা চ্যেকতি খর়া কল্লবস্তু ক্যউদু পঙশাং শাংদে ফনবু তান চাক্লবগুমই। শন্ত্রী তারিবশিংদুস্থ য়াম্না মবুক ইং তপ্পী, মফম অতৈদা লৈরম্বগা থেম্নে। ঐখোয়গুম্বা চহী লোন্দদি অত্তুক হাক্লা কুপথনা চ্যেক তৌদে। ইতৎ তত্তনা পোষ্ট ওফিসতা থেংনমনবত্তুদা ঐবুস্থ মশক খঙবা অমা অনীদি য়াওরমাল্লে। নোকফেৎকস্থ তৌরত্নুনা সার গকস্থ কৌরকই। ইরাং রাংলবা মুশুক মুরবা কুচুত্নুদা থোল্লিবা ইউনিফোর্ম, পাযরিবা খুংলায় হেক নকশিন্না লেপ্লুবমক্তি মীহুনগসে করিনোমদি তৌই। ওন্থোক্লস্থ মগুণ লৈখ্রে মীরমগী সিফাইশিংসে। রিসিপ তৌবগী চে মচেত্নু খুত্তা পাইশিনবদা মঙাৎরি গেটলোমদা অঙৌবা মখোল অমা তারকখিবত্নু। পোষ্ট ওফিস মনুংত্নুদা মহে মহে পঙচেন্দা চেন্নে, মায়কৈ খঙনদে। উরকখি মীরক্লদা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ অনীগী ইহিং-নাহিং তৈরবা হকচাং অনীখক। শিবমক্তী মান্দে। ঙাইহাক্কী তুংদা মফমত্নু আর্মিনা পুঙমু মুখ্রে। মৈতৈ পুলিস মচা মগুদি কয়া য়াওবা উদে। করম্নো ঐখোয় খুদিংমক্কী লাইবক? খরনা কাচিন কোৎয়াদা পাকথত্নুনা লোৎনাব্রি। মীওই খরদি নোংমৈগী চীন্দোন্দা পৱেং লেংবা হোৎখ্রে, খরা অমনা উপ্রাক্লা হীপথহনখ্রে; তৌরিবা থৌওংত্নুদা কনাস্থ মমিং ফাওবা হঙ্গৎনা য়েংলুদে। মরাল লৈবা লৈতবা মখোয়গী খুং চল্লবনিনা লেম্নদি থাররোই।

ত্নুঙ দাং ... ...।

ইসঃ খুদক্তা মী খরগী মপুন্সি লোমখ্রে। ইশা পুম্বা নীকপনা চেঙ খৈবগুম্লকই। মরুমত্নুদা পাকথরিবা ঐবুস্থ মখোয়না উপ্রবগুমই; থল্লি-মক্তদা খঙহৌদে অমনা খুং তাপ পায়ত্নুনা কম্না ঐবু চিংলকখিবত্নু—ঐস্থ

শিরগা শি চঙলগা চঙ হায়দুনা ভমজবীদা থোমা মখৈ ফুদোক্লুই।

"কৈদোরগে মখোয় বাবা ...।" মুপীগী খোঞ্জেলনি। ঐগী মুপী-গীনি মহাক্না তাঙ্গাসিদা কদোমদগী।

"ইহে করি তৌরবগে হৌজিক্তা চাক লাম্মে হায়রম্লগা ... ?"

খুত্তু খঙচিং চিংথোক্লগা মিৎ খঙপাং পাংথোকই। মমাদু ঐগী ইত্তৈদুদা নোকমি নোকমি তৌদুনা ক্ষমাংদুদা লেপ্লম্বদুদা জ্ঞান খঙতা তারকই। মঙফাওনরবস্থ ঐদি অদুম মঙলারুরিবগুমই। □

—লোইরবা—

